# শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত

## মধ্যলীলা (খণ্ড তরানীথোইশুবা)

পূজ্যপাদ

শ্রীলকৃষ্ণদাস-কবিরাজ-গোস্বামিবিরচিত


শীতলজিৎ সিংহনা

তৌবা মণিপুরী অহুবাদ অমস্থং নৈনরোল য়াওবা

# শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত

## মধ্যলীলা (খণ্ড তরানীথোই শুবা)

পূজ্যপাদ

শ্রীলকৃষ্ণদাস-কবিরাজ-গোস্বামিবিরচিত

শীতলজিৎ সিংহনা

তৌবা মণিপুরী অনুবাদ অমসুং নৈনরোল য়াওবা।

অহানবা সংস্করণ

ফ্রেণ্ডস্ ইউনিওন্ প্রেসদা শ্রীকোইজম ইবোবী সিংহনা নম্বা

অমসুং শীতলজিৎনা কোঙবা।

ফংফম—(১) ফ্রেণ্ডস্ ইউনিওন প্রেস, ইম্ফাল।

(২) শীতলজিৎ সিংহ, কৈশামথোং,

তোপ লৈরক, ইম্ফাল।

(৩) পাইওনিয়র ট্রেডিং কোং,

বীর টিকেন্দ্রজিৎ রোড, ইম্ফাল।

ইং কুমজা ১৯৭৮

[ অৰ পুম্বা ডাক্রবনী ]

মমল লুপা ৩০ ]

# শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত

## মধ্যলীলা

## তরাতরেৎশুবা পরিচ্ছেদ

মূল ১

গচ্ছন বৃন্দাবনং গৌরো ব্যাঘ্রেভৈণখগান্ বনে ।

প্রেমোন্মত্তান্ সহোন্নৃত্যান্ বিদধে কৃষ্ণজল্পিনঃ ॥ ১ ॥

### শব্দার্থ

গচ্ছন্—চৎনা চৎনা ; বৃন্দাবনং—বৃন্দাবনলোম , গৌরঃ—শ্রীগৌরাঙ্গনা ; ব্যাঘ্র—কৈ ; ইভ—শামু ; এণ—কৃষ্ণসার কৌবা শজী ; খগান্—উচেক-শিংবু ; প্রেম উন্মত্তান্—প্রেমনা ঙাওবা ; সহ—লোয়নননা ; উন্নৃত্যান্—জগোই শাগৎলকপা ; বিদধে—ওইহন্খি , কৃষ্ণজল্পিনঃ—কৃষ্ণনাম-শোন্বা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীগৌরাঙ্গনা বৃন্দাবনলোম পাঙল-কালদা লম্বীদা অম্ভুম অম্ভুম লেঙনা লেঙনা উমংদা কৈ, শামু, শজী অমসুং উচেকশিংবু প্রেম-দা ঙাওহল্লগা মতম অমতদা চপমান্নবা লোয়নরগা জগোই শাহন্খি অমসুং কৃষ্ণনাম শোল্হন্খি।

### নৈনরোল

প্রভুনা লমগী শা-উচেকশিংবু কৃষ্ণপ্রেমদা ঙাওহন্বা কৃষ্ণনাম শোল্-হন্খিবগী ব্ররীতু ২৪-৪৬ পয়ারদা য়াওরি।

মূল ২

জয় জয় গৌরচন্দ্র জয় নিত্যানন্দ ।

জয়াদ্বৈতচন্দ্র জয় গৌরভক্তবৃন্দ ॥ ২ ॥

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীগৌরচন্দ্রবু খুরুমজৈ, শ্রীনিত্যানন্দবু খুরুমজৈ, শ্রীঅদ্বৈতচন্দ্রবু খুরুমজৈ, অমসুং শ্রীগৌরচন্দ্রগী ভক্তশিং পুম্নবু খুরুমজৈ।

## মূল ৩

শরৎকাল হৈল প্রভুর চলিতে হৈল মতি।
রামানন্দ-স্বরূপ সঙ্গে নিভৃতে যুগতি ॥ ৩ ॥

### শব্দার্থ

শরৎকাল—১৪৩৭ শকাব্দগী শরৎঋতুগী মতম ; হৈল—ওইরে ; প্রভুর—প্রভুগী ; চলিতে—লেঙনবা ; হৈল—ওইখি ; মতি—পুরীভ ; রামানন্দ-স্বরূপ সঙ্গে—রামানন্দগা স্বরূপদামোদরগা লোয়নননা , নিভৃতে—অচীকপদা ; যুগতি—যুক্তি ( রা তানবা )।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শরৎকী মতম ওইবদা, প্রভুনা (বৃন্দাবন-দা) লেঙলগে হায়না নীঙলক্লে। মরমড়ুনা শ্রীরামানন্দ রায়গা স্বরূপদামোদরগা লোয়নননা অচীকপদা রা তানখি।

## মূল ৪

মোর সহায় কর যদি তুমি দুইজন।
তবে আমি যাই দেখি শ্রীবৃন্দাবন ॥ ৪ ॥

### শব্দার্থ

মোর—ঐগী ; সহায় কর—মতেং পাংবা ; যদি—বদি ; তুমি দুইজন—নখোয় অনীনা ; তবে—অদু ওইরবদি ; আমি—ঐহাক ; যাই—চৎকে নত্রগা চৎলগা ; দেখি—দর্শন তৌগে ; শ্রীবৃন্দাবন—শ্রীবৃন্দাবন।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা হায়রম্মী—নখোয়নীনা ঐবু তেঙবাংলগদি ঐ চৎলগা শ্রীবৃন্দাবন দর্শন তৌরুগে।

## মূল ৫

রাত্র্যে উঠি বনপথে পলাইয়া যাব।
একাকী যাইব, কাহো সঙ্গে না লব ॥ ৫ ॥

## শব্দার্থ

রাত্র্যে—অহিংদা ; উঠি—হৌগৎলগা ; বনপথে—বনগী লম্বীদা ; পলাইয়া—চেন্দুনা ; যাব—চৎকে ; একাকী—ইথন্তমক ; যাইব—চৎকে ; কাহো—কনামত্তু ; সঙ্গে—লোয়ননা ; না লব—পুরোই।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অহিংদা হৌগৎলগা ঐ বনগী লম্বীদা চেল্লগা চৎগ্রগে। ইথন্তমক চৎকনী। কনামত্তমু লোয়নরোই।

## নৈনরোল

অহিংদা প্রভুনা চেন্নীগুলম্বগী মরমদি কনামতনা মহাকপু উদনবগীদমক্নী, উদ্রপদি কনামতনা লোয়নগে হায়রোই।

## মূল ৬

কেহো যদি সঙ্গে মেলে—পাছে উঠি ধায়।
সভাকে রাখিবে, যেন কেহো নাহি যায় ॥ ৬ ॥

### শব্দার্থ

কেহো—কনাগুম্বনা ; যদি—বদি ; সঙ্গে মেলে—থেংনরবা ; পাছে—তুংদা ; উঠি—হৌগৎলগা ; ধায—চেল্লবা ; সভাকে—পুম্নমকপু ; রাখিবে—থাম্মু ; যেন—মতুনা ; কেহো—কনামতনা ; নাহি যায়—চৎতনবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কনাগুম্বনা থেংনত্নুনা লোয়ননা চৎকে হায়রক্তুনা হৌগৎতুনা চেন্‌গদৌবগী তৌরবদি নখোয়না মখোয়ত্নুব্ থিংত্নুনা থম্মু।

## নৈনরোল

প্রভুগা লোয়ননা চৎকে তৌবা মীবু থিংবা অসিনী রামানন্দ অমসুং স্বরূপদামোদর অনীগী মতেং নিরম্বদি।

## মূল ৭

প্রসন্ন হৈয়া আজ্ঞা দিবা, না মানিবা দুঃখ।
তোমা সভার সুখে পথে হবে মোর সুখ ॥ ৭ ॥

### শব্দার্থ

প্রসন্ন হৈয়া—হরাও হরাওনা ; আজ্ঞা দিবা—য়াথং পীয়ু ; না মানিবা—তৌগন্নু ; দুঃখ—য়াবা ; তোমা সভার—নখোয় পুম্বগী ; সুখে—নুংঙাই-রগা ; পথে—লম্বীদা ; হবে—ওইগনী ; মোর—ঐগী ; সুখ—নুংঙাইবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হরাও হরাও য়াথং পীয়ু, নখোয় য়াবা তৌগন্নু। নখোয়না হরাওনা লৈহৌরগদি ঐসু নুংঙাইনা লম্বীদা খোঙথাংবা য়াগনী।

## মূল ৮

দুইজন কহে—তুমি ঈশ্বর স্বতন্ত্র।
সেই ইচ্ছা, সেই করিবা, নহ পরতন্ত্র ॥ ৮ ॥

### শব্দার্থ

দুইজন—মখোয়নীনা (রামানন্দগা স্বরূপদামোদরগনা) ; কহে—হায় ; তুমি—নঙদি ; ঈশ্বর—ঈশ্বর ; স্বতন্ত্র—নীঙতম্বনী ; সেই ইচ্ছা—অপাম্বদু ; সেই—মদুমক ; করিবা—তৌও, নহ—নঙ নত্তে, পরতন্ত্র—মীখাপোন্বা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মখোযনীনা হঙ্গৎলম্মী—প্রভু নঙদি নীঙতম্বা মপূনী। অপাম্বদুমক তৌবিয়ু; মীখাপোন্দে প্রভু নঙদি।

## মূল ৯-১০

কিন্তু আমা দোঁহার শুন এক নিবেদন।
'তোমার সুখে আমার সুখ' কহিলে আপনে ॥ ৯ ॥
আমা সভার মনে তবে বড় সুখ হয়।
এক নিবেদন যদি ধর মহাশয় ॥ ১০ ॥

### শব্দার্থ

কিন্তু—অদুবু ; আমা দোঁহার—ঐখোয়নীগী ; শুন—তাবিয়ু ; এক—অমা ; নিবেদন—রা হঙ্গৎপা ; তোমার সুখে—নখোয়গী নুংঙাইবদা ; আমার সুখ—ঐগী নুংঙাইবা (ওই) ; কহিলে—হায়বিখি ; আপনে—নহামক্লা : আমা সভার—ঐখোয় লোয়নমক্কী ; মনে—পুক্নীংদা ; তবে—অদু ওইরবদি ; বড়—য়াম্না ; সুখ—নুংঙাইবা ; হয়—ওইগনী ; এক নিবেদন—হঙ্গৎপা রাফম অমা ; যদি ধর—য়াবিরবদি ; মহাশয়—হে মহাত্মা ( পূকচেল চাউবা )।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(মখোযনীনা মখা চৎথরম্মী)—অদুম ওইনমক ঐখোয়নীনা হঙ্গৎপা রা অমতংদি নাকোংনা মতানিয়ু। প্রভুমক্লন্ন হায়বিখি—"ঐখোয় নুংঙাইরগা প্রভুসু নুংঙাই।" অদুনা পূকচেল-চাওবা প্রভুনা ঐখোয়না হঙ্গৎপা রাফম অমতং য়াবিরবদি ঐখোয় য়াম্না পেন্জগনী।

### মূল ১১

উত্তম ব্রাহ্মণ এক সঙ্গে অবশ্য চাহি।

ভিক্ষা করি ভিক্ষা দিবে, যাবে পাত্র বহি ॥ ১১ ॥

### শব্দার্থ

উত্তম— স্বভাব-ফজবা, মথূং-চাবা-য়াবা ; ব্রাহ্মণ—ব্রাহ্মণ : এক—অমা : সঙ্গে—লোয়ননা ( পুবা ) : অবশ্য—লেপ্পমক ; চাহি—ঐখোয় পামজৈ ; ভিক্ষা করি—ভিক্ষা তৌরগা ; ভিক্ষা দিবে—প্রভুদা ভিক্ষা পীগনী . যাবে—চৎকনী ; পাত্র—ঈশীঙ খুজাই (জলপাত্র) ; বহি—পুদুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(রামানন্দখোয়না হঙ্গৎলম্বদি অসিনী)—স্বভাব-ফজবা হায়বদি মথুং-চাবা-য়াবা ব্রাহ্মণ অমতং লোয়নবগা লেঙবিবদু ঐখোয় পামজৈ। ব্রাহ্মণদুনা ভিক্ষা নিরগা প্রভুদা ভিক্ষা হাপকনী অদুগা জলপাত্র পুদুনা চুংইন্গনী।

### মূল ১২

বনপথে যাইতে নাহি ভোজ্যান্ন ব্রাহ্মণ।

আজ্ঞা কর, সঙ্গে চলু বিপ্র একজন ॥ ১২ ॥

### শব্দার্থ

বনপথে—বনগী লম্বীদা ; যাইতে—চৎপদা ; নাহি—লৈতে ; ভোজ্যান্ন—মখূৎ-চাবা-য়াবা ; ব্রাহ্মণ—ব্রাহ্মণ ; আজ্ঞা কর—য়াথং তাউথবিয়ু ; সঙ্গে—প্রভুগা লোয়ননা ; চলু—চৎশনু ; বিপ্র—ব্রাহ্মণ ; একজন—অমা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা বনগী লম্বীদা লেঙবদা লমখাঙদা মখূৎ চাবা-য়াবা ব্রাহ্মণ ফংলোই। অদুনা ব্রাহ্মণ অমদি প্রভুগা লোয়নসনু, মহুৎসী য়াথং পীনবিয়ু।

### মূল ১৩

প্রভু কহে—নিজ সঙ্গী কাহো না লইব।

একজনে নিলে, আনের মনে দুঃখ হ'ব ॥ ১৩ ॥

### শব্দার্থ

প্রভু কহে—প্রভুনা হায়রম্মী ; নিজ—ইছাগী ; সঙ্গী—লোইন্ ; কাহো—কনাবুসু ; না লইব—পুরোই ; একজনে—মী অমবু ; নিলে—পুগা ; আনের—অতেপ্পগী ; মনে—মপুক্কীডদা ; দুঃখ—নুঙাইতবা ; হ'ব—ওইগনী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা থুম্লম্মী—ইছাগী মী কনানমত্তা পুরোই। অমবু পুবগা পুদবা অতৈগী মপুক্কীড নুংসাইরোই।

### মূল ১৪

নূতন সঙ্গী হইবেক—স্নিগ্ধ যার মন।

ঐছে যবে পাই, তবে লই একজন ॥ ১৪ ॥

### শব্দার্থ

নূতন—অনৌবা ; সঙ্গী—লোইন্ ; হইবেক—লৈরগদি ; স্নিগ্ধ—নুংশিবিদোবা, মেঙ-তম্বা ; যার—মাগী ; মন—পুক্কীড ; ঐছে—অদুগুম্বা ; যবে—মতমদা ; পাই—ফংলবা ; তবে—মতমদুদা ; লই—পুগে ; একজন—মী অমা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(প্রভুনা মখা তারম্মী)—মপুক্কীভ-তম্মা অনৌবা সঙ্গী লৈরগদি অদুগুম্বা অমা ফংবা মতমদা মী অমা পুগে।

মূল ১৫

স্বরূপ কহে—এই বলভদ্র ভট্টাচার্য্য।
তোমাতে সুস্নিগ্ধ বড়—পণ্ডিত সাধু আর্য্য ॥ ১৫ ॥

শব্দার্থ

স্বরূপ—স্বরূপ দামোদরনা ; কহে—হায় ; এই—অসী ; বলভদ্র ভট্টাচার্য্য—বলভদ্র ভট্টাচার্য্য ; তোমাতে—নঙোন্দা ; সুস্নিগ্ধ—প্রেম-লৈবনী ; বড—য়াম্না ; পণ্ডিত—পণ্ডিতনী ; সাধু—ভক্তনী নত্রগা মপূক শেংবনী ; আর্য্য—পূক্চেল্-তিংবনী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

স্বরূপ দামোদরনা হঙ্গৎলম্মী—বলভদ্র ভট্টাচার্যাসী প্রভুবু য়াম্না নুংশিজনা অমনী, অদুগা মহাক্কী পণ্ডিতনী ; ভক্ত অমনী, পূকচেলতিংবা অমনী।

মূল ১৬

প্রথমেই তোমাসঙ্গে আইলা গৌড় হৈতে।
ইঁহার ইচ্ছা আছে সর্ব্বতীর্থ করিতে ॥ ১৬ ॥

শব্দার্থ

প্রথমেই—অহানবদা ; তোমা সঙ্গে—নঙগা লোয়ননা ; আইলা—লাকখিবনী ; গৌড় হৈতে—গৌড়-দগী ; ইঁহার—মহাক্কী ; ইচ্ছা আছে—ইচ্ছা লৈ ; সর্বতীর্থ—তীর্থ পুম্বা ; করিতে—চৌনবা ( চৎননবা )।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতম্থী অহানবদা প্রভুগা লোয়ননা গৌড়দগী লাকপনী। মহাক তীর্থ পুম্বা দর্শন তৌনীঙ্ঙী।

### মূল ১৭

ইঁহার সঙ্গে আছে বিপ্র এক ভৃত্য ।
ইঁহো পথে করিবেন সেবা ভিক্ষা কৃত্য ॥ ১৭ ॥

#### শব্দার্থ

ইঁহার সঙ্গে—মহাক্কা লোয়নন৷ ; আছে—লৈ ; বিপ্র—ব্রাহ্মণ ; এক—অমা ; ভৃত্য—মনাই ; ইঁহো—মহাক্কা (ব্রাহ্মণ ভৃত্যনা) ; পথে—লম্বীদা ; করিবেন—তৌগনী ; সেবা—সেবা ; ভিক্ষাকৃত্য—ভিক্ষানচিংবা থবক ।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাক্কা (বলভদ্র ভট্টাচার্যগা) লোয়নন৷ মনাই ব্রাহ্মণমচা অমা য়াওরি। মহাক্কা লম্বী-লমখাঙদা প্রভুগী সেবা তৌগনী অদুগা ভিক্ষা নিবনচিংবা তৌজগনী ।

### মূল ১৮

ইঁহা সঙ্গে লহ যদি, সভার হয় সুখ ।
বন পথে যাইতে তোমার নহিবে কোন দুখ ॥ ১৮ ॥

#### শব্দার্থ

ইঁহা—মহাক্কিবু ; সঙ্গে—লোয়নন৷ ; লহ—পুরো ; যদি—বদি ; সভার—পুম্নমক্কী ; হয়—ওই ; সুখ—নুংঙাইবা ; বনপথে—বনগী লম্বীদা ; যাইতে—চৎপদা ; তোমার—নহাক্কী ; নহিবে—ওইরোই ; কোন—করিগুম্বা ; দুখ—অরাবা ।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(প্রভুদা মখা তানা হঙ্গৎলম্মী)—মহাক্কিবু লোয়নন৷ পুরবদি ঐখোয় পুম্বা নুংঙাইজগনী । বন-গী লম্বীদা চৎপদা নঙগী (প্রভুগী) অরাবা করিমত্তা ওইরোই ।

### মূল ১৯

এই বিপ্র বহি নিবে বস্ত্রাম্বু ভাজন ।
ভট্টাচার্য্য ভিক্ষা দিবে করি ভিক্ষাটন ॥ ১৯ ॥

## শব্দার্থ

এই বিপ্র—ব্রাহ্মণসিমা (বলভদ্রগী সঙ্গীসিনা); বহি নিবে—পুগনী; বস্ত্র—ফি; অম্বুভাজন—জলপাত্র; ভট্টাচার্য্য—বলভদ্র ভট্টাচার্যানা; ভিক্ষা দিবে—(প্রভুদা) ভিক্ষা পীনী; করি—তৌরগা; ভিক্ষা-অটন—ভিক্ষাচৎপা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( ভট্টাচার্যাগী মনাই ) ব্রাহ্মণ-নহাসিনা প্রভুগী ফি অমসুং জলপাত্র পূজগনী অদুগা ভট্টাচার্যানা ভিক্ষা নিকুরগা লূক্ হৌদুনা প্রভুবু ফংহন্‌গনী।

## মূল ২০

তাঁহার বচন প্রভু অঙ্গীকার কৈল।

বলভদ্র ভট্টাচার্য্য সঙ্গে করি নিল ॥ ২০ ॥

## শব্দার্থ

তাঁহার—মহাক্কী (স্বরূপ দামোদরগী); বচন—বা; প্রভু—প্রভুনা; অঙ্গীকার—লৌবা; কৈল—তৌখি; বলভদ্র ভট্টাচার্য্য—বলভদ্র ভট্টাচার্যাবু; সঙ্গে করি—লোয়নননা; নিল—পুরে।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

স্বরূপ দামোদরগী বাহু প্রভুনা লৌরম্মী। অদুনা বলভদ্র ভট্টাচার্য্যবু লোয়নননা পুখি।

## মূল ২১

পূর্ব্বরাত্রে জগন্নাথ দেখি আজ্ঞা লঞা।

শেষরাত্র্যে উঠি প্রভু চলিলা লুকাইয়া ॥ ২১ ॥

## শব্দার্থ

পূর্ব্বরাত্রে—অহিংগী অহানবা শরুক্তা, সন্ধ্যা য়াচঙবদা; জগন্নাথ দেখি—জগন্নাথ দর্শন তৌরগা; আজ্ঞা—য়াথং; লঞা—লৌদুনা; শেষরাত্র্যে—অহিংগী অরোইবা শরুক্তা; উঠি—লেঙথংলগা; প্রভু—প্রভুনা; চলিলা—লেঙখি; লুকাইয়া—লোম্না।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সন্ধ্যায়াচঙবদা জগন্নাথদেব দর্শন তৌদুনা মন্নাথং লৌরগা অহিং লোইরকপদা কনামতবু খঙহন্দবমখৈ লোন্না প্রভু লেঙখি।

মূল ২২

প্রাতঃকালে ভক্তগণ প্রভু না দেখিয়া।
অন্বেষণ করি ফিরে ব্যাকুল হইয়া ॥ ২২ ॥

শব্দার্থ

প্রাতঃকালে—অয়ুকঙন্সাদা ; ভক্তগণ—ভক্তশিংনা ; প্রভু—প্রভুবু ; না দেখিয়া—উদদুনা ; অন্বেষণ—থিবা ; করি—তৌদুনা ; ফিরে—চংলী ; ব্যাকুল—লাঙতক্নবা ; হইয়া—ওইদুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অয়ুকঙন্সাদা ভক্তশিংনা প্রভুবু উদ্রদুনা মপূক্নীঙ লাঙতক্নুনা থিবনী হায়দুনা কোয়চং চংলম্মী।

মূল ২৩

স্বরূপ গোসাঞি সভায় কৈল নিবারণ।
নিবৃত্ত হই রহে সভে জানি প্রভুর মন ॥ ২৩ ॥

শব্দার্থ

স্বরূপ গোসাঞি—স্বরূপগোস্বামীনা ; সভায়—ময়াম পুম্নবু ; কৈল—তৌরম্মী ; নিবারণ—থিংবা ; নিবৃত্ত—হন্দোকপ ; হই—ওইদুনা ; রহে—লৈ ; সভে—পুম্নমক ; জানি—খঙদুনা ; প্রভুর—প্রভুগী ; মন—পূক্নীঙ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

স্বরূপ গোস্বামীনা ময়াম পুম্নবু থিংলম্মী। ময়াম পুম্না প্রভুগী পূক্নীঙ খঙলদুনা থিবা তোক্লুনা লৈখি।

মূল ২৪

প্রসিদ্ধ পথ ছাড়ি প্রভু উপপথে চলিলা।
কটক ডাহিনে করি বনে প্রবেশিলা ॥ ২৪ ॥

### শব্দার্থ

প্রসিদ্ধ—ময়াম্না খঙনবা ; পথ—লম্বী ; ছাড়ি—থাদোক্তুনা ; প্রভু—প্রভুনা ; উপপথে—খ্বায়না চৎনদবা লম্বীদা ; চলিলা—চৎলম্মী ; কটক ডাহিনে—কটক নগরগী য়েৎলোমদা ; করি—চৎলগা ; বনে—বন-দা ; প্রবেশিলা—চঙখি ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

খ্বায়না খঙনরবা লম্বী তোক্তুনা প্রভুনা খ্বায়না চৎনদবা লম্বীদা লেঙলম্মী। কটকনগরগী য়েৎপাংনা চৎলগা বন-দা চঙখিরম্মী ।

### মূল ২৫

নির্জ্জন বনে চলে প্রভু কৃষ্ণনাম লৈয়া ।

হস্তী ব্যাঘ্র পথ ছাড়ে প্রভুকে দেখিয়া ॥ ২৫ ॥

### শব্দার্থ

নির্জ্জন—মীপোংতাদবা ; বনে—উমংদা ; চলে—চৎলী ; প্রভু—প্রভুনা ; কৃষ্ণনাম—কৃষ্ণগী মিংলেন ; লৈয়া—শোন্দুনা ; হস্তী—শামু ; ব্যাঘ্র—কৈ ; পথ—লম্বী ; ছাড়ে—থাদোকয়ি ; প্রভুকে—প্রভুবু ; দেখিয়া—উরগা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মীপোং-তাদবা উমংদা প্রভুনা কৃষ্ণনাম শোন্-শোন্দুনা লেঙলী। শামু-কৈশিংনা প্রভুবু উরগা লম্বী থাদোকয়ি ।

### মূল ২৬

পালে পালে ব্যাঘ্র হস্তী গণ্ডার শূকরগণ ।

তার মধ্যে আবেশে প্রভু করেন গমন ॥ ২৬ ॥

### শব্দার্থ

পালে পালে—শরূপ শরূপ ; ব্যাঘ্র—কৈ ; হস্তী—শামু ; গণ্ডার—শামুগণ্ডা ; শূকরগণ—ওকশিং ; তার মধ্যে—মথোয়গী মরক্তা ; আবেশে—প্রেমাবেশদা ; প্রভু—প্রভুনা ; করেন—তৌরি ; গমন—চৎপা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কৈ, শামু, শামুগংভা অতুগা ওকশিংনা শরূপ শরূপ পূল্লগা লৈরম্মী। মখোয়হুগী মরক্তা প্রভুনা প্রেমাবেশদা লেপ্লী।

## মূল ২৭

দেখি ভট্টাচার্য্যের মনে হয় মহাভয়।
প্রভুর প্রতাপে তারা একপাশ হয়॥ ২৭॥

## শব্দার্থ

দেখি—উরগা; ভট্টাচার্য্যের মনে—বলভদ্র ভট্টাচার্য্যগী মপুক্কীডদা; মহাভয়—অকি-চৌবা (ওই); প্রভুর—প্রভুগী; প্রতাপে—ময়াইনা; তারা—মখোয়না (শাশিংনা); একপাশ—নাকল অমদা থৈদোকপা; হয়—ওই।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শা ময়াম চৎপহু উরগা বলভদ্র ভট্টাচার্য্যগী মপুক্কীডদা য়াম্না কিরম্মী। প্রভুগী শক্তিনা শাশিংহু নাকল অমদা থৈদোক্তুনা লৈখি।

## নৈনরোল

পূম্নমক্কী পুক্কীডবু চিংশনডম্বা শ্রীকৃষ্ণনা মীওইবনা থন্বদা থোক্তবা শক্তিনা জীব পূম্নমক্কী পুক্কীডবু চিংশল্লগা প্রেম-দগী পোকপা হুংডাইবদা লূপ্‌হল্লী। প্রেমগী হুংডাইবদা লূপ্লবদি জীবনা হাৎনীডবা অমদি য়েংথিব-নচিংবা কাউথোকয়ি; অসিগুম্বা শক্তিসী শ্রীকৃষ্ণনামগীসু লৈ: মরমদি নাম অহু শ্রীকৃষ্ণগা খেন্নদবা স্বরূপকীনী; মরমসিনা শ্রীমন্নরোত্তমদাস-ঠাকুর মহাশয়না হায়রম্মী, "শুনিয়া গোবিন্দরব, আপনি পালাবে সব, সিংহরবে যথা করিগণ—গোবিন্দ হায়বা খোন নাকোংনা তারগা লোইনমক মথন-মথম্বা চেন্‌খিগনী—নোংশাগী খোল্লাও তাবদা শামুশিংনা চেন্‌বগুম।" নোংশাগী খোল্লাও তাবদা শামুশিংনা হুংশাসোর শাংনা হোন্দুনা চেন্‌বগুম্না শ্রীগোবিন্দ হায়বা নাম তাবদা পুক্কীডগী ফত্তবা অপাম্বা পূম্নমক লাপ্না চেম্থোক্লগা লৈ। মতাংসিদদি স্বয়ং শ্রীকৃষ্ণনা মহাপ্রভু ওইনা শ্রীকৃষ্ণনাম শোল্ল-শোল্লতুনা লেঙলম্লিবনী; মহাকপু উরগা অতুগা মাগী চীন্দা জগৎকী মঙ্গল-ওইবা শ্রীকৃষ্ণনাম মনাকোংনা তারগা কৈন-চিংবা হিংসা-তৌগল্লবা

শাশিংনা মখোয়গী হৌনশা-ওইবা হিংসানচিংবা থাদোক্লগা লম্বীগী নাকল অমদা থৈদোক্কুনা লৈগনী হায়বসিদা করি ওক্কওাই লৈবগে ? শ্রীমন্ মহাপ্রভুদি মনীওতম্বা ভগবান্নী ; বিশ্বব্রহ্মাণ্ড পুম্বগী নিয়ন্তানী ; কৈন-চিংবা হিংসা-হৈনবা শাগী চিত্তগী নিয়ন্তাসু মহাক্নী ; মহাক্না মখোয়গী চিত্তবু ফাজল্লম্বনা মখোয়গী হিংসানচিংবা কাউথোক্কুনা নাকল অসিদা লেপ্তুনা লৈথোকখি। স্বয়ং ভগবান্গী রাদি থম্বু থম্গ্রন্থুনা, মহাক্নী স্বরূপ অমবু নীওবা সাধকশিংফাওববু কৈনচিংবা হিংসা-হৈনবা শাশিংনা হিংসা তৌদে। মরমসিনা শুক্রবা উমং মনুংদসু সাধু মহাত্মাশিংনা য়ৈখায়-থিঙ্গায় লৈতনা লৈরগা ভজন-সাধন তৌবা ওয়্রিবনী।

## মূল ২৮—২৯

একদিন পথে ব্যাঘ্র করি আছে শয়ন।
আবেশে তার গায়ে প্রভুর লাগিল চরণ ॥ ২৮ ॥
প্রভু কহে—'কৃষ্ণ কৃষ্ণ' ব্যাঘ্র উঠিল।
'কৃষ্ণ কৃষ্ণ' কহি ব্যাঘ্র নাচিতে লাগিল ॥ ২৯ ॥

## শব্দার্থ

একদিন—নোংমা ; পথে—লম্বীদা ; ব্যাঘ্র—কৈনা ; করি—তৌদুনা ; আছে—লৈ ; শয়ন—তুম্বা ; আবেশে—প্রেমাবেশদা ; তার—মাগী (কৈগী) ; গায়ে—হকচাংদা ; প্রভুর—প্রভুগী ; লাগিল—শোকখি ; চরণ—খোং ; প্রভু কহে—প্রভুনা হায় ; কৃষ্ণ কৃষ্ণ—কৃষ্ণ কৃষ্ণ ; ব্যাঘ্র—কৈ ; উঠিল—হৌগৎখি ; কৃষ্ণ কৃষ্ণ কহি—কৃষ্ণ কৃষ্ণ হায়দুনা ; ব্যাঘ্র—কৈনা ; নাচিতে—জগোই শাবা ; লাগিল—হৌখি।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নোংমা কৈ অমা লম্বীদা তুমদুনা লৈরম্মী ; প্রেমাবেশদা প্রভুনা কৈগী মচাদা খোংনা শোক্লুরে। প্রভুনা 'কৃষ্ণ কৃষ্ণ' হায়না শোক্লী ; কৈদু হৌগৎলকখি অদুগা 'কৃষ্ণ কৃষ্ণ' শোক্লগা জগোই শাগৎখি।

## নৈনরোল

প্রভুগী খোংনা শোকপিবদা কৈগী প্রারব্ধ ( নহাল্লমপোক্নী কর্ম্মফল ) মাংখিবনী। মাগী চিত্তদা প্রভুগী কৃপানা প্রেম পোক্খি। কৈনা হৌগৎলগা 'কৃষ্ণ কৃষ্ণ' শোন্দুনা প্রেমাবেশদা জগোই শাগৎখি।

কনাগুম্বনা হংবা য়াই, মদুদি—কৈনা মীওইবগী মতৌগুম্না শব্দ উচ্চারণ তৌবা ঙমদে; অদুগা মতৌ করম্না কৈনা 'কৃষ্ণ কৃষ্ণ' হায়বা থোক্লিবনো ? শ্রীকৃষ্ণগী নাম,-রূপ, গুণ, লীলানচিংবা স্বপ্রকাশ-নী ( মথন্তা ফোঙজবনী ) অমস্তুং প্রাকৃত-নত্তবা পোৎনী ; মখোয়দি প্রাকৃত ইন্দ্রিয়না লৌবা য়াবা নত্তে। রা-ঙাঙবা-ঙম্বা মীওইবসু প্রাকৃত-ওইবা লৈয়েংনা শ্রীকৃষ্ণগী নাম উচ্চারণ তৌবা ঙমদে ; অদুম্নদি ওইরগা, নাম লৌনীঙবা লাইবক-ফবা অমগী লৈয়েংদা নাম-মছামক্না কৃপা তৌবিদুনা থোরকয়ি ; মরমদি, নাম-রূপনচিংবদু শ্রীকৃষ্ণগী মতৌগুম্না স্ব-প্রকাশ ওইবা পোৎনী। "অতঃ শ্রীকৃষ্ণ-নামাদি ন ভবেদ্ গ্রাহ্যমিন্দ্রিয়ৈঃ। সেবোন্মুখে হি জিহ্বাদৌ স্বয়মেব স্ফুরত্যদঃ॥ ভ, র, সি ১/২/১০৯॥" নাম লৌনীঙবা মীগী লৈয়েংদা স্বপ্রকাশ ওইবা নাম অদু থোরকয়ি হায়বসী শ্লোকসিদগী খঙবা ঙম্মী। মীওইবনা নাম লৌনীঙবা য়াই, মরমদি মীওইবগীদি বিচার শক্তি লৈ ; অদুগা বিবেক (অফ-ফত্তগী জ্ঞান) লৈতবা উমংগী শাশিংনা করম্না নাম লৌনীঙগনী ? অদুগা মতৌ করম্না শাগী লৈয়েংদা নাম অদু থোরক্কদৌরিবা ? বিচারশক্তি লৈরগা হেক্তা জীবনা নাম শোন্নীঙলবোইদি মী পূম্নমক নাম শোন্নীঙগনী। নাম-শোন্নীঙবগী মরমদি বিচারশক্তি লৈবনা ঙাক নত্তে—সাধুকৃপানা নত্রগা ভগবান্গী কৃপাতনা মরম অদু ওইগদবনী। মতাঙসিদা ভগবান্ শ্রীমন্মহা-প্রভুনা কৃপা তৌবিদুনা উমংগী শাদুদা কৃষ্ণ শোল্লু হায়না য়াথং পীখি, মহাক্কী কৃপাশক্তিনে অদুগা ইচ্ছাশক্তিনে অনীদুগী মপান্না শাদুগী মপূক্নীঙ-দসু নাম শোন্নীঙখিবা ওইরম্বা য়াই ; শোন্নীঙববু পোক্লবদি স্বপ্রকাশ নাম অদুনা কৃপা তৌবিদুনা শাদুগী লৈয়েংদা থোরকপা য়াই। মওং অতোপ্পা অমদসু বিষয়সিবু খঙনবা তোৎনবা য়াই। আধ্যাত্মিকশক্তি-লৈতবা মীচম অমনসু লমগী শা-উচেকপু য়োক্লগা তম্বিদুনা মপুদুনা অনীঙ-অনীঙবা থবক তৌহল্লী, মদু ঐখোয় উদবা নত্তে ; করিমুক হায়নী, ভেনর, ময়না অমদি চোঙানচিংবা উচেকপু কৃষ্ণ, হরি, রাম-নচিংবা লাইগী নাম শোল্হন্বা উরি। নোংমগী মনুংদা মদুম্না তৌহন্বদি ঙমদে হায়বা চুম্মী ; অদুবু অস্থুম অস্থুম অভ্যাস তৌবগা ঙম্লিবনী। অদুগা আধ্যাত্মিক-শক্তি-লৈবা উমং-রামঙদা লৈবা সাধু মহাজনশিংনদি থবক অদুগুম্বদি য়াম্না লায়না তৌহন্বা ঙম্মী ; মরমদি জীবপূম্বগী মনুংদা লৈরিবা পরমাত্মানা পোং

থুদিংমক্কী মনুঙদা লৈ ; পরমাত্মানা থুদিংমকপু সৎপথদা ( অফবা লম্বীদা ) চৎননবা ইঙ্গিত তৌয়ি ; অদুবু মায়ানা শুমৃহৎলবা জীবনা ইঙ্গিত অদুবু থঙবা ঙমদে ; ভগবান্গী কৃপা ফংদুনা মায়াগী থুত্তগী নাম্থোকচরবা মীভা-দনা পরমাত্মাগী ইঙ্গিতসিবু খঙবা ঙমজে ; মহাক্কী থম্মোইদা পরমাত্মানা মপুঙফানা শরুউৎলী ; অসুম্না উৎলবা পরমাত্মাগী মফমদা লাক্লবা মীছুদি, শাথিবা অপরাধ লৈত্রবদি, মতম অদুদগীদমক্তা মায়াগী থৌরীছ কোম-থোরকয়ি ; মরমদি ঈশ্বর লৈবা মফমদা মায়া লৈবা য়াদে, সুমীৎ থোকপা মফমদা অমম্বা লৈবা ঙমদে। মতৌ অসুম্না মায়ামোহ অদু তৎপ্রবদি মীতুনা পরমাত্মাগী ইঙ্গিত অদু খঙবা ঙম্মী। মসীনা জীবগী রানী। অদুগা মহা-প্রভুদি স্বয়ং ভগবান্নী—পরমাত্মাগীসু পরমাত্মানী। মহাক্কী শক্তিদি ঙমখৈ নাইদবনী ; মহাক্কী ইঙ্গিত অমতনা উমংগী শা-উচেকপু কৃষ্ণনাম শোনহন্-গনী হায়রবসিদা করি ঙকঙাই লৈবগে ? মহাক্তি জীব পুম্বগী অন্তর্য্যামীনী, পরমাত্মাগীসু পরমাত্মানী ; মহাক্কী ইঙ্গিংনা উমংগী শাগী থম্মোইদা লৈবা পরমাত্মাদুনা উমংগী শাদুবু কৃষ্ণনাম লৌবগী মায়কৈরোমদা পাংগনী হায়ব-সিদা করি ঙকঙাই লৈবগে ? অদু নত্রগা :—নামগা নামীগা করিমতা খেন্নদে ; নামীগী অচিন্ত্যমহাশক্তি লৈবগুম নামগীসু অচিন্ত্যমহাশক্তি লৈ। নামীনা স্বপ্রকাশ ওইবগুম নামসু স্বপ্রকাশ ওই ; নামীগী ইচ্ছা ওইবা মতমদা, ইচ্ছা ওইবা মওংদা, ইচ্ছা ওইবা মফমদা নামীনা আত্মপ্রকাশ তৌবা ঙম্বগুম নামগীসু ইচ্ছা ওইবা মতমদা, ইচ্ছা ওইবা মফমদা নাম-না আত্ম-প্রকাশ তৌবা ঙম্মী ; মরমদুনা শ্রীমন্ মহাপ্রভুগী য়াথংনা কৃষ্ণনাম-না লেপ্পমক উমংগী শাগী লৈয়েংদা ফূং ফাওরকপা ঙম্মী। নত্রগা, মীওইবগী দেহেদা লৈবা জীবাত্মাদু শা-উচেক-তীন-কাঙ-উ রা-উরী রারী নাপীশীঙনা পুম্নমক্কী দেহেদা লৈবা জীবাত্মাগা অমতনী ; কর্ম্মফলগী খেন্নবা মতুং ইন্না কনা কনাগুম্বা জীব আমা মীওইবগী দেহদা চঙবনী অদুগা কনা কনাগুম্বা জীবাত্মানা শা উচেক-চিংবগী অমদি উ-রা নাপীশীঙনাগী দেহেদা চঙবত্নী। জীবাত্মা পুম্নমক চেতন চিদ্বস্তুঙাক্কী, জীবাত্মা পুম্নমক স্বরূপকী মতুং ইন্না শ্রীকৃষ্ণগী নিত্যদাসনী ( মতম পুম্বদা ওইবা মনাইনী ), অদুগা শ্রীকৃষ্ণগী নিত্যদাসনী হায়দুনা মখোয়গী কৃষ্ণসেবা তৌবগী লুংঙাইবা পাম্বসু নিত্যনী অমদুং অপাম্বদু থোরকপসু নিত্যনী। তৌইগুম্বসু অপাম্বসী জীবাত্মাদুগী

আশ্রয় ওইরিবা দেহগী মচুং কাওনা, দেহদা লৈবা ইন্দ্রিয়শিং কাওনা থোরককরি হায়হুনা দেহগী নত্রগা ইন্দ্রিয়গী ইচু-ইরুবা ওইনা থোরকরি ; মরমহুনা দেহগী নত্রগা ইন্দ্রিয়গী স্থখবাসনা ( মুংঙাইমীঙবা ) ওইনা উৎলকরি। তোঙান্-তোঙান্বা দেহগী ইন্দ্রিয়গী মশীঙ, মশক নত্রগা মওং, শক্তি অহুগা শক্তিহুগী বিকাশ ওইবগীসু—দেহ-দেহহুদা লৈবা জীবগী কর্ম্মফলগী মতুং ইন্না অথোই-অহেন লৈরিবনী। মীগীসু শা-উচেকরুচিংবগীসু লৈয়েং পাল্লী, লৈয়েংহুনা পাম্বৈ ওইরগা শব্দ উচ্চারণ তৌবা ঙম্মী; অতুবু মথোয় লোইনমক্কী শব্দদি মায়দে। মীওইবনা খঙগদবা শব্দ হায়বদি লোল (ভাষা) অদুদি মীওইবগী লৈরেংদনা উচ্চারণ তৌবা ঙম্মী, শা উচেক্কা ঙমদে। শা-উচেক্কী দেহ-হুংদা লৈবা জীবগী কর্ম্মফলহুনা মীওইবগীগুম্বা শব্দ নত্রগা ভাষা উচ্চারণ তৌবা য়াদে। মীচম অমনা শা অমবু কৃষ্ণ শোল্লু হায়বদা শাহুনা হায়দোকপা ঙম্মোই; মরমদি মীচম অমগী ইচ্ছানা কর্ম্মফলগী মতুং ইন্না ওইরকপা লৈয়েংনা ঙমদবা শরক্ত মাঙহন্বা ঙমদে। অদুগা ঙমখৈ-নাইদবা-অচিন্ত্যা-শক্তি-লৈবা স্বয়ং ভগবান্ শ্রীমন্ মহাপ্রভুনা কৈহুদা খোঙনা শোকপীহুনা 'কৃষ্ণ কৃষ্ণ' হায়রম্বহুদা খুদক্তা প্রভুগী কৃপানা অমসুং মহাক্কী খোঙনা শোকপীবগী ময়াইনা কৈগী নহাক্কী মপোক্কী (প্রারব্ধ) কর্ম্মফল মাঙখি অদুগা কর্ম্মফলহুদগী থোরকপা মাগী লৈয়েংগী ঙমদবা শরক্তুসু মাঙখ্রে অমসুং কৈগী দেহদা লৈবা জীবাত্মাসু মতমহুদা স্বরূপ-তা ( মচাগী ওইবা ফীভমদা ) লৈহুনা প্রভুগী কৃপানা কৈগী লৈয়েংনা কৃষ্ণনাম উচ্চারণ তৌখিবনী।

স্বরূপ তা লৈবা জীবাত্মানা শা-ঙাগী দেহদা লৈহুনসু শ্রীকৃষ্ণনাম-নচিংবা উচ্চারণ তৌবা ঙম্মী হায়বগী প্রমাণদি,—শ্রীমদ্ভাগবতমদা শজীগী দেহদা লৈবা ভরত-মহারাজনা শজীগী হকচাঙ থাদোকপা মতমদা অমসুং গজেন্দ্র মোক্ষণলীলাদা উবা ফংঙী।

মূল ৩০

আর দিনে মহাপ্রভু করে নদী স্নান।

মত্ত-হস্তিযূথ আইল করিতে জলপান ॥ ৩০ ॥

## শব্দার্থ

আর—অতোপ্পা ; দিয—ফুমীত্তা ; মহাপ্রভু—মহাপ্রভুনা ; করে—তৌরি ; নদীস্নান—তুরেল্দা স্নান ; মত্ত—অঙাওবা ; হস্তিযূথ—শামু মপৈ ; আইল—লাকখি ; করিতে—তৌননবা ; জলপান—ঈশীঙ থকপা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অতোপ্পা ফুমীং অমদা মহাপ্রভুনা তুরেল্দা স্নান তৌরিঙৈদা অঙাওবা শামু-মপৈ অমা ঈশীঙ থকপা লাকৃখি ।

## মূল ৩১

প্রভু জলকৃত্য করে, আগে হস্তী আইলা ।

'কৃষ্ণ কহ' বলি প্রভু জল ফেলি মাইলা ॥ ৩১ ॥

## শব্দার্থ

প্রভু—প্রভুনা ; জলকৃত্য—ঈশীঙনা তৌগদবা থবক হায়বদি স্নান তৌবনচিংবা ; করে—তৌরি ; আগে—মাঙলোমদগী ; হস্তী—শামু ; আইলা—লাক্লম্মী ; কৃষ্ণ কহ—কৃষ্ণ শোল্লু ; বলি—হায়দুনা ; প্রভু—প্রভুনা ; জল—ঈশীঙ ; ফেলি—চাইদুনা ; মাইলা—য়ৈরম্মী ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা স্নান তৌরিঙৈদা মাঙলোমদগী শামুনা চঙশল্লক্লম্মী । প্রভুনা 'কৃষ্ণ শোল্লু' হায়রগা শামুগী মহাদা ঈশীঙ চাইথিল্লম্মী ।

## মূল ৩২-৩৩

সেই জলবিন্দুকণা লাগে যার গায় ।

সেই 'কৃষ্ণ কৃষ্ণ' কহে প্রেমে নাচে গায় ॥ ৩২ ॥

কেহো ভূমে পড়ে, কেহো করয়ে চীৎকার ।

দেখি ভট্টাচার্য্যের মনে হয় চমৎকার ॥ ৩৩ ॥

## শব্দার্থ

সেই—মহ ; জলবিন্দুকণা—ঈশীঙ মরীক মরীক ; লাগে—চোংঙী ; যার—মাগী ; গায়—হকচাঙদা ; সেই মহাক্তুনা ; কৃষ্ণ কৃষ্ণ—কৃষ্ণ কৃষ্ণ ;

কহে—কৌয়ি ; প্রেমে—কৃষ্ণপ্রেমনা ; নাচে—জগোই শাই ; গায়—ঈশৈ শকয়ি ; কেহো—কনামনা ; ভূমে—লৈবাকথক্তা ; পড়ে—তুথৈ ; কেহো—কনামনা ; করয়ে—তৌয়ি ; চীৎকার—লাউ-খোংবা ; দেখি—উবদা ; ভট্টাচার্য্যের—বলভদ্র ভট্টাচার্য্যগী ; মনে—পুক্নীঙদা ; হয়—ওই ; চমৎকার—ঙকপা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা চাইরকপা ঈশীঙ মরীক মরীক্তা হকচাংদা চোংলু-চোংলুবা শামু অদুনা 'কৃষ্ণ কৃষ্ণ' হায়না শোল্লী অদুগা কৃষ্ণপ্রেম পোক্তুনা জগোই শাই অমস্যুং ঈশৈ শকয়ি। কনামনা লৈপাকথক্তা তুথৈ অদুগা কনামনা লাউ-খোংঙী।

## নৈনরোল

জগোই শাবা, ঈশৈ শকপা, লৈপাকথক্তা তুথবা, লাউখোংবা—অসি পুম্বা কৃষ্ণপ্রেমগী বিকার-নী। মহাপ্রভুগী কৃপানা শামুশিংদুগী চিত্তদা শ্রীকৃষ্ণপ্রেম পোক্খিবনী।

## মূল ৩৪

পথে যাইতে করে প্রভু উচ্চ সঙ্কীর্ত্তন।
মধুর কণ্ঠধ্বনি শুনি আইসে মৃগীগণ ॥ ৩৪ ॥

শব্দার্থ

পথে—লম্বীদা ; যাইতে—চৎপদা ; করে—তৌয়ি ; প্রভু প্রভুনা ; উচ্চ—অরাঙবা ; সঙ্কীর্ত্তন—নাম-শোন্ ; মধুর—অথুম্বা ; কণ্ঠধ্বনি—খোন্ ; শুনি—নাকোঙনা তারগা ; আইসে—লাকয়ি ; মৃগীগণ—শজীশিং।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

লম্বীদা চৎনা চৎনা প্রভুনা খোল্-হৌনা নাম শোল্লম্মী। প্রভুগী খোন্থুম অদু তাবদা শজীশিং লাক্লম্মী।

## মুল ৩৫

ডাহিনে-বামে ধ্বনি শুনি যায় প্রভু-সঙ্গে।
প্রভু তার অঙ্গ মুছে, শ্লোক পঢ়ে রঙ্গে ॥ ৩৫ ॥

## শব্দার্থ

ডাহিনে—য়েত্তা ; বামে—ওইরোমদা ; ধ্বনি—খোন ; শুনি—নাকোঙনা তারগা ; যায়—চৎলী ; প্রভু-সঙ্গে—প্রভুগা লোয়ননা ; প্রভু—প্রভুনা ; তার—মহাক্কী (মখোয়গী) ; অঙ্গ—হকচাঙ ; মুছে—নাল্লী ; শ্লোক পড়ে—শ্লোক থীরম্মী ; রঙ্গে—নুংঙাইনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শজীশিংনা য়েৎ-ওই অনীমক্তা প্রভুগী খোন তান-তানা প্রভুগা লোয়ননা চৎলী ; প্রভুনা মখোয়গী হকচাঙ নান্বী অদুগা নুংঙাইনা শ্লোক থীরম্মী।

### মূল ৩৬

ধন্যাঃ স্ম মূঢ়মতয়োঽপি হরিণ্য এতা
যা নন্দনন্দনমুপাত্তবিচিত্রবেশম্।
আকর্ণ্য বেণুরণিতং সহকৃষ্ণসারাঃ
পূজাং দধুর্বিরচিতাং প্রণয়াবলোকৈঃ ॥ ৩৬ ॥

### শব্দার্থ

ধন্যাঃ—মহৈ-য়ান্বা ; স্ম—অহো, ঐখোয়গী অসিগুম্বা লাইবক লৈতে ; মূঢ়মতয়ঃ—অপঙবা-বুদ্ধি-ওইবশিং ; অপি—সু ; হরিণ্যঃ—শজী অমোমশিং ; এতাঃ—অসিখিবিক্লা : যাঃ—মখোয়না ( শজী-অমোমশিংনা ) ; নন্দনন্দনম্—নন্দগী মপারিদা ; উপাত্ত—লৌরবা, থোল্লবা ; বিচিত্রবেশম্—ফিজেৎ-লৈতেং মখল মখল ; আকর্ণ্য—নাকোঙনা তারগা ; বেণুরণিতং—বেণুগী খোন্ ; সহ—লোয়ননা ; কৃষ্ণসারাঃ—শজীলাবশিংগা ; পূজাং দধুঃ—পূজা তৌয়ি ; বিরচিতাং—মচন্-ওইবা ; প্রণয়-অবলোকৈঃ—নুংশি-মীৎয়েংনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শরৎকী মতমদা বৃন্দাবন-দা শ্রীকৃষ্ণগী পূক্নীঙ-হুনঙাই-ওইবা বাঁশী তারগা কনা কনাগুম্বা গোপীনা হায়রম্মী—শজী অমোমশিংসী অক-ফত্ত-খল্লবা বুদ্ধি লৈজত্রবসু ধন্যনী ; মরমদি, মখোয়না বেণুমখোন মনাকোঙনা

তারগা মছা মছাগী মপুরোইবশিংগা লোয়ননা মুংশিবা মীৎয়েংনা ফিজেং-লৈতেং মখল মখলগী বেশ-থোম্বা নন্দনন্দনবু পূজা তৌজরি ; অঙ্গোকপনী ! ঐখোয়গীদি অসীগুম্বা লাইবক ওইত্রেদকো !

## নৈনরোল

বৃন্দাবন-দা শ্রীকৃষ্ণগী বেণু মখোন্ তারগা লাঙতক্করবী ব্রজগী শক-হেন্নবীশিংনা মখোয় মশেন ঙাঙনরম্বা রাদো শ্লোকসীদা ফোঙদোকয়ি। শ্রীকৃষ্ণগী বেণু-নাদ মনাকোঙনা তাজরগা বৃন্দাবনগী শজী-অমোমশিংনা শজী-লাবশিংগা লোয়নজদুনা মুংশি-মীৎয়েং য়েংদুনা বেণু-থোংবা শ্রীকৃষ্ণগী মায়কৈ তম্না য়েংজখি ; মদু উরগা গোপী অমনা মহাক্কী সখী অমদা হায়খি—হে সখি ! শ্রীকৃষ্ণনা য়াম্না মুংশিজবা বৃন্দাবনসিগী মাহাত্ম্যগী রাদি থম্মু থমখো, বৃন্দাবনগী শাশিংসিগী করি লাইবক্নো ! শজী অমোমশিংসী **মূঢ়মতয়ঃ অপি**—মূঢ় ( বিবেকরাৎপা ) মতি ( বুদ্ধি ) মখোয়গী ওইরবসু, উমংগী শা ওইবনা মখোয়গী অফফত্তগী রাখল লৈত্রবসু মখোয়সী ধন্যনী : মরমদি, **বেণুরণিতং**—বেণুগী খোন, বেণুধ্বনি মনাকোঙনা তাজরগা মখোয়সিনা **সহকৃষ্ণসারৈঃ**—মাগী মাগী মপুরোইবা শজীলাবশিংগা লোয়ননা নন্দ-নন্দনগী পূজা তৌজরি ; করি পোৎলম্না পূজা তৌরি ? **প্রণয়াবলোকৈঃ**—মুংশি-মীৎয়েংনা ; মুংশিমীৎয়েংনা মখোয়না তৌরিবা পূজাগী পোৎলম্নী। শ্রীকৃষ্ণগী রূপ করম তৌয়ি ? **উপাত্তবিচিত্রবেশং**—বিচিত্র ( বনমালা, রাহোং চূড়া, গুঞ্জা নচিংবা মচন্না শাবা ফজরবা ) বেশ থোল্লিবা, অদুগুম্বা শ্রীকৃষ্ণবু মখোয়না পূজা তৌরি। **স্ম**—( খেদার্থক অব্যয় ) ; অহো ঐখোয়গীদি অসিগুম্বা লাইবক লৈতে ; মখোয়সিগী মপুরোইবশিংনা মখোয়বু শাউবদি তৌদদুনা মখোয়গতুম্ব লোয়ননা শ্রীকৃষ্ণবু দর্শন তৌরি ; অদুগা ঐখোয়না শ্রীকৃষ্ণবু য়েংলিবসী ঐখোয়গী ইপুরোইবশিংনা উথোকথ্রবদি মখোয়না ঐখোয়বু শাউগনী। অদুগা শজী অমোমশিংসিগী মপুরোইবশিংদি **কৃষ্ণসারাঃ**—কৃষ্ণবু মখোয়গী সার ওইনা লৌয়ি—অসূক মুংশিদো মখোয়না শ্রীকৃষ্ণবু !

বন উবদা বৃন্দাবন ওইনা প্রভুনা খনখি; লক্ষ্মীগী চিদাইদা শজিশিংবু উবদা নৈনরিবা শ্লোকসিদা য়াওরিবা শ্রীকৃষ্ণগী বেণুনাদনা চিংলম্বা বৃন্দাবনগী

শক্তিশিংবু নীঙশীঙলকখি ; মরমত্থুনা প্রভুনা ভাবাবেশদা শক্তিশিংগী মছাদা খুৎনা নানৃবিরম্বা মতমদা শ্লোক অসী থীরম্লিবনী । শ্রীকৃষ্ণবু মুংশিরম্বী শজী-অমোমশিংদা শ্রীরাধিকানচিংবী গোপসুন্দরীশিংনা মুংশিবা উৎলম্বগী ভাব অত্থদা আবিষ্ট ওইথিবনা প্রভুনা শজী-অমোমশিংগী মছাদা খুৎনা নানৃবিরম্বনী ।

## মূল ৩৭

হেনকালে ব্যাঘ্র তথা আইল পাঁচ-সাত ।
ব্যাঘ্র মৃগী মিলি চলে মহাপ্রভুর সাথ ॥ ৩৭ ॥

## শব্দার্থ

হেনকালে—মতম অসিরাইদা ; ব্যাঘ্র—কৈ ; তথা—মফমত্থদা ; আইল—লাকৃখি ; পাঁচ-সাত—মঙা-তরেৎ ; ব্যাঘ্র—কৈ ; মৃগী—শজী-অমোম ; মিলি—তিন্নরগা ; চলে—চৎলী ; মহাপ্রভুর সাথ—মহাপ্রভুগা লোয়ননা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতম অসিরাইদা কৈ মঙা-তরূক মফমত্থদা লাক্লম্মী । কৈগা শজী-অমোমগা তিন্নত্থনা প্রভুগা লোয়ননা চৎলম্মী ।

## দৈনন্রোল

শ্লোকসী শ্রীমদ্ভাগবতম্‌দগী লৌখোকপনী ( ১০/২১/১১ ) ।

হেনকালে—প্রভুনা শজী-অমোমশিংগী মছাদা নান্‌-নান্দুনা শ্লোক থীরম্বা মতম অত্থরাইদা ।

## মূল ৩৮

দেখি মহাপ্রভুর বৃন্দাবন স্মৃতি-হৈল ।
বৃন্দাবনগুণবর্ণন-শ্লোক পড়িল ॥ ৩৮ ॥

## শব্দার্থ

দেখি—(কৈগা শজিগা চৎমিন্নবা) উরগা ; মহাপ্রভুর—মহাপ্রভুগী ; বৃন্দাবন স্মৃতি—বৃন্দাবন-নীঙশীঙবা ; হৈল—ওইখি ; বৃন্দাবন-গুণ-বর্ণন-শ্লোক— বৃন্দাবনগী গুণ থাগৎপা শ্লোক ; পড়িল—থীরম্মী ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( কৈগা শজীগা পুল্লপ তিন্ননা চৎমিন্নরম্বহ্নু ) উরগা প্রভুনা বৃন্দাবন-বু নীঙশীঙলকুখি। অদুনা বৃন্দাবন-গী গুণ থাগৎপা শ্লোক অদু থীরম্মী।

## নৈনরোল

"যত্র নৈসর্গদুর্বৈরাঃ"-নচিংবা শ্রীমদ্ভাগবতম্‌গী (২০/১৩/৬০) শ্লোক অসিদগী খঙবদি বৃন্দাবন-দা য়েংথীনবা পূকচেল চেন্নদে হায়বসিনী। মরম-সিনা মফমদুদা মহৌশানা য়েংথীনগন্‌বা কৈগা শজিগনা মরূপ ওইমিন্নদুনা লৈমিন্নে। মরমদুনা বনসিদস্তু কৈগা শজীগস্তু পুল্লপ চৎমিন্নরম্বা, কৈ উরগা শজিনা চেম্থোক্কবা, শজিবু উরগা কৈনা শরাক হুমদবা—মখোয়না মহৌশাগী ওইবা য়েংথীনবা থাদোক্তুনা মরূপকী পূকচেল চেন্নখিবগুম ভৌরম্বা মতম-দুদা প্রভুনা বৃন্দাবনগী রা নীঙশীঙলকখি অদুগা "যত্র নৈসর্গদুর্বৈর।"-নচিংবা শ্লোকসী থীরম্লিবনী।

## মূল ৩৯

যত্র নৈসর্গদুর্বৈরাঃ সহাসন্ নৃমৃগাদয়ঃ।
মিত্রাণীবাজিতাবাসদ্রুতরুট্‌তর্ষণাদিকম্ ॥ ৩৯ ॥

## শব্দার্থ

যত্র—মফমদুদা ( বৃন্দাবন অদুদা ); নৈসর্গ—মহৌশানা; দুর্বৈরাঃ—য়েংথীনগন্‌বা; নৃ—মীওইবা; সহ আসন্—লোয়নননা লৈরম্মী; মৃগ-আদয়ঃ—শা-নচিংবা; মিত্রাণি ইব—মরূপকুম্না; অজিত—মীনা জয় তৌবা ঙমদবা মাগী (শ্রীকৃষ্ণ); আবাস—লৈফম; দ্রুত—চেনথোকপ্রবা; রুট্—অশাউবা; তর্ষণ—অপাম্বা, মিহৌবা; আদিকম্—নচিংবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণগী লৈফম্মী হায়দুনা মফমদুদগী অশাউবা অমদি অপাম্-মিহৌবা চেম্থোকপ্রবা অদুগা মহৈ মহৈ য়েংথীনগন্‌বা মীগা শাকৈনচিংবগা মরূপকী মতৌগুম্না লৈমিন্নবা ( বৃন্দাবন কৌবা ) মফমদু ( ব্রহ্মানা উখি )।

## নৈনরোল্

শ্লোকসিগী মমাঙগী শ্লোক অসুদা 'ব্রহ্মা বৃন্দাবনং অপশ্যৎ' য়াওরি। শ্লোকসী মমাঙগী শ্লোক অসুদা য়াওরিবা 'বৃন্দাবনং' শব্দগী বিশেষণ-নী।

ব্রহ্মমোহনলীলাদা ব্রহ্মানা রাখাল অমসুং শন্নাও পুম্নমকপু হুরাল্লগা লোৎতুনা থমখি। অসুবু শ্রীকৃষ্ণনা মাগী অচিন্ত্য শক্তিনা হুরানখ্রবা রাখাল অমসুং শন্নাওপুম্বা ওইনা মছাবু ফোঙদোক্লগা অমসুং স্বয়ং ওইনসু লৈরগা হান্নগী মতৌগুম্না শান্নরম্মী ; মতু উবদা ব্রহ্মানা ঙকখি ; অসুদগী মথং মথং ওইনা মতম চানা চানা শ্রীকৃষ্ণগী কৃপাদগী শ্রীবৃন্দাবনগী মাহাত্ম্য পুম্বা ব্রহ্মাগী মমীত্তা উৎনখি। মতমসিমক্তদা ব্রহ্মানা বৃন্দাবনগী রূপ অমা উখিবসুগী দিক অমা শ্লোকসিদা উৎলী। বৃন্দাবনসু করম্না মওংদা ব্রহ্মানা উখি ? অজিতাবাসদ্রুতরুট্‌তর্ষণাদিকং—অজিতগী ( শ্রীকৃষ্ণগী ) আবাস (লৈফম, লীলাগী মফম)-নী হায়রুনা (মফমসুদগী) দ্রুত (চেল্থোকখ্রবা) ওইরবা—রুট্ (রোষ—অশাউবা) তর্ষণ [তৃষ্ণা—লোভ (মিহৌবা, অপাম্বা)-আদি (আদি শব্দনা য়েংথিবা হাৎনীঙ-চৈনীঙবনচিংববু তাক্লিবনী) চেল্থোক-খ্রবা, অসুগুম্বা বৃন্দাবনবু উরম্মী। ব্রহ্মানা উরম্মী—শ্রীবৃন্দাবন-দদি অশাউবা, মিহৌবা, হাৎনীং-চৈনীঙবা, য়েংথীনবা করিমত্তা লৈতে—মরমদি, মফমসী অজিত-শ্রীকৃষ্ণগী লীলা-শান্নফম্নী। মতাঙসিদা 'অজিত' শব্দ শীজন্নবগী মরমদি শ্রীকৃষ্ণদি অ-জিত ( মায়থীহন্দবা )—( ভক্তি নত্রগা প্রেম নত্তনা অতোপ্পা ) কনাগুম্বা অমতনা মহাক জিত ( মায়থীহল্লবা ) ওইদ্রিবা, (অতোপ্পা) কনাগুম্বগী বশ্যতা (মখা পোনবা) লৌদবা—হায়বসিনী। য়েংথীবা, হাৎনীঙবা, অশাউবা, মিহৌবা হায়বসিনা মহাকপু মায়থীহনবা ঙমদে হায়রুনা মহাক্কী মনাক্তা—করিমুক হান্নগনী, মহাক্কী লীলা শান্নফম অসুগী নাক্তসু চংবা ঙমদে—মফমসুদগী লাপ্পা চেল্থোকখি। মরম অসিনা শ্রীকৃষ্ণগী লীলাস্থল শ্রীবৃন্দাবন-দা অশাউবা লৈতে, মিহৌবা লৈতে, হাৎনীঙবা, য়েংথীবা লৈতে। তশেংবদি শাউবা মীহৌবনচিংবদি প্রাকৃত-মায়াগী মথৌনী ; মায়া লৈবা মফমদা শাউবা মিহৌবনচিংবা মায়াগী থবকশিংসী লৈবা ; মায়ানা থাদোক্লম্লবা মফমসুদগী অশাউবা-মিহৌবনচিংবনা লাপ্পা চংথোকখিগনী। মরমদি ভগবান্‌গী মাঙদা লৈবদা ইকায়জে ( বিলজ্জ-মানয়া যস্যস্থাতুমীক্ষাপথেঽমুয়া ইত্যাদি শ্রীভাগবত, ২/৫/১৩ ) ভগবান্‌গী

মীৎয়েং-তাফমগী—মরমচুবা মহাকী লীলা শান্নফমগীসু—রাংমদা লৈ। মরমচুনা মায়াগী থবক অশাউবা-মিহৌবনচিংবসু মহাকী লীলা শান্নফমদা লৈবা ঙমদে। ব্রহ্মানা অতৈসু উরম্মী যত্র—মফমচুদা, বৃন্দাবন অচুদা, **নৈসর্গদুর্বৈরাঃ**—নৈসর্গ (মহৌশানা ওইবা) দুর্বৈর (শাথীনা য়েংথীনবা) মখোয় মনুংদা, মহৌশানা মইহে মইহে শাথীনা য়েংথীনগনবা, অচুগুম্বা **নৃমৃগাদয়ঃ**—নৃ ( মী ) অচুগা মৃগাদি (শা নচিংবা—নোংশা-কৈনচিংবা), মখোয় অমনা অচাবা (খাদক) অচুগা অমনা চীনজাক (খাদ্য) ওইবগী মরী লৈনবা, অসিগুম্বা মী অমদি শা-কৈশিংনা মখোয়-মখোয়গী হৌনশা ওইবা হাৎনীঙবা অমদি য়েংথীনবা পুম্বা কাউথোক্লচুনা **মিত্রাণি ইব**—মরূপকী পান্দমগুম অমত্তা ওইনা লৈমিন্নরি। শ্রীবৃন্দাবন দা হিংসা-নচিংবা লৈত্তবা মরম্না মীবু কৈনা হাৎকে হায়দে, কৈবু উরগসু মীনা কিদে নত্রগা কৈচুবু হাৎনীঙদে। শ্রীবৃন্দাবন-দদি, প্রেমময়-দেহ শ্রীকৃষ্ণনা মহাকী প্রেমময়দেহ পরিকরশিংগা প্রেমগী খেলা তৌনা তৌনা প্রেম-গী ঈচাউ অমা চেলহনখি, ঈচাউচুনা মফমচুদা লৈবা অচৎ-চৎতা-মীওইবা, শা-উচেক, তীন-কাঙ উ-উরীনচিংবা পুম্নমকপু প্রেমগী রসদা থুমহল্লী; মরমচুনা মইহে মইহে মুংশিনচুনা য়াম্না মুংশিনবা মরূপকুম্না পুল্লপ-পুন্না লৈমিন্নরি। মসী শ্রীকৃষ্ণগী লীলাস্থল শ্রীবৃন্দাবনগী মাহাত্ম্য অমনী; ব্রহ্মানা মাহাত্ম্যসী খঙজখি।

## মূল ৪০

'কৃষ্ণ কৃষ্ণ কহ' করি প্রভু যবে বৈল।
'কৃষ্ণ' কহি ব্যাঘ্র-মৃগ নাচিতে লাগিল ॥ ৪০ ॥

## শব্দার্থ

কৃষ্ণ কৃষ্ণ কহ—কৃষ্ণ কৃষ্ণ হায়য়ু; করি—হায়চুনা; প্রভু—প্রভুনা; যবে—মতমচুদা; বৈল—হায়খি; কৃষ্ণ—কৃষ্ণ; কহি—হায়চুনা; ব্যাঘ্র—কৈনা; মৃগ—শজীনা; নাচিতে—জগোই শাবা; লাগিল—হৌখি।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা 'কৃষ্ণ কৃষ্ণ' শোল্লু হায়না হায়রকপা মতমচুদা কৈগা শজীগনা কৃষ্ণ শোন্ শোন্দুনা জগোই শাগৎখি।

## মূল ৪১

নাচে কুন্দে ব্যাঘ্রগণ মৃগীগণ-সঙ্গে ।
বলভদ্র ভট্টাচার্য্য দেখে অপূর্ব্ব রঙ্গে ॥ ৪১ ॥

### শব্দার্থ

নাচে—জগোই শাই ; কুন্দে—ফন্ ফন্ চোংঙী ; ব্যাঘ্রগণ—কৈশিংনা ; মৃগীগণ সঙ্গে—শজী-অমোমশিংগা লোয়ননা ; বলভদ্র ভট্টাচার্য্য—বলভদ্র ভট্টাচার্য্যনা ; দেখে—য়েংঙী ; অপূর্ব্ব—মমাইঙেদা ঙইখিদ্রিবা ; রঙ্গে—নুংঙাইবা অমনা ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কৈশানবশিংনা শজী-অমোমশিংগা লোয়ননা জগোই শাই অহুগা ফন্ ফন্ চোংঙী । মহু বলভদ্র ভট্টাচার্য্যনা মমাইঙেদা ফংখিদ্রিবা মনুংঙাইদা নুংঙাইনা য়েংথি ।

## মূল ৪২

ব্যাঘ্র-মৃগ অন্যোন্যে করে আলিঙ্গন ।
মুখে মুখ দিয়া করে অন্যোন্যে চুম্বন ॥ ৪২ ॥

### শব্দার্থ

ব্যাঘ্র মৃগ—কৈগা শজী-অমোমগা ; অন্যোন্যে—অমগা অমগা ; করে—তৌয়ি ; আলিঙ্গন—কোন্নবা ; মুখে—চীন্দা ; মুখ—চীন ; দিয়া—থমহুনা, শোক্নহুনা ; করে—তৌয়ি ; অন্যোন্যে—মহৈ মহৈ ; চুম্বন—চুপ্পা ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কৈগা শজীগনা মহৈ মহৈ কোন্নরম্মী অহুগা চীন্‌গা চীন্‌গা থেংনহুনা মহৈ মহৈ চুপ্পরম্মী ।

## মূল ৪৩

কৌতুক দেখিয়া প্রভু হাসিতে লাগিলা ।
তা-সভাকে তাহাঁ ছাড়ি আগে চলি গেলা ॥ ৪৩ ॥

### শব্দার্থ

কৌতুক— কৃমৈ ; দেখিয়া—উরগা ; প্রভু—প্রভুনা ; হাসিতে—নোকপা ; লাগিলা--হৌখি ; তা-সভাকে—মখোয় পুম্ববু ; তাঁহা—মফমদুদা ; ছাড়ি—থাদোক্লম্লগা ; আগে— মাঙতম্না ; চলি গেলা—লেংঙী ।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা কৃমৈদু উরগা নোক্লম্মী । মখোয় পুম্ববু মফমদুদা থাদোক্লম্লগা মাঙ থানা লেঙখৎখি ।

### মূল ৪৪

ময়ূরাদি পক্ষিগণ প্রভুকে দেখিয়া ।
সঙ্গে চলে, 'কৃষ্ণ' বোলে, নাচে মত্ত হঞা ॥ ৪৪ ॥

### শব্দার্থ

ময়ূরাদি—রাহোংনচিংবা ; পক্ষিগণ—উচেকশিংনা ; প্রভুকে—প্রভুবু ; দেখিয়া—উদুনা ; সঙ্গে চলে—লোয়ননা চৎলী ; 'কৃষ্ণ' বোলে—কৃষ্ণ হায়না শোল্লী ; নাচে—জগোই শাই ; মত্ত—অঙাওবা ; হঞা—ওইরদুনা ।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

রাহোংনচিংবা উচেকশিংনা প্রভুবু উরগা প্রভুগা লোয়ননা চৎলী, কৃষ্ণ হায়না শোল্লী, ঙাওরদুনা জগোই শাই ।

### মূল ৪৫

'হরিবোল' বলি প্রভু করে উচ্চধ্বনি ।
বৃক্ষলতা প্রফুল্লিত সেই ধ্বনি শুনি ॥ ৪৫ ॥

### শব্দার্থ

হরিবোল—হরি শোল্লু ; বলি—হায়দুনা ; প্রভু—প্রভুনা ; করে—তৌয়ি ; উচ্চধ্বনি—খোল্লাও ; বৃক্ষ—উপাম্বী ; লতা—উরীনা ; প্রফুল্লিত হরাওজবা ( ওই ) ; সেই ধ্বনি—খোন অদুমক ; শুনি—তারগা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভু 'হরিবোল' হায়দুনা খোল্লাও থারম্মী। খোল্লাওদু তাবদা উগা-উরিগনা হরাওজখি।

## নৈনরোল

বৃক্ষলতা-নচিংবা—প্রভুগী কৃপানা উ-উরীপুম্বসু প্রেম ফংখি; মরম-দুনা মখোয়না হরাওরম্বনী। প্রভুদি স্বয়ং শ্রীকৃষ্ণনী হায়বদুগী প্রমাণ্নী মসী; মরমদি স্বয়ং শ্রীকৃষ্ণ নত্তনা ভগবৎ-স্বরূপ অতৈনা পুম্নমক্না—করি হায়নী উ-উবী ফাওবদসু—প্রেম পীবা ঙমদে। "সন্ত্ববতারা বহবঃ পঙ্কজনাভস্য সর্ব্বতোভদ্রাঃ। কৃষ্ণাদন্যঃ কো বা লতাস্বপি প্রেমদো ভবতি॥ ল-ভা পূর্ব ৫,৩৭॥"

## মূল ৪৬

ঝারিখণ্ডে স্থাবর-জঙ্গম আছে যত।
কৃষ্ণনাম দিয়া কৈল প্রেমেতে উন্মত্ত॥ ৪৬॥

## শব্দার্থ

ঝারিখণ্ডে—ঝারিখণ্ডদা; স্থাবর—লেংদবা; জঙ্গম—অরেংবা; আছে—লৈ; যত—কয়াদো; কৃষ্ণনাম—শ্রীকৃষ্ণনাম পীদুনা; কৈল—তৌখি; প্রেমেতে—কৃষ্ণপ্রেমদা; উন্মত্ত—ঙাওবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঝারিখণ্ডদা লৈরম্বা অচৎ-চত্তা খিবিক্তা কৃষ্ণনাম পীরগা কৃষ্ণপ্রেমদা ঙাওহল্লম্মী।

## মূল ৪৭

যেই গ্রাম দিয়া যান, যাহাঁ করেন স্থিতি।
সে সব গ্রামের লোকের হয় প্রেমভক্তি॥ ৪৭॥

## শব্দার্থ

যেই—মদু; গ্রাম—খুঙ্গং; দিয়া—ফাওদুনা; যান—লেংঙী; যাহাঁ—মফমদুদা; করেন—তৌয়ি; স্থিতি—লৈবা; সে—মদু; সব—পুম্বা; গ্রামের—গ্রামগী; লোকের—মীগী; হয়—ওই; প্রেমভক্তি—কৃষ্ণপ্রেমভক্তি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা ফাও-ফাওদুনা লেঙলম্বা খুল অদুগী প্রভুনা লৈরম-লৈরম্বা গ্রাম-গ্রাম পুম্নমক অদুগী মীশিংগী প্রেমভক্তি পোক্খি।

মুল ৪৮–৪৯

কেহো যদি তাঁর মুখে শুনে কৃষ্ণনাম।
তাঁর মুখে আন শুনে, তাঁর মুখে আন ॥ ৪৮ ॥
সভে 'কৃষ্ণ হরি' বলি নাচে কান্দে হাসে।
পরম্পরায় বৈষ্ণব হইল সর্ব্বদেশে ॥ ৪৯ ॥

শব্দার্থ

কেহো—কনাগুম্বনা ; যদি—বদি ; তাঁর—মহাক্কী ( মহাপ্রভুগী ) ; মুখে—চীন্দা ; শুনে—নাকোঙনা তারগা ; কৃষ্ণনাম—কৃষ্ণগী মিংলেন ; তাঁর—মহাক্কী ; মুখে—চীন্দা ; আন—অতোপ্পনা ; শুনে—তায় ; তাঁর—মাগী ; মুখে—চীন্দা ; আন—অতোপ্পনা ; সভে—লোইনমক্না ; কৃষ্ণ হরি—কৃষ্ণ হরি ; বলি—হায়দুনা ; নাচে—জগোই শাই ; কান্দে—কপ্পী ; হাসে—নোকয়ি ; পরম্পরায়—মথং মথং (নাম লৌদুনা) ; বৈষ্ণব হইল—বৈষ্ণব ওইখি ; সর্ব্বদেশে—দেশ পুম্নমক্তা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কনাগুম্বা অমনা মহাপ্রভুগী চীন্দগী কৃষ্ণনাম মনাকোঙনা তারবদি তারিবা মঙোন্দগী অতোপ্পা অমনা তায়, অতোপ্পা অমনস্তু তায় ; অদুম্না তারবা মী পুম্নমক্না 'কৃষ্ণ হরি' হায়না শোল্লগা জগোই শাই, কপ্পী-নোকয়ি। অদুম্না মথং মথং লৌনদুনা দেশ পুম্বা বৈষ্ণব ওইরম্মী।

মুল ৫০–৫১

যদ্যপি প্রভু লোকসংঘট্টের ত্রাসে।
প্রেম গুপ্ত করে, বাহিরে না করে প্রকাশে ॥ ৫০ ॥
তথাপি তাঁর দর্শন-শ্রবণ-প্রভাবে।
সকল দেশের লোক হইল বৈষ্ণবে ॥ ৫১ ॥

### শব্দার্থ

যদ্যপি—বসু ; প্রভু—প্রভুনা ; লোকসঙ্ঘট্টের—মীয়াম্না তিল্লগনী হায়বগী ; ত্রাসে—কিবনা ; প্রেম—কৃষ্ণপ্রেম ; গুপ্ত—লোৎপা ; করে—তৌয়ি ; বাহিরে—মপাঙ্গোংদা ; না প্রকাশে—ফোঙদোক্তে ; তথাপি—অদুম ওইনমক ; তাঁর—মহাক্কী ( মহাকপু ) ; দর্শন—উবা ; শ্রবণ—নাকোঙন তাবগী ; প্রভাবে—ময়াইনা ; সকল দেশের—দেশ পুম্নমক্কী ; লোক—মীনা ; হইল—ওইখি ; বৈষ্ণবে—বৈষ্ণব ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মী তিল্লগনী হায়বগী কিত্নুনা প্রভুনা প্রেম লোৎতুনা মপাঙ্গোংদা ফোঙদে ক্রবসু মহাকপু উবগী অদুগা মতোন্দগী নাম শ্রবণ তৌবগী ময়াইনা দেশ পুম্নমক্কী মীনা বৈষ্ণব ওইখি ।

### মূল ৫২

গৌড় বঙ্গ উৎকল দক্ষিণদেশে গিয়া ।
লোকের নিস্তার কৈল আপনে ভ্রমিয়া ॥ ৫২ ॥

### শব্দার্থ

গৌড বঙ্গ—গৌড় অমসুং পূর্ব্ববঙ্গ ; উৎকল—উড়িষ্যা ; দক্ষিণদেশে—খা-ভারতলোমদা ; গিয়া—লেঙতুনা ; লোকের—মীগী ; নিস্তার—লান্‌দিবা ; কৈল—তৌখি ; আপনে—মছামক্না ; ভ্রমিয়া—কোয়তুনা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

গৌড়দেশ, পূর্ব্ববঙ্গ, উড়িষ্যা অমসুং খা-ভারতলোমদা লেঙলগা প্রভু মছামক্না কোয়না কোয়না মীশিংবু লান্‌দিখি ।

### মূল ৫৩-৫৪

মথুরা যাবার ছলে আসি ঝারিখণ্ড ।
ভিল্লপ্রায় লোক তাহাঁ পরম পাষণ্ড ॥ ৫৩ ॥
নাম-প্রেম দিয়া কৈল সভার নিস্তার ।
চৈতন্যের গূঢ়লীলা বুঝিতে শক্তি কার ॥ ৫৪ ॥

## শব্দার্থ

মথুরা যাবার ছলে—মথুরা চৎপনী হায়শন্নহুনা ; আসি—লাক্লগা ; ঝারিখণ্ড—ঝারিখণ্ডদা ; ভিল্ল—ভীল (চাওখত্তবা চীঙমী জাৎনী) ; গ্রাম—গুম্না ; লোক—মীনা ; তাহাঁ—মফমদুদা ; পরম পাষণ্ড—খমথেংবা নাস্তিক ; নাম—হরিনাম ; প্রেম—কৃষ্ণপ্রেম ; দিয়া—পীহুনা ; কৈল—তৌখি ; সভার নিস্তার—পূম্নমকপু লান্‌বিবা ; চৈতন্যের—শ্রীচৈতন্যপ্রভুগী ; গূঢ়লীলা—অথুপ্পা লীলাবু ; বুঝিতে—খঙননবা ; শক্তি—মঙম ; কার—কনাগী ( লৈ )।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মথুরাদা চৎপনী হায়শন্নরগা ঝারিখণ্ডদা লাক্লুনা মফমদুদা লৈরম্বা ভীলগুম্না খমথেংবা পাষণ্ডশিংদা কৃষ্ণনাম কৃষ্ণপ্রেম পীহুনা মীপুম্ববু লান্‌বিখি। শ্রীচৈতন্য প্রভুগী অথুপ্পা লীলাবু খঙননবা কনাগী শক্তি লৈবগে ?

## নৈনরোল

ঝারিখণ্ডগী লম্বীদা বৃন্দাবন চৎপনী হায়দুনা প্রভুনা উমংগী শা-উচেক, ভীন্‌কাঙনচিংবা চৎপা-হৈনবা জন্তুশিংবু অদুগা উ-রানচিংবা চৎপা-হৈতবা জন্তুশিংবু কৃষ্ণনাম পীরগা প্রেমদা ভাওহল্লম্মী অদুগা মফমদুদা লৈবা ভীল-নচিংবা চাওখত্তবা চীঙমী জাতিশিংদা কৃষ্ণনাম অমসুং কৃষ্ণপ্রেম পীহুনা লান্‌বিখি। মসী প্রভুনা ঝারিখণ্ডগী লম্বীদা লেঙবগী মরুওইবা মরম্মী হায়বা য়াই ; অদুগা গৌড়দেশরোমদা তৌরগা বৃন্দাবন পাংলমদবগী মরুওইবা মরমসু মসিনা ওইবা য়াই। গৌড়দেশলোমদা চৎলগদি মীশা-মীহিং-চাবা জন্তু-শিংগা অমসুং উ-রাশিংগা—থোইদোক্লা ভীল নচিংবা অসভ্য জাতিশিংগা উনরম্লোই। শ্রীনিত্যানন্দগা শ্রীঅদ্বৈতগনা গৌড়দেশদা ধর্ম্মপ্রচার তৌরম্মী ; নোংচুপলোমদা শ্রীরূপকা শ্রীসনাতনগা অনীসী থারগা প্রচার তৌহনগে হায়না প্রভুনা লেপ্‌খি। দক্ষিণ-লোমদা প্রভুনা লেঙবা মতমদা মছামক্লা নম্রগা পরম্পরা ওইনা কৃপা তৌবিখিবা মীনা ঝারিখণ্ডগী অসভ্য জাতি-শিংগা তিন্নরুবদি ঙম্বগী থবক ওইরমদে ; বঙ্গদা অমদি পশ্চিমদেশদা প্রভুগী কৃপা ফংবা কনামতনসু ঙমগদৌবা য়াওরমদে। হিংচা-য়াতম্বা জাতিগী

মফমদা তমগিবা মরক্তা কনামতবু প্রভুনা থানীঙলমদে। মরমতুনা প্রভুনা মছামক বৃন্দাবন পাণ্ডবগী মত্যাঙদা অতৈ মায়কৈদা লেঙদতুনা ঝারিখণ্ড-লোমদা লেঙখিরম্বনী।

## মূল ৫৫-৫৬

বন দেখি হয় ভ্রম—এই বৃন্দাবন।
শৈল-দেখি মনে হয়—এই গোবর্দ্ধন ॥ ৫৫ ॥
যাহাঁ নদী দেখে, তাহাঁ মানয়ে কালিন্দী।
তাহাঁ প্রেমাবেশে নাচে প্রভু পড়ে কাঁদি ॥ ৫৬ ॥

## শব্দার্থ

বন—উমং; দেখি—উরগা; হয়—ওই; ভ্রম—শেরান্নবা লৌবা; এই—মসিদি; বৃন্দাবন—বৃন্দাবন-লীলা; শৈল—চীঙ; দেখি—উরগা; মনে হয়—খল্লী; এই গোবর্দ্ধন—গোবর্দ্ধন লৈরেসে; যাহাঁ—মফমদা; নদী—তুরেন; দেখে—উই; তাহাঁ—মফমতুদা; মানয়ে—ওইরে হায়না লৌযি; কালিন্দী—যমুনা; তাহাঁ—মফমতুদা; প্রেমাবেশে—প্রেমাবেশদা; নাচে—জগোই শাই; প্রভু—প্রভু; পড়ে—তুথৈ; কাঁদি—কপ্পুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা বন উরগা মতুবু বৃন্দাবননী হায়না খল্লী, চীঙ উরগা গোবর্দ্ধন লৈরে হায়না খল্লী, তুরেল উরুবা মফমদনা যমুনা তুরেল লৈরে হায়না খল্লী, অতুগা মফমতুরাইদা প্রেমাবেশদা প্রভুনা জগোই শাই অমসুং কপ্পুনা তুথৈ।

## মূল ৫৭

পথে যাইতে ভট্টাচার্য্য শাক মূল ফল।
যাহাঁ যেই পায়েন তাহা লয়েন সকল ॥ ৫৭ ॥

## শব্দার্থ

পথে—লম্বীদা; যাইতে—চৎপদা; ভট্টাচার্য্য—বলভদ্র ভট্টাচার্য্যনা; শাক—শাক; মূল—মরু; ফল—উহৈ; যাহাঁ—মফম অমদা; যেই পায়েন—অফং-অফংবতু; তাহা—মতু; লয়েন—লৌশল্লী; সকল—পুম্নমক।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

লম্বীদা চৎপদা বলভদ্র ভট্টাচার্য্যনা শাক মূল-ফল ফংলু-ফংলুবত্থু ফংলু-ফংলুবা মফমদা লোইনমক লৌশল্লী।

### মূল ৫৮

যে গ্রামে রহেন প্রভু, তথায় ব্রাহ্মণ।
পাঁচ সাত জন আসি করেন নিমন্ত্রণ ॥ ৫৮ ॥

শব্দার্থ

যে গ্রামে—গ্রামথুদা; রহেন—লৈ; প্রভু—প্রভুনা; তথায়—মফমথুদা; ব্রাহ্মণ—ব্রাহ্মণ; পাঁচ—মঙা; সাত—তরেৎ; আসি—লাক্লগা; করেন—তৌয়ি; নিমন্ত্রণ—বার্তোন।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা লৈরুবা গ্রামথুদা ব্রাহ্মণ মঙা-তরেৎক লাক্লগা প্রভুবু বার্তোন তৌরম্মী।

### মূল ৫৯

কেহো অন্ন আনি দেয় ভট্টাচার্য্য-স্থানে।
কেহো দুগ্ধ দধি, কেহো ঘৃত খণ্ড আনে ॥ ৫৯ ॥

শব্দার্থ

কেহো—কনামনা; অন্ন—চাক; আনি—পুরক্লুনা; দেয়—পীরৈ; ভট্টাচার্য্য-স্থানে—বলভদ্র ভট্টাচার্য্যগী মফমদা; কেহো—কনামনা; দুগ্ধ—শঙ্গোম; দধি—শঙ্গোম অফম্বা; কেহো—কনামনা; ঘৃত—ঘী; খণ্ড—অথুম্বা অচাপোৎ; আনে—পুরকখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কনামনা চাক পুরক্লুনা বলভদ্র ভট্টাচার্য্যদা পীরৈ; কনামনা শঙ্গোমগা শঙ্গোমফম্বগা পুরকয়ি; কনা অমনা ঘীগা খণ্ডগা পুরকয়ি।

মূল ৬০

যাহাঁ বিপ্র নাহি তাহাঁ শূদ্র মহাজন।
আসি সভে ভট্টাচার্য্যে করে নিমন্ত্রণ ॥ ৬০ ॥

## শব্দার্থ

যাহাঁ—মফমদা ; বিপ্র—ব্রাহ্মণ ; নাহি—লৈতে ; তাহাঁ—মফমছুদা ; শূদ্র মহাজন—ভগবদ্ভক্ত শূদ্র ; আসি—লাক্লগা ; সভে—লোইনমক্লা ; ভট্টাচার্য্য—বলভদ্র ভট্টাচার্য্যদা ; করে—তৌয়ি ; নিমন্ত্রণ—বার্তোন।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রাহ্মণ-দি লৈতবা অদুগা ভগবদ্ভক্ত শূদ্রদি লৈবা মফমদনা মখোয় লোইনমক লাক্লুনা বলভদ্র ভট্টাচার্য্যদা বার্তোন তৌরৈ।

## নৈনরোল

**শূদ্র মহাজন**—শূদ্রগী চাক লৌকম থোক্কে হায়দুনা প্রভুনা ব্রাহ্মণগী চাক্কমক লৌয়ি। অদুবু ব্রাহ্মণ-লৈতবা মফমদা ভগবদভক্ত (মহাজন) শূদ্রগী মফমদগী ভিক্ষাগী পোৎলম্মচিংবা লৌয়ি। মফমসিগুম্বদা শূদ্রগী অন্ন লৌবগী দোষ লৈতে ; মরমদি "ন শূদ্রা ভগবদ্ভক্তাঃ"—ভগবদ্ভক্তদি শূদ্রগী য়ুমদা পোক্লবসু শূদ্র নত্তরে। রাসী হরিভক্তিবিলাসগী ৫।১২৪ শ্লোক অদুগী টীকাদা য়াওবা পাদ্মবচন অমনী। অতৈ প্রমাণ লৌখৎলুনা পল্লফাওবদা উক্ত শ্লোকসিগী টীকাদা শ্রীপাদ সনাতনগোস্বামীনা হায়রম্মী, শূদ্রাদীনামপি বিপ্রসাম্যং সিদ্ধমেব বিপ্রৈঃ সহ বৈষ্ণবানামেকত্রৈবগণনা—বৈষ্ণবশূদ্রন-চিংবদি বিপ্রগা মান্নৈ, ব্রাহ্মণশিংগা লোয়ননা মখোয়বু পুল্লপ শীণথানৈ। মরম ময়ামসিনা ব্রাহ্মণশিংদোনা বৈষ্ণব-শূদ্রসু অদুগা বৈষ্ণব-মুপীসু শাল-গ্রামশিলা পূজা তৌবা য়াই হায়না শ্রীশ্রীহরিভক্তিবিলাস-সু হায়রি। হ, ভ, বি, ৫/২২৩, ২২৪ ॥ কনাগুম্বগী অন্ন চারুরগদি মহাক্কী দোষগুণদু অচাবা মীদা চঙঙকয়ি হায়দুনা শূদ্রগী অন্ন চাহৈদে হায়বনী ; অদুবু ভগবদ্ভক্ত শূদ্রদি ব্রাহ্মণ অশেঙবগা মান্নৈ হায়দুনা মাগী অন্ন চাবদা দোষ লৈতে। মরমদুনা শ্রীভগবান্মক্লা হায়রম্মী—ভক্ত-নত্তবা চতুর্ব্বেদ-হৈবা ব্রাহ্মণসু মাগী মুংশিবা নত্তে ; থোইনদুম ভক্ত শ্বপচ-দুম্ (মুইচাবদুম্) মহাক্কী মুংশিবা

অমনী অমস্থং ভক্ত শ্বপচগী পোংতুমক মহাক্সা লৌয়ি অমস্থং ভক্ত শ্বপচবু মহাক্সা কৃপা তৌয়ি। "ন মে প্রিয়শ্চতুর্ব্বেদী মদ্ভক্তঃ শ্বপচঃ প্রিয়ঃ। তস্মৈ দেয়ং ততো গ্রাহ্যং স চ পূজ্যো যথাহ্যহম্॥ শ্রীহরিভক্তিবিলাস /১১/৯১॥"

## মূল ৬১

ভট্টাচার্য্য পাক করে বন্য-ব্যঞ্জন।

বন্য-ব্যঞ্জনে প্রভুর আনন্দিত মন॥ ৬১॥

### শব্দার্থ

ভট্টাচার্য্য—বলভদ্র ভট্টাচার্য্য; পাক করে—থোংঙী; বন্য—উমংগী; ব্যঞ্জন—এন্শাং; বন্য-ব্যঞ্জনে—উমংগী এন্শাংদা; প্রভুর—প্রভুগী; আনন্দিত—নুংঙাইবা; মন—পুক্নীঙ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীবলভদ্র ভট্টাচার্য্যনা উমংগী এন্শাং থোংঙী; উমংগী এন্শাংনা প্রভুগী পুক্নীঙ নুংঙাইজে।

## মূল ৬২-৬৩

দুই চরি দিনের অন্ন রাখেন সংহতি।

যাহাঁ শূন্যবন—লোকের নাহিক বসতি॥ ৬২॥

তাহাঁ সেই অন্ন ভট্টাচার্য্য করেন পাক।

ফলমূলে ব্যঞ্জন করে বন্য নানা শাক॥ ৬৩॥

### শব্দার্থ

দুই—অনী; চারি—মরি; দিনের—নুমীৎকী; অন্ন—চেঙ; রাখেন—থম্মী; সংহতি—তুঙশন্দুনা; যাহাঁ—মফমদুদা; শূন্যবন—অহাঙবা বন; লোকের—মীগী; নাহিক—লৈতে; বসতি—যুম; তাহাঁ—মফমদুদা; সেই অন্ন—চেঙদু; ভট্টাচার্য্য—বলভদ্র ভট্টাচার্য্যনা; করেন—তৌয়ি; পাক—থোংবা; ফলমূলে—ফল-মূল-না; ব্যঞ্জন—এন্সাং; করে—থোংঙী; বন্য—উমংগী; নানা—মখল-মখলগী; শাক—মনামশীঙ মত্রগা মনামশীঙগী এন্সাং।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

মুমীৎ নীনী হুম্নীগী চেঙ তুংশন্দুনা থম্মী, মতু অহাঙবা-বন অতুগা মী-তাদবা লমদমদা বলভদ্র ভট্টাচার্য্যনা চাক থোংঙী। ফলমূলনা অমস্তুং উমংগী শাক মখল মখল্লা এন্‌সা' থোংঙী।

## মূল ৬৪

পরম সন্তোষ প্রভুর বন্যভোজনে।
মহাসুখ পান যে দিন রহেন নির্জ্জনে ॥ ৬৪ ॥

## শব্দার্থ

পরম—য়াম্না; সন্তোষ—পেন্‌বা; প্রভুর—প্রভুগী; বন্যভোজনে—উমংদা চাবদা; মহাসুখ—য়াম্না নুংঙাইবা; পান—ফংঙী; যে দিন—মুমীৎতুদা; রহেন—লৈ; নির্জ্জনে—মী লৈতবা মফমদা।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

উমংদা চাবদা, প্রভুনা য়াম্না পেন্‌খি; অচীকপা মফমদা লৈবা মুমীৎতা প্রভুনা য়াম্না নুংঙাই।

## নৈনরোল্

মহাসুখ—মী-লৈতবা অচীকপা মফমদা লৈরবদি অপন্-অরাক য়াওদবমখৈ কৃষ্ণলীলা নচিংবা থন্‌বা য়াই হায়দুনা নুংঙাইরিবনী।

## মূল ৬৫

ভট্টাচার্য সেবা করে স্নেহে যৈছে দাস।
তাঁর বিপ্র বহে জলপাত্র বহির্বাস ॥ ৬৫ ॥

## শব্দার্থ

ভট্টাচার্য্য—বলভদ্র ভট্টাচার্য্যনা; সেবা করে—সেবা তৌয়ি; স্নেহে—নুংশিনা; যৈছে—গুম্না; দাস—মীনাইনা; তাঁর—মহাকী (ভট্টাচার্য্যগী); বিপ্র—মনাই বামোন্না; বহে—পুই; জলপাত্র বহির্ব্বাস—জলপাত্রগা বহির্ব্বাসগা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বলভদ্র ভট্টাচার্য্যনা মীনাই অমনা তৌবগুম্না প্রভুগী সেবা মুংশিনা তৌরম্মী। মনাই বামোন অহুনা জলপাত্রগা বহির্ব্বাসগা পুরম্মী।

## মূল ৬৬

নির্ঝরের উষ্ণোদকে স্নান তিনবার।

দুই সন্ধ্যা অগ্নি তাপে,—কাষ্ঠ অপার ॥ ৬৬ ॥

### শব্দার্থ

নির্ঝরের—চীঙগী লোক্তা ঈশীঙ চেম্বরকপগী ; উষ্ণ—অশাবা ; উদকে ঈশীঙনা ; স্নান—চাইথবা ; তিনবার—অহুমলক ; দুই—অনী ; সন্ধ্যা—মতমগী লংদাই ; ( দুই সন্ধ্যা—অয়ুক্তা অমসুং য়াচঙবদা ) ; অগ্নি—মৈ ; তাপে—তীকৃয়ি ; কাষ্ঠ—শীঙ ; অপার—মরাং কায়বা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

চীঙদগী চেম্বরকপা ঈশীঙ অশাবনা প্রভু অহুমক স্নান তৌয়ি। অয়ুক অমসুং য়াচংবা সন্ধ্যা অনীসিদা মৈ তীকৃয়ি ; মৈ তীক্লবা শীঙদি মপান্নাইদনা লৈরম্মী।

## নৈনরোল

প্রভুনা নীলাচল-দগী যাত্রা তৌরম্বসী শরৎ-কাল দনী। মরমদুনা উমং মনুংদা লৈবা মতমদুদা নিংথমথা হৌরম্মে ; মরমদুনা প্রভুনা চীঙগী চেম্বরকপা ঈশীঙ অশাবনা স্নান তৌরম্বনী অদুগা অয়ুকা য়াচঙবগা মংম অনীসিদা মৈ তীক্লম্বনী।

## মূল ৬৭

নিরন্তর প্রেমাবেশে নির্জ্জনে গমন।

সুখ অনুভবি প্রভু কহেন বচন ॥ ৬৭ ॥

### শব্দার্থ

নিরন্তর—মতমপুম্বদা, তত্তনা ; প্রেমাবেশে—প্রেমাবেশদা ; নির্জ্জনে—অচীকপদা ; গমন—চৎপা ; সুখ—নুংঙাইবা ; অনুভবি—ফংদুনা ; প্রভু—প্রভুনা ; কহেন হায় ; বচন—ৱা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতম পুম্বদা প্রেমাবেশদা প্রভুনা অচীকপা মফমদা লেংঙী, অদুদা নুংঙাইবা ফংদ্রুনা প্রভুনা রা হায়রকুয়ি— ।

মূল ৬৮

শুন ভট্টাচার্য্য ! আমি গেলাম বহুদেশ ।
বনপথের সুখের কাঁহা নাহি পাই লেশ ॥ ৬৮ ॥

শব্দার্থ

শুন— নাকোংঙনা তাও ; ভট্টাচার্য্য—হে ভট্টাচার্য্য ; আমি—ঐহাক ; গেলাম— চৎল্লুরে ; বহুদেশ—দেশ ময়াম , বনপথের— উমং-লম্বীগী ; সুখের —নুংঙাইবগী ; কাঁহা—কদায়দসু ; নাহি পাই— ফংদে ; লেশ—মচেৎ ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( প্রভুনা হায়রম্মী )—ওহে ভট্টাচার্য্য তাও ! ঐহাক দেশ ময়াম কোয়রুরে ; বনপথগী অসিদা নুংঙাইরিবসিগী শরুক মচেৎ অমফাওবা অতৈ লমদা ফংদ্রক্তে ।

মূল ৬৯

কৃষ্ণ কৃপালু আমায় বহু কৃপা কৈল ।
বনপথে আনি আমায় বড় সুখ দিল ॥ ৬৯ ॥

শব্দার্থ

কৃষ্ণ কৃষ্ণ ; কৃপালু—থৌজাল্হৈবা ; আমায়—ঐঙোন্দা ; বহু— য়াম্না ; কৃপা- থৌজাল্ ; কৈল—তৌবিরে ; বনপথে—বনগী লম্বীদা ; আনি— পুরক্লগা ; আমায়— ঐঙোন্দা ; বড়- য়াম্না ; সুখ—নুংঙাইবা ; দিল- পীরে ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

থৌজাল্-হৈবা শ্রীকৃষ্ণনা ঐঙোন্দা য়াম্না থৌজাল্বিরে । মরমদি বনগী লম্বীদা পুবিরকুনা ঐবু য়াম্না নুংঙাইহন্বিরে ।

## মূল ৭০

পূর্ব্বে বৃন্দাবন যাইতে করিলাম বিচার ।
মাতা গঙ্গা ভক্তগণ দেখিব একবার ॥ ৭০ ॥

### শব্দার্থ

পূর্ব্বে—মমাঙৈঙদা ; বৃন্দাবন যাইতে—বৃন্দাবন চৎনবা তৌবদা ; করিলাম—তৌখি ; বিচার—খনবা ; মাতা—ইমাৰ ; গঙ্গা—গঙ্গাবু ; ভক্তগণ—ভক্তশিংবু ; দেখিব—য়েংগে ; একবার—অমুক্খক ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মমাঙৈঙদা বৃন্দাবন চৎনবা তৌবদা বিচার তৌখি মতুদি—অমুক্তংদি ইমানে গঙ্গানে অতুগা ভক্তশিংনে উনগে হায়নসি ।

## মূল ৭১

ভক্তগণ সঙ্গে অবশ্য করিব মিলন ।
ভক্তগণ সঙ্গে লঞা যাব বৃন্দাবন ॥ ৭১ ॥

### শব্দার্থ

ভক্তগণ সঙ্গে—ভক্তশিংগা লোয়ননা ; অবশ্য—লেপ্পমক ; করিব—তৌগনী ; মিলন—উনবা ; ভক্তগণ—ভক্তশিংবু ; সঙ্গে—লোয়ননা ; লঞা—পুবগা ; যাব—চৎকে ; বৃন্দাবন—বৃন্দাবনধাম ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভক্তশিংগা লোয়ননা লেপ্পমক উনগনী ; ভক্তশিংবু লোয়ননা পুরগা বৃন্দাবন চৎকে ।

## মূল ৭২

এত ভাবি গৌড়দেশে করিল গমন ।
মাতা গঙ্গা ভক্ত দেখি সুখী হৈল মন ॥ ৭২ ॥

শব্দার্থ

এত—অসিখক ; ভাবি—খন্দুনা ; গৌড়দেশে—গৌড়দেশদা ; করিল—তৌখি ; গমন—চৎপা ; মাতা—ইমাবু ; গঙ্গা—গঙ্গাবু ; ভক্ত—ভক্তশিংবু ; দেখিয়া—উবদা ; সুখী—নুংঙাইবা ; হৈল—ওইখি ; মন—পুক্নিঙ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অসিখক খন্দুনা ঐহাক গৌড়দেশদা চৎলম্মী। ইমানে গঙ্গানে অদুগা ভক্তশিংনে উবদা ইপুক্নিঙ নুংঙাইখি।

মূল ৭৩

ভক্তগণ লঞা তবে চলিলাম রঙ্গে।

লক্ষকোটি লোক তাহাঁ হৈল আমা-সঙ্গে ॥ ৭৩ ॥

শব্দার্থ

ভক্তগণ—ভক্তশিংবু ; লঞা—পুদুনা ; তবে—অদুদগী ; চলিলাম—চৎলে ; রঙ্গে—নুংঙাইনা ; লক্ষকোটি—কোটি লক্ষ অমা ; লোক—মী ; তাহাঁ—মফমদুদা ; হৈল—ওই ; আমা-সঙ্গে—ঐগা লোয়ননা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভক্তশিংবু পুদুনা অদুদগী নুংঙাইনা চৎলে ঐহাক। মফমদুদা ঐগা লোয়ননা মী কোটিদু লক্ষ অমা ওইখি।

মূল ৭৪

সনাতন-মুখে কৃষ্ণ আমায় শিখাইলা।

তাহা বিঘ্ন করি বনপথে লঞা আইলা ॥ ৭৪ ॥

শব্দার্থ

সনাতন-মুখে—সনাতনগী মচীন্দা ; কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণনা ; আমায়—ঐঙোন্দা ; শিখাইলা—তাকপিখি ; তাহাঁ—মফমদুদা (গৌড়দেশদা) ; বিঘ্ন করি—(বৃন্দাবন যাত্রা) থুগায়দুনা ; বনপথে—উমংগী লম্বীদা ; লঞা—(ঐবু) পুবিরক্নুনা ; আইলা—লাকখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণনা সনাতনগী মচীন্দা ঐঙোন্দা (প্রভুদা) তাক্পিখি। গৌড়দেশদা বৃন্দাবন চৎকদবু থুগায়হনা ঐবু শ্রীকৃষ্ণনা বনগী লম্বীদা পুবিরক্খিবনী।

মূল ৭৫

কৃপার সমুদ্র—দীনহীনে দয়াময়।
কৃষ্ণকৃপা বিনা কোন সুখ নাহি হয় ॥ ৭৫ ॥

শব্দার্থ

কৃপার সমুদ্র—থৌজাল্-ঈপাক্লী ; দীনহীনে—তোঙ্লারবদা ; দয়াময—থৌজাল্হৈবনী ; কৃষ্ণকৃপা বিনা—কৃষ্ণগী থৌজাল্ নত্তনা ; কোন—করিগুম্বা ; সুখ—নুংঙাইবা ; নাহি হয়—লৈদে।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণদি থৌজাল্-ঈপাক্লী ; তোঙ্লতারবগী মযমদা থৌজাল-হৈবনী। কৃষ্ণনা চান্বীবা নত্তনা করিগুম্বা নুংঙাইবা অমত্তা লৈতে।

মূল ৭৬

ভট্টাচার্য্যে আলিঙ্গিয়া তাঁহারে কহিলেন।
তোমার প্রসাদে আমি এত সুখ পাইল ॥ ৭৬ ॥

শব্দার্থ

ভট্টাচার্য্যে—বলভদ্র ভট্টাচার্য্যবু ; আলিঙ্গিয়া—কোল্লগা ; তাঁহারে—মঙোন্দা (ভট্টাচার্য্যদা) ; কহিল—হায়রম্মী ; তোমার—নংগী ; প্রসাদে—থৌজাল্না ; আমি—ঐ (প্রভু) ; এত—অসুক ; সুখ—নুংঙাইবা ; পাইল—ফংবনী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বলভদ্র ভট্টাচার্য্যবু কোল্লগা প্রভুনা মঙোন্দা হায়রম্মী—নঙনা চান্বিবনা ঐনা অসুক নুংঙাইবা ফংবনী।

মূল ৭৭

তেঁহো কহে—তুমি কৃষ্ণ, তুমি দয়াময়।

অধম জীব মুঞি—মোরে হইলা সদয়॥ ৭৭॥

শব্দার্থ

তেঁহো মহাক্না (বলভদ্র-না); কহে—হায়; তুমি—নঙদি; কৃষ্ণ—কৃষ্ণনী; তুমি—নঙদি; দয়াময়—থৌজালহৈবনী; অধম—তোল্লবা; জীব—জীবনী; মুঞি—ঐদি; মোরে—ঐঙোন্দা; হইলা—ওইরে; সদয়—থৌজাল্হেনা;

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বলভদ্র ভট্টাচার্য্যনা হায়রম্মী— নঙদি কৃষ্ণনী, নঙদি থৌজাল্হৈবনী; ঐহাক মতম্ংনবা জীবনী, ঐবু নঙনা থৌজাল্পিবনী।

মূল ৭৮

মুঞি ছার, মোরে তুমি সঙ্গে লঞা আইলা।

কৃপা করি মোর হাথে ভিক্ষা যে করিলা॥ ৭৮॥

শব্দার্থ

মুঞি—ঐ; ছার—মতীক-চাদবা; মোরে—ঐবু; তুমি—নঙনা; সঙ্গে—লোয়ননা; লঞা—পুরক্তুনা; আইলা—লাক্পনী; কৃপা করি—চানবিদুনা; মোর—ঐগী; হাথে—খুৎতগী; ভিক্ষা যে করিল—লূক খুন্বিদনী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতীক-চাদবা ঐনী, ঐবু প্রভু নঙনা লোয়ননা পুবিরক্পনী; নঙনা চান্বিদুনা ঈখুৎতগী লূক খুন্বিবনী।

মূল ৭৯

অধম কাকেরে কৈলা গরুড় সমান।

স্বতন্ত্র ঈশ্বর তুমি স্বয়ং ভগবান॥ ৭৯॥

### শব্দার্থ

অধম—অতোন্‌বা ; কাকেরে—কাক্‌পু ; কৈলা—ওইহল্লে ; গরুড় সমান—গরুড়গা মান্নবা ; স্বতন্ত্র—নীঙতম্বা ; ঈশ্বর—ঈশ্বরনী ; তুমি—নঙদি ; স্বয়ং ভগবান—নছামক ভগবান্নী।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( বলভদ্রনা মথা তারম্মী )—অতোন্‌বা কাক্‌পু প্রভু নঙনা গরুড়গা মান্নহল্লে। নীঙতম্বা ঈশ্বর স্বয়ং ভগবান্নী নঙদি।

### নৈনরোল

কাক্‌ হায়বসী য়াম্না তোন্‌বা উচেক্নী ; মাদি ভগবান্‌গী নাক্তা চঙবদা মতীক চাদবনী ; অদুগা গরুড়দি লাইবক-ফবনীনা স্বয়ং নারায়ণবু মনঙন্দা পুই, অদুনা মা নারায়ণগী পরিকরনী। বলভদ্রনা হায়রম্মী—"ঐদি তোল্লবা তুক্কচনঙাই জীবনী ; নঙনা স্বয়ং ভগবান্নী ; ননাক্তা চঙবদা ইতীক্‌চাদবা ঐহাক্নী ; অদুবু নঙনা চান্‌বিবদগী ঐবু লোয়ননা পুবিরক্‌পনী অদুগা নঙগী সেবা তৌনবা অধিকার পীবিবনী। ইবুংঙোনা ঐবু চান্‌বিবসিদি, তোল্লবা কাক্‌পু গরুড়গী লাইবক ফবদো ফংহন্‌বগুম্বনী।

### মূল ৮০

মূকং করোতি বাচালং পঙ্গুং লঙ্ঘয়তে গিরিম্‌।
যৎকৃপা তমহং বন্দে পরমানন্দমাধবম্‌ ॥ ৮০ ॥

#### শব্দার্থ

মূকং—লোম্বোক্তববু ; করোতি—ওইহল্লী ; বাচালং—রাঙাঙ-হৈবা ; পঙ্গুং—খোঙতেক্‌পবু ; লঙ্ঘয়তে—লাম্বোক্‌হল্লী ; গিরিম্‌—চীঙবু ; যৎকৃপা—মহাক্কী কৃপা-না ; তম্‌—মহাকপু ; অহং—ঐনা ; বন্দে—খুরুম্‌জে ; পরমানন্দমাধবম্‌—খম্‌থেংনা নুংঙাইবা-হৈবা মাধবপু।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাক্কী কৃপানা লোম্বোক্তববু রাঙাঙ-হৈবা ওইহল্লী, খোঙ-তেক্‌পা মীবু চীঙ লাল্‌হল্লী ; অদুগুম্বা পরমানন্দ শ্রীকৃষ্ণ মহাকপু ঐনা খুরুম্‌জে।

## মৈনরোল

শ্লোকসী (ভাঃ ১/১/১) ভাবার্থদীপিকাদগী্নী। মূল পয়ার ৭৯-গী প্রমাণ্নী। ওইথোক্তবর ওইহন্নবা শ্রীকৃষ্ণগী শক্তি লৈ হায়বগীসু শ্লোকসিনা প্রমাণ্নী।

### মূল ৮১

এই মত বলভদ্র করেন স্তবন।
প্রেমে সেবা করি তুষ্ট কৈল প্রভুর মন ॥ ৮১ ॥

### শব্দার্থ

এই মত—মতৌসুম্না; বলভদ্র—বলভদ্রনা; করেন স্তবন—স্তব তৌয়ি; প্রেমে—নুংশিনা; সেবা করি—সেবা তৌদুনা; তুষ্ট—পেন্বা; কৈল—ওইহন্খি; প্রভুর মন—প্রভুগী পুক্নীঙ।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতৌসুম্না বলভদ্র ভট্টাচার্যনা প্রভুবু স্তব তৌখি। অদুগা কৃষ্ণপ্রেমদা সেবা তৌদুনা প্রভুগী পুক্নীঙ পেল্হন্খি।

### মূল ৮২

এইমত নানাসুখে প্রভু আইলা কাশী।
মধ্যাহ্ন স্নান কৈলা মণিকর্ণিকায় আসি ॥ ৮২ ॥

### শব্দার্থ

এইমত—মতৌসুম্না; নানা—মখলমখাগী; সুখে—নুংঙাইবনা; প্রভু—প্রভুনা; আইলা—লাক্খি; কাশী—কাশীদা; মধ্যাহ্ন—নুমীৎযুংবা মতমগী; স্নান—ইরুজবা; কৈলা—তৌরম্মী; মণিকর্ণিকায়—মণিকর্ণিকা ঘাট্টা; আসি—লাক্তুনা।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতৌ অসুম্না মখলমখাগী নুংঙাইবগা লোয়ননা প্রভু কাশী য়ৌরক্খি। কাশীগী মণিকর্ণিকা ঘাট্টা মধ্যাহ্নগী স্নান তৌখি।

## মূল ৮৩

সেই কালে তপন মিশ্র করে গঙ্গাস্নান।
প্রভু দেখি হৈল তাঁর কিছু বিস্ময়জ্ঞান ॥ ৮৩ ॥

### শব্দার্থ

সেই কালে—মতমদুদা তায়বদি প্রভুনা স্নান তৌরম্বা মতমদুদা ; তপন মিশ্র—শ্রীতপন মিশ্র ; করে—তৌরি ; গঙ্গাস্নান—গঙ্গাদা স্নান ; প্রভু—প্রভুনু ; দেখি—উবদা ; হৈল—ওইখি ; তাঁর—মহাক্কী ( তপন মিশ্রগী ) ; কিছু—খজিদং ; বিস্ময়জ্ঞান—ঙকপা।

মৈতৈলোনদা হন্দোকপা

প্রভুনা স্নান তৌরিঙৈ মতমদুদা শ্রীতপন মিশ্রনু গঙ্গাস্নান তৌরি। প্রভুনু উবদা মহাক খরা ঙকখি।

### নৈনরোল

তপনমিশ্র—মহাক্কী প্রভুগী য়াথংনা মমাঙৈদগী হৌনা কাশীদা লৈরম্লিবনী। পূর্ব্ববঙ্গদা কোয়বা মতমদা প্রভুনা তপনমিশ্রদা সাধ্য সাধন তত্ত্ব তাকপীরগা হরিনাম লৌনবা তাকপীখি ; মতমদুদা প্রভুনা মহাক্পু হায়খি—"মিশ্র ! নঙ হৌজিক কাশীদা লৈরকচো ; মফমদুদা ঐ নঙগা উনরগে।"

বিস্ময়জ্ঞান—প্রভুবু পঙহৌদনা গঙ্গাগী ঘাটদা উবদুদা ঙকপনী।

## মূল ৮৪

পূর্ব্বে শুনিয়াছি প্রভু করিয়াছে সন্ন্যাস।
নিশ্চয় করিল, হৈল হৃদয়ে উল্লাস ॥ ৮৪ ॥

### শব্দার্থ

পূর্ব্বে—মমাঙৈদা ; শুনিয়াছি—নাকোঙনা তাখ্রে, প্রভু—প্রভুনা ; করিয়াছে সন্ন্যাস—সন্ন্যাস লৌখ্রে ; নিশ্চয়—লেপ্পমক্ ; করিল—তৌরম্লগনী ; হৈল—ওইখি ; হৃদয়ে—থম্মোইদা ; উল্লাস—হরাওবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীতপন মিশ্রনা থল্লম্মী—"মমাঙৈঙদা ঐনা তাখি প্রভু সন্ন্যাস তৌরে হায়না। শোয়দনমক তৌরম্নগনী।" অসী থন্দুনা মাগী থম্মোইদা হরাওখি।

### মূল ৮৫

প্রভুর চরণ ধরি করেন রোদন।
প্রভু তাঁরে উঠাইয়া কৈল আলিঙ্গন ॥ ৮৫ ॥

### শব্দার্থ

প্রভুর চরণ—প্রভুগী খোঙ; ধরি—পায়দুনা; করেন—তৌয়ি; রোদন—কপ্পা, প্রভু—প্রভুনা; তাঁরে—মহাকপু (তপন মিশ্রবু); উঠাইয়া—হৌগৎহল্লগা; কৈল—তৌখি; আলিঙ্গন—কোন্‌বা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুগী খোঙ পায়দুনা তপন মিশ্র কপ্লম্মী। প্রভুনা মাবু হৌগৎহল্লগা কোন্‌বিখি।

### মূল ৮৬

প্রভু লঞা গেল বিশ্বেশ্বর দরশনে।
তবে আসি দেখে বিন্দুমাধব-চরণে ॥ ৮৬ ॥

### শব্দার্থ

প্রভু—প্রভুনা; লঞা—পুদুনা; গেল—চৎখি; বিশ্বেশ্বরদরশনে—বিশ্বেশ্বরদর্শন তৌবদা; তবে—অদুদগী; আসি—লাক্লগা; দেখে—দর্শন তৌয়ি; বিন্দুমাধব চরণে—বিন্দুমাধবকী চরণ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা তপন মিশ্রবু পুদুনা বিশ্বেশ্বর দর্শন তৌখি। অদুগী লাক্লগা বিন্দুমাধবকী চরণ দর্শন তৌখি।

### মূল ৮৭

ঘরে লঞা আইলা প্রভুকে আনন্দিত হৈয়া।
সেবা করি নৃত্য করে বস্ত্র উড়াইয়া ॥ ৮৭ ॥

### শব্দার্থ

ঘরে—য়ুমদা ; লঞা—পুদুনা ; আইলা—লাকৃখি ; প্রভুকে—প্রভুবু ; আনন্দিত হৈয়া—মুংঙাইরদুনা ; সেবা করি—সেবা তৌরগা ; নৃত্য—জগোই ; করে—শাই ; বস্ত্র—ফি ; উড়াইয়া—হাইদুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

তপনমিশ্রনা প্রভুবু য়ুমদা পুরকৃখি। সেবা তৌরগা মুংঙাইবগীময়াইনা ফি কোয়হাই হাইরগা জগোই শাখি।

### মূল ৮৮

প্রভুর চরণোদক সবংশে কৈল পান।

ভট্টাচার্য্যের পূজা কৈল করিয়া সম্মান ॥ ৮৮ ॥

### শব্দার্থ

প্রভুর— প্রভুগী ; চরণ-উদক—খোংজুম, চরণামৃত ; সবংশে—বংশগা লোয়ননা ; কৈল—তৌখি ; পান—থক্‌পা ; ভট্টাচার্য্যের—বলভদ্র ভট্টাচার্য্যগী ; পূজা কৈল—পূজা তৌখি ; করিয়া—তৌদুনা ; সম্মান—ইকাইখুম্নবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

তপনমিশ্রনা প্রভুগী চরণামৃতদু ইমুংগী মীশিংগা লোয়ননা ফান্‌খি। অদুগা বলভদ্র ভট্টাচার্য্যবু ইকাইখুম্নরগা পূজা তৌখি।

### মূল ৮৯

প্রভুকে নিমন্ত্রণ করি ঘরে ভিক্ষা দিল।

বলভদ্র ভট্টাচার্য্যে পাক করাইল ॥ ৮৯ ॥

### শব্দার্থ

প্রভুকে—প্রভুবু ; নিমন্ত্রণ করি—বার্তোন তৌদুনা ; ঘরে—য়ুমদা ; ভিক্ষা দিল—ভিক্ষা পীখি ; বলভদ্র ভট্টাচার্য্যে—বলভদ্র ভট্টাচার্য্যবু ; পাক করাইল—চাক থোংহন্‌খি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

তপনমিশ্রনা প্রভুদা বার্ত্তোন কৎলগা ময়ুমদা প্রসাদী খুল্হন্খি। লূক হৌবনা বলভদ্র ভট্টাচার্য্যবু হৌহন্খি।

## মূল ৯০

ভিক্ষা করি মহাপ্রভু করিলা শয়ন।
মিশ্রপুত্র রঘু করে পাদ-সংবাহন ॥ ৯০ ॥

### শব্দার্থ

ভিক্ষা করিয়া—প্রসাদী যংলগা ; মহাপ্রভু—মহাপ্রভুনা ; করিলা—তৌখি ; শয়ন—চেপ্পা ; মিশ্রপুত্র রঘু—তপনমিশ্রগী মচানুপা রঘুনাথনা ; করে—তৌয়ি ; পাদ—খোঙ ; সংবাহন—নোইবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রসাদী ফংলগা মহাপ্রভু চেপ্লম্মী। তপনমিশ্রগী মচানুপা রঘুনাথনা প্রভুগী খোঙ নোইখি।

## নৈনরোল

রঘু—তপনমিশ্রগী মচানুপা রঘুনাথ। মহাক মতুঙদা রঘুনাথ ভট্ট-গোস্বামী হায়না খঙনখি।

## মূল ৯১

প্রভুর শেষান্ন মিশ্র সবংশে খাইলা।
'প্রভু আইলা' শুনি চন্দ্রশেখর আইলা ॥ ৯১ ॥

### শব্দার্থ

প্রভুর—প্রভুগী ; শেষ-অন্ন—চাক অরেম্বা ; মিশ্র—তপনমিশ্রনা ; সবংশে—ইমুংগী মীশিংগা লোয়নননা ; খাইলা—চাখি ; প্রভু আইলা—প্রভু লেঙলক্লে ; শুনি—নাকোঙনা তারগা ; চন্দ্রশেখর আইলা—চন্দ্রশেখর লাক্খি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা হাখিবগী অরেম্বা প্রসাদী অছু তপনমিশ্রনা মখোয়গী ইমুংগী মীশিংগা লোয়ননা ফংখি। প্রভু লেঙলক্লে তাবদা শ্রীচন্দ্রশেখর লাকখি।

মুল ৯২

মিশ্রের সখা তেঁহো প্রভুর পূর্ব্ব দাস।
বৈদ্যজাতি লিখনবৃত্তি বারাণসী বাস ॥ ৯২ ॥

শব্দার্থ

মিশ্রের—তপনমিশ্রগী ; সখা—মরূপী ; তেঁহো—মহাক (চন্দ্রশেখর) ; প্রভুর—প্রভুগী ; পূর্ব্ব—মমাংঙৈগী, হান্নগী ; দাস—মনাইনী ; বৈদ্যজাতি—মাইবা ওইবা জাৎনী ; লিখনবৃত্তি—লাইরীক শিন্দোকপনা মথৌনী ; বারাণসী বাস—বারাণসীদা লৈবনী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

চন্দ্রশেখরসী তপনমিশ্রগী মরূপী ; মহাক প্রভুগী হান্নগী মনাইনী ; জাতিনা বৈদ্যনী অদুগা লাইরীক শিন্দোকপনা মশিনী ; মহাক বারাণসীদা লৈরম্মী।

মূল ৯৩

আসি প্রভুর পদে পড়ি করেন রোদন।
প্রভু উঠি তাঁরে কৃপায় কৈল আলিঙ্গন ॥ ৯৩ ॥

শব্দার্থ

আসি—(চন্দ্রশেখরনা) লাকুনা ; প্রভুর পদে—প্রভুগী খোঙদা ; পড়ি—তুদুনা ; করেন—তৌরি ; রোদন—কপ্পা ; প্রভু উঠি—প্রভুনা হৌগৎলগা ; তাঁরে—মহাকপু ( চন্দ্রশেখরবু ) ; কৃপায়—চান্‌বিদুনা ; কৈল—তৌরি ; আলিঙ্গন—কোন্‌বা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

চন্দ্রশেখরনা লাকুনা প্রভুগী খোঙদা তুরগা কপ্পী। প্রভুনা হৌগৎলগা চন্দ্রশেখরবু চান্‌বিদুনা কোন্‌বিখি।

## মূল ৯৪

চন্দ্রশেখর কহে—প্রভু। বড় কৃপা কৈলা।
আপনে আসিয়া ভৃত্যে দরশন দিলা ॥ ৯৪ ॥

## শব্দার্থ

চন্দ্রশেখর কহে—চন্দ্রশেখরনা হায় ; প্রভু—হে প্রভু ; বড়—য়াম্না ; কৃপা কৈলা—কৃপা তৌবিরে ; আপনে—নছামক ; আসিয়া—লাক্তুনা ; ভৃত্যে—ননাইদা ; দরশন—দর্শন ; দিলা—পীনবিরে।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

চন্দ্রশেখরনা হঙ্গৎলম্মী—হে প্রভু ! কৃপা য়াম্না তৌবিরে। নছামক লেপ্তলক্তুনা ননাইদা দর্শন পীনবিররে।

## মূল ৯৫-৯৭

আপন প্রারব্ধে বসি বারাণসী স্থানে।
'মায়া ব্রহ্ম'—শব্দ বিনা নাহি শুনি কাণে ॥ ৯৫ ॥
'ষড়্‌দর্শন—ব্যাখ্যা' বিনা কথা নাহি এথা।
মিশ্র কৃপা করি মোরে শুনান কৃষ্ণকথা ॥ ৯৬ ॥
নিরন্তর দোঁহে চিন্তি তোমার চরণ।
সর্ব্বজ্ঞ ঈশ্বর তুমি দিলা দরশন ॥ ৯৭ ।

## শব্দার্থ

আপন—ইছাগী ; প্রারব্ধে—কর্ম্মফল ওইনা ; বসি—লৈরি ; বারাণসী স্থানে—বারাণসী হায়বা মফমদা ; মায়া-ব্রহ্ম শব্দ—মায়া অমসুং ব্রহ্ম হায়বা শব্দ ; বিনা—নত্তনা ; না শুনি—তাদে ; কাণে—নাকোঙদা ; ষড়দর্শন-ব্যাখ্যা বিনা—দর্শনশাস্ত্র তরুক্কী ব্যাখ্যা নত্তনা ; কথা—রা ; নাহি—লৈতে ; এথা—মফমসিদা ; মিশ্র—তপন মিশ্রনা ; কৃপা করি—কৃপা তৌদুনা ; মোরে—ঐঙোন্দা ; শুনান—নাকোঙদা তাহল্লী ; কৃষ্ণ-কথা—কৃষ্ণগী রা ; নিরন্তর—মতম পুম্বদা ; দোঁহে—( ঐখোয় ) অনীনা ;

চিন্তি—খল্লী ; তোমার চরণ—নখোঙতু ; সর্ব্বজ্ঞ—পূম্নমক-খঙবা ; ঈশ্বর—মপু থোইরেন ; তুমি—নঙনা ; দিলা—পীররে ; দরশন—দর্শন।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( চন্দ্রশেখরনা মথা তারম্মী )—ঐ ইছাগী কর্ম্মফল ওইনা বারাণসী হায়বা লমদমসিদা লৈরি ; মফমসিদদি মায়া অমসুং ব্রহ্ম হায়বা শব্দ নত্তনা করিমতা ইনাকোঙনা তাদে ; মফমসিদা দর্শন-শাস্ত্র তরুক্কী ব্যাখ্যা নত্তনা অতৈ রা ঙাঙনদে। তপন মিশ্রনা থৌজনবিতুনা ঐগীন্দা কৃষ্ণকথা তাহন্বী। মতমপুম্বদা ঐখোয় অনীনা নখোঙতু খল্লী। প্রভুদি পূম্নমক-খঙবা ঈশ্বরনীনা দর্শন পীনবিররে।

## নৈনরোল

**প্রারব্ধে**—নহান্মুকী মপোক্কুগী হৌরক্লবা কর্ম্মফল, লাইনক। মতাঙ-সিদা চন্দ্রশেখরনা মহাক্কী লাইবক থীনগী রা হায়রি। মরমদি, মহাক বারাণসীদা ( কাশীদা ) কৃষ্ণ-নাম কৃষ্ণলীলা-নচিংনগী রা করিমতা মনা-কোঙনা-তাবা ফংদে, মহাক্না তারম্বসী মায়া অমসুং ব্রহ্মগী রাত্তনী। কাশীদা বেদান্তগী শাঙ্কর-ভাষ্যগী রানা নমকক ঙাঙনৈ ; ভাষ্যসিদা মায়াবাদ পুথোক্খিবনী ; অমসুং ব্রহ্মনী হায়না জীবগী স্বরূপ লেপ্লহনী ; মসিদি ভক্তিগী য়েক্লবনী। মায়াগী মথা-পোন্না জীববু মায়াগী মখুংজেনী ব্রহ্মদুনী হায়দুনা খন্নদি মতুবু ভক্ত শিংনা অপরাধগী মশক্কী হায়না খল্লী। জীববু ব্রহ্মনী হায়না লৌবসিদা অনীসিগী সেব্য-সেবকত্ব-ভাব য়াওদে, মরমসিনা "মায়াবাদী ভাষ্য শুনিলে সর্ব্বনাশ—মায়াবাদী ভাষ্য তারগদি পুম্নাঙ মাঙলে।" অদুবু মনী চন্দ্রশেখরদি মতমপুম্বদা তাদুনা লৈরে ; মরমদুনা মসিবু মাগী লাইবক থীবনী হায়রিবনী।

**ষড়্দর্শন**—ন্যায়, বৈশেষিক, সাংখ্য, পাতঞ্জল, পূর্ব্বমীমাংসা অমসুং উত্তরমীমাংসা হায়বদি বেদান্ত—দর্শন শাস্ত্র তরুকসিনী। দার্শনিক পণ্ডিত তরুকসিগী মত মতুং ইন্না সংসার অরাবগী মহুন্নী, সংসারসিদা লৈবা মুংঙাইবা হায়বদু ঙাইহাক্-ঙাইহাক্কীদমক্ ওইবদা নত্তনা মুংঙাইবত্ত লোম্বগা অরাবা অদুম ফংদবা য়াদে। অরাবসী কোক্লনবা উপায় মকোক থিবনা দর্শন-শাস্ত্রগী পান্দম্নী। হায়রিবা দর্শন মখল তরুকমক্কা অরাবা

কোরুবা উপায় লেপ্লম্মী ; অদুবু মখোয়না লেপ্লম্বা উপায়শিংদু মান্নদে, তোঙান্-তোঙানবনী। তোঙান্-তোঙান্বা উপায় পুন্নমকসী নৈনবগা খঙবা ঙম্বদি, বেদান্ত দর্শন নত্তনা, অতৈ অতৈ দর্শনশিংনা লেপ্লম্বা অরা-কোরুনবা উপায়গা লোয়ননা ঈশ্বরগী সম্পর্কবু পঙনক্ নকৃশন্দে। সাংখ্যগা পূর্ব্ব-মীমাংসাগদি ঈশ্বরদি ইয়া-য়াদবগুম তৌয়ি। ন্যায় অমসুং বৈশেষিক-না ঈশ্বর লৈ হায়রবসু মখোয়না লেপ্লম্বা অরা-কোরুবগী উপায়দি ঈশ্বরগা থোইদোকপা সম্বন্ধ অমতা লৈদে। পাতঞ্জল-দর্শন-দসু ঈশ্বরগী রাফমসী মরু ওইদে। মরম ময়ামসিনা দর্শন খরসী নৈনবদা ভক্তনা নুংঙাইবা ফংবা ঙমদে। অদুগা বেদান্তদর্শন গী প্রতিপাদ্য ( লেপ্ কদবা ) বিষয়দি ঈশ্বরদু-মক্নীদি হায়রগা কাশীদা বেদান্তগী শাঙ্করভাষ্যদমক চৎপা মরম্না, বেদান্তগী ব্যাখ্যাদুনসু ভক্তবু নুংঙাইহনবা ঙমদে। শ্রীকৃষ্ণনা সম্বন্ধতত্ত্ব-নত্তবা, ভক্তিনা অভিধেয়তত্ত্ব নত্তবা, প্রেম-না প্রয়োজন-তত্ত্ব-নত্তবা, অদুগুম্বা শাস্ত্র নৈনবদা ভক্তনা নুংঙাইবা ফংদে।

দোঁহে—তপন মিশ্রগা চন্দ্রশেখরগা অনীনা।

সর্ব্বজ্ঞ—পুঙখংখেঙনা। সর্ব্বজ্ঞ ঈশ্বরনী হায়দুনা প্রভুনা মখোয়নীগী অরাবা অমসুং চিন্তাগী রা খঙলিবনী ; মরমদুনা কৃপা তৌদুনা মখোয়দা দর্শন পীররিবনী। মসিনী সর্ব্বজ্ঞ শব্দগী ধ্বনিদি।

## মূল ৯৮

শুনি—মহাপ্রভু ! যাবেন শ্রীবৃন্দাবন।

দিন কথো রহি তার ভৃত্য দুই জন ॥ ৯৮ ॥

## শব্দার্থ

শুনি—নাকোঙনা তাজরে ; মহাপ্রভু—হে মহাপ্রভু ; যাবেন—লেঙগনী ; শ্রীবৃন্দাবন—শ্রীবৃন্দাবন-দা ; দিন—নুমীৎ ; কথো—খরনি ; রহি—লৈথরগা ; তার—লান্বিযু ; ভৃত্য—নাই ; দুইজন—মী অনী ( চন্দ্রশেখরগা তপনমিশ্রগা )।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( চন্দ্রশেখরনা মথা তারম্মী )—হে মহাপ্রভু ! শ্রীবৃন্দাবন-ধামদা

লেঙগনী হায়বা তাজরে। কাশীসিদা সুমীৎ খরনিদং লৈথবিরগা মনাই অনীসিবু লান্‌বিরম্মু।

মূল ৯৯

মিশ্র কহে প্রভু ! যাবৎ কাশীতে রহিবা।
মোর নিমন্ত্রণ বিনা অন্য না মানিবা॥ ৯৯॥

শব্দার্থ

মিশ্র—তপন মিশ্রনা ; কহে—হায় ; প্রভু—হে প্রভু ; যাবৎ—মতমতু ফাওবা ; কাশীতে—কাশীদা ; রহিবা—লৈবিগনী ; মোর—ঐগী ; নিমন্ত্রণ—বার্তোন ; বিনা—নত্তনা ; অন্য—অতোপ্পা ; না মানিবা—লৌবিগয়ু।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

তপনমিশ্রনা হঙ্গৎলম্মী—হে প্রভু ! কাশীদা লৈবিয়িবমখৈ ঐনা কৎপা নিমন্ত্রণ নত্তনা অতৈ লৌবিগনু।

মূল ১০০

এইমত মহাপ্রভু দুইভৃত্যের বশে।
ইচ্ছা নাই, তবু তথা রহিল দিন দশে॥ ১০০॥

শব্দার্থ

এইমত—মতৌ অসুম্না ; মহাপ্রভু—মহাপ্রভুনা ; দুইভৃত্যের বশে—মনাই অনীনা হায়বা য়াদুনা ; ইচ্ছা নাই—লৈথনীঙদ্রে ; তবু—অদু ওইর-বসু ; তথা—মফমদুদা ; রহিল—লৈখি ; দিন—সুমীৎ ; দশে—তরানি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতৌ অসুম্না মহাপ্রভুনা মনাই অনীনা হায়জবদা য়াবিদুনা কাশীদা লৈথনীঙলমদ্রবসু সুমীৎ তরানিরোম লৈখি।

মূল ১০১

মহারাষ্ট্রী বিপ্র আইসে প্রভু দেখিবারে।
প্রভুর রূপ-প্রেম দেখি হয় চমৎকারে॥ ১০১॥

### শব্দার্থ

মহারাষ্ট্রী বিপ্র—মহারাষ্ট্রগী ব্রাহ্মণ ; আইসে—লাক্লিয়ি ; প্রভু—প্রভুবু ; দেখিবারে—য়েংননবা ; প্রভুর—প্রভুগী ; রূপ—শক্ ; প্রেম—কৃষ্ণপ্রেম ; দেখি—উরগা ; হয়—ওই ; চমৎকারে—ঙকৃপা।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহারাষ্ট্রী ব্রাহ্মণ অমা প্রভুবু দর্শন তৌবা লাক্লম্মী। প্রভুগী শক অদুগা কৃষ্ণপ্রেম উবদা মহাক ঙকৃখি।

### মূল ১০২

বিপ্র সব নিমন্ত্রয়ে—প্রভু নাহি মানে।

প্রভু কহে—আজি মোর হ'য়েছে নিমন্ত্রণ ॥ ১০২ ।

### শব্দার্থ

বিপ্র—মহারাষ্ট্রী ব্রাহ্মণা ; সব—পুম্নমক্পু ; নিমন্ত্রয়ে—বার্ত্তোন তৌয়ি ; প্রভু—প্রভুনা ; নাহি মানে—য়ারম্দে ; প্রভু কহে—প্রভুনা হায় ; আজি—ঙসী ; মোর—ঐগী ; হ'য়েছে—ওইরে ; নিমন্ত্রণে—বার্ত্তোন।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহারাষ্ট্রী ব্রাহ্মণচুনা লোইনমক্পু বার্ত্তোন তৌরম্মী ; প্রভুনা য়ারম্দে। প্রভুনা হায়রম্মী—ঙসিদি ঐগী বার্ত্তোন তৌরম্লে।

### নৈনরোল

প্রভুবু ঙসিদি বার্ত্তোন তৌখরে হায়বসী ওইদবা নত্তে, মরমদি তপন মিশ্রনা প্রভুনা কাশীদা লৈরিবমখৈ হায়চুনা বার্ত্তোন কৎখ্রবনী।

### মূল ১০৩

এইমত প্রতিদিন করেন বঞ্চন।

সন্ন্যাসীর সঙ্গভয়ে না মানে নিমন্ত্রণ ॥ ১০৩ ।

### শব্দার্থ

এইমত—মতৌ অসুম্না ; প্রতিদিন—নুমীৎ খুদিংগী ; করেন—তৌয়ি ;

বঞ্চন—( সেবা ) ফংহন্দবা ; সন্ন্যাসীর—সন্ন্যাসীশিংগী ; সঙ্গভয়ে—সঙ্গ-কিবদগী ; না মানে—য়াৱমদ্রে ; নিমন্ত্রণ—বার্ত্তোন।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতৌ অসুম্না মুমীংথুদিংগী লুক খুল্হন্‌বা হায়বা সেবাহু ফংহন্‌খিদে। সন্ন্যাসীশিংগী সঙ্গ কিবদগী নিমন্ত্রণ অমতা লৌরমদে।

## নৈনরোল্

**করেন বঞ্চন**—প্রভুবু বার্ত্তোন পৌরিবা ব্রাহ্মণশিংহু কৃষ্ণবু য়াদবা মায়াবাদী সন্ন্যাসীশিংগা সঙ্গ তৌবা ডাব্রী ; মরমদুনা মখোয়না প্রভুবু সেবা তৌবগী লাইবক ফংদ্রিবনী।

**সন্ন্যাসীর সঙ্গভয়ে**—মায়াবাদী সন্ন্যাসীশিং শ্রীকৃষ্ণবু য়াদবনী ; মখোয়গা সঙ্গ তৌনীঙদবগী বা ডাক নত্তনা মাঙনগাই মশক অমনী। মফম অমদা নিমন্ত্রণ লৌরুরগা করিগুম্বা মায়াবাদী সন্ন্যাসী য়াওরমদুনা থেংনর-গদি হায়বগী কিবনা কনামতগী নিমন্ত্রণ প্রভুনা লৌখিদে।

## মূল ১০৪

প্রকাশানন্দ শ্রীপাদ সভাতে বসিয়া।
বেদান্ত পঢ়ান বহু শিষ্যগণ লৈয়া॥ ১০৪॥

## শব্দার্থ

প্রকাশানন্দ শ্রীপাদ—শ্রীপাদ প্রকাশানন্দ সরস্বতী ; সভাতে—শিষ্যশিংগী সভাদা ; বসিয়া—ফম্নগা ; বেদান্ত পঢ়ান—বেদান্ত তম্বিরম্মী ; বহুশিষ্যগণ লৈয়া—শিষ্য ময়ামশিংবু ; লৈয়া—লোয়ননা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীপাদ প্রকাশানন্দ সরস্বতীহু শিষ্যশিংগী সভা ময়ায়দা ফম্নগা বেদান্ত তম্বিরম্মী মাগী শিষ্যশিংদা।

## মূল ১০৫

এক বিপ্র দেখি আইলা প্রভুর ব্যবহার।
প্রকাশানন্দ আগে কহে চরিত্র তাঁহার॥ ১০৫॥

### শব্দার্থ

একবিপ্র—ব্রাহ্মণ অমনা ; দেখি—উরগা ; আইলা—লাকৃখি ; প্রভুর —প্রভুগী ; ব্যবহার—শাজৎ ; প্রকাশানন্দ আগে—শ্রীপাদ প্রকাশানন্দ সরস্বতীগী মমাঙদা ; কহে—হায় ; চরিত্র—শাজৎ ; তাঁহার—মহাক্কী ( প্রভুগী ) ॥

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রাহ্মণ অমনা প্রভুগী ব্যবহার মতা উরগা লাক্লম্মী। মহাক্না প্রভুগী শাজৎ অদু শ্রীপাদ প্রকাশানন্দগী মফমদা তম্‌খি।

### মূল ১০৬

এক সন্ন্যাসী আইল জগন্নাথ হৈতে।

তাঁহার মহিমা প্রভাব না পারি বর্ণিতে ॥ ১০৬ ॥

### শব্দার্থ

এক সন্ন্যাসী—সন্ন্যাসী অমা ; আইল—লাক্লে ; জগন্নাথ হৈতে—জগন্নাথ ক্ষেত্রদগী ; তাঁহার—মহাক্কী মহিমা—মতীকময়াই ; প্রভাব—তেজ ( মঙাল ) ; না পারি—ঙমদে ; বর্ণিতে—হায়বা ;

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( ব্রাহ্মণনুনা হায়রম্মী )—সন্ন্যাসী অমা লাক্লে শ্রীক্ষেত্রদগী। মহাক্কী মতীকময়াই অমদি মঙালগী রাদি হায়দোক্‌পদা ঙোক্কে।

### মূল ১০৭

প্রকাণ্ড শরীর, শুদ্ধকাঞ্চনবরণ।

আজানুলম্বিত ভুজ কমল-নয়ন ॥ ১০৭ ॥

### শব্দার্থ

প্রকাণ্ড—চাওশাংবা ; শরীর—হকচাঙ ; শুদ্ধ—অশেংবা ; কাঞ্চন—সনাঅহিংবা ; বরণ—কুচু ; আজানুলম্বিত—খুকঙ্ক য়োনা চোন্‌বা ; ভুজ—পাম্বোম ; কমল-নয়ন—থম্বাল-মীৎতা-পান্‌বা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সন্ন্যাসীদুগী হকচাঙ-চাউশাংডী ; কুচুনা সনা-অহিংবা মচুনী, থুং-পাখোঙ্গা থূকউ য়োনা চোল্লী, মীৎনা থম্বাল-মীখানী।

মূল ১০৮

যত কিছু ঈশ্বরের সর্ব্ব সল্লক্ষণ।
সকল দেখিয়ে তাঁতে অদ্ভুতকথন॥ ১০৮ ॥

শব্দার্থ

যত—কয়া ; কিছু—খরা ; ঈশ্বরের—ঈশ্বরগী ; সর্ব্ব—লোইনমক্ ; সৎ-লক্ষণ—অফবা লক্ষণ ; সকল—লোইনমক্ ; দেখিয়ে—উই ; তাঁতে—মহোন্দা ; অদ্ভুতকথন—হায়দোকপদা ঙকঙাইনী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঈশ্বরগী ওইনা লৈবা সৎ-লক্ষণ পুম্বদো মহোন্দা য়াওবা উই ; হায়দোক-পদা ঙকঙাইনী।

মূল ১০৯

তাঁহা দেখি জ্ঞান হয়—এই নারায়ণ।
যেই তাঁরে দেখে, করে কৃষ্ণসঙ্কীর্ত্তন॥ ১০৯ ॥

শব্দার্থ

তাঁহা—মহাকপু ( সন্ন্যাসীদুবু ) ; দেখি—উরগা ; জ্ঞান হয়—খল্লী ; এই—মসী ; নারায়ণ—নারায়ণ হায়বদুনী ; যেই—কনাগুম্বনা ; তাঁরে—মহাকপু ( সন্ন্যাসীদুবু ) ; দেখে—উই ; করে—তৌরি ; নামসঙ্কীর্ত্তন—কৃষ্ণনাম শোন্বা ;

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সন্ন্যাসীদুবু উরগা—মসী নারায়ণ হায়বদুনী হায়না খল্লী ; মহাকপু উবা মীদুনা কৃষ্ণনাম হেক্তা শোল্লী।

## মূল ১১০

মহাভাগবত-লক্ষণ শুনি ভাগবতে।
সে-সব লক্ষণ প্রকট দেখিয়ে তাঁহাতে ॥ ১১০ ॥

### শব্দার্থ

মহাভাগবত—মহাভক্তগী লক্ষণ; শুনি—নাকোঙনা তাই; ভাগবতে—শ্রীমদ্ভাগবতমদা; সে-সব—মহু পুম্বা; লক্ষণ—খুদম; প্রকট—ফোংবা; দেখিয়ে—উই; তাঁহাতে—মঙোন্দা (সন্ন্যাসীদুদা)।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাভক্তগী লক্ষণ শ্রীমদ্ভাগবতমদা য়াওরি হায়না ঐখোয়না তাবহু মঙোন্দা ফোংদোকনকপা ওইনা উই।

### মৈনরোল

শ্রীমদ্ভাগবতমদা য়াওবা মহাভাগবতশিংগী লক্ষণ—মহাভাগবত ওইবা মীগী চিত্তদি বাসুদেবদা চঙতুনা লৈ; রূপ-রস-নচিংবা ইন্দ্রিনা ফংনীঙবা পোং ফংগে হায়না খোরাংদে; রূপ-রস-নচিংবা লৌরদসু বিশ্ব অসিবু বিষ্ণুগী মায়া ওইনা য়েংতুনা হর্ষ দ্বেষ-মোহ-কাম-নচিংবগী মখা পোন্দে মহাক; হরিবু নীঙশীঙবা মরম্না হকচাংগী পোকপা-শিবা, প্রাণগী অবাস্বা পুক্নীংগী অকিবা, বুদ্ধিগী খোবাংবা অমসুং ইন্দ্রিশিংগী থবক নোম্বগী মশক ওইবা সংসারদগী মহাকপু সুনহৎপা ঙমদে; মাগী চিত্তদা কামনাগী অপাম্বা পোক্তে; বাসুদেব শ্রীকৃষ্ণতনা মাগী চংজফম্নী (আশ্রয়নী); পঞ্চ-ভূতকী হকচাংদা জন্ম (মপোক), কর্ম্ম (শিল্লম্), বর্ণ, আশ্রম, জাতিনচিংবনা মরম ওইদুনা অহংভাব (ঐ ঐ হায়বদো) হায়বদু মাগী চিত্তদা পোক্তে; মহাত্তি লন্ত্মচিংবা ঐগী মাগী হায়বদু খঙদে; দোহেন-চিংবগী মরমদসু ঐগী মাগী হায়বা থেম্নবা উবগী রাখল মাগী লৈতে, জীব-পুম্নমক্তা মাগী মীৎয়েং চপ মান্নে; মহাক শান্ত (অতপ্পা হায়বদু) ওই; ভগবান্গী খোঙ-থম্বাক্তনা মচিনী (সার-নী) হায়না লৌবা মরম্না মরোল-অহুমগী ঐশ্বর্য্য ফংবা য়ানা লৈরবা ফাওবদা নিমিষ (মীংকুপ) তংখাইমগী-দমক ফাওবা ভগবান্গী খোঙথম্বান্দগী হন্দোক্তে; বিষয় পাম্বা মরমগীদমক

মাগী থম্মোই চাকৃপা হায়বদু লৈতে ; শ্রীহরিনা মাগী হৃদিবু কদৌঙৈদম্ন থাদোক্তে ; মাগী প্রেম-না পুন্‌খিবা মরম্মা মতম পুম্বদা মহাক্কী হৃদি-মুংদা শ্রীহরিনা বিশ্রাম তৌয়ি। ( মসি শ্রীমদ্ভাগবতম্‌গী ১১/২/৪৮-৫৫-শুবা শ্লোকশিংগী ভাবার্থনী )।

## মূল ১১১-১১২

নিরন্তর 'কৃষ্ণনাম' জিহ্বা তাঁর গায়।
দুই নেত্রে অশ্রু বহে গঙ্গাধার প্রায় ॥ ১১১ ॥
ক্ষণে নাচে হাসে গায় করয়ে ক্রন্দন।
ক্ষণে হুহুঙ্কার করে সিংহের গর্জ্জন ॥ ১১২ ॥

### শব্দার্থ

নিরন্তর— তত্তনা ; কৃষ্ণনাম— কৃষ্ণগী মিং ; জিহ্বা—লৈয়েংনা ; তাঁর মহাক্কী ; গায়—শক্‌য়ি ; দুইনেত্রে—মীৎ অনীদা ; অশ্রু—পিবাং ; বহে —চেন্থে ; গঙ্গাধার-প্রায়—গঙ্গাগী ইচেলগুম্‌ ; ক্ষণে— ক্ষণদা ; নাচে— জগোই শাই ; হাসে—নোক্‌য়ি ; গায়—ঈশৈ শক্‌য়ি ; করয়ে—তৌযি ; ক্রন্দন—কপ্পা ; ক্ষণে—ক্ষণ-দা ; হুহুঙ্কার করে— হুহুঙ্কার তৌয়ি ; সিংহের —নোংশাগী ; গর্জ্জন— মচং।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( ব্রাহ্মণগী পাউওমজন, মথা তারম্মী ) — অতুৎ-অথম লৈতনা মহাক্কী (প্রভুগী) লৈয়েংনা কৃষ্ণ-নাম শক্‌ শোল্লী ; মীৎ অনীদগী গঙ্গাগী ঈচেন্‌গুম্‌ পিরাং চেন্থে। ক্ষণ-দা জগোই শাই, নোক্‌য়ি, ঈশৈ শক্‌য়ি অমসুং কপ্পী ; ক্ষণ-দা হুহুঙ্কার তৌবদি নোংশাগী খোল্লাওগুম্মী।

## মূল ১১৩

জগত-মঙ্গল তাঁর 'কৃষ্ণচৈতন্য' নাম।
নাম রূপ গুণ তাঁর সব অনুপাম ॥ ১১৩ ॥

### শব্দার্থ

জগত মঙ্গল— জগৎ-য়াইফনবগী মশক্কী ; তাঁর—মহাক্কী ; কৃষ্ণচৈতন্য—

কৃষ্ণচৈতন্য ; নাম—মিং ; রূপ—শক ; গুণ—গুণ ; তাঁর—মহাক্কী ; সব—লোইনমক ; অনুপাম—চাংদমন্ডাই লৈতবনী ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাক্কী কৃষ্ণচৈতন্য কৌবা মিংদি জগৎকী মঙ্গল ওইবনী । মহাক্কী নাম, রূপ, গুণ—পুম্নমক চাংদমন্ডাই লৈতবনী ।

## মূল ১১৪

দেখিয়া সে জানি তাঁরে ঈশ্বরের রীতি ।
অলৌকিক কথা শুনি কে করে প্রতীতি ॥ ১১৪ ॥

শব্দার্থ

দেখিয়া—উরগা ; সে—মহ ; জানি—খঙজী ঐনা ; তাঁরে—মঙোন্দা ; ঈশ্বরের—ঈশ্বরগী ; রীতি—মতৌ ; অলৌকিক কথা—মীরম্লেনগী নত্তবা বানী ; শুনি—নাকোঙনা তারগা ; কে—কনানা ; করে—তৌগনী ; প্রতীতি—থাজবা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাক্কী মছাদা ঈশ্বরগী লক্ষণ ডাক্তনী হায়বহ মহাকপু উরগা খঙবা ঙম্মনী । মহাক্কী মরমদা হায়গদবা বা পুম্বা অঙকপা ডাক্কী (মীরম্লেনগী নত্তবা বা ডাক্কী) ; নাকোঙনা তাবনদি কনানা থাজগনী ? (উরবদদা থাজগনী) ।

## নৈনরোল

পয়ারশিংদনে অহুগা মমাঙগী ১০৮—পয়ারদা প্রভুবু ঈশ্বরনী হায়রি । অহুবু ১০৯-১১ পয়ারদনা হায়রি—প্রভুদা মহাভাগবত অমগী লক্ষণ পুম্নমক লৈ । মী অমবু ভক্তনীসু হায়রে অহুগা ভগবান্নীসু হায়রে ; মসিগী মরমদি মক্লগা সমাধান দি করিনো ? ১০৪ পয়ারদা ফোঙদোক্লি । মহাক্কী অনুভব-তি অসিনী মহুদি—প্রভুহু ঈশ্বরনী ; মহাক্কী অনুভবসী সত্যনী (অচুম্বনী) । প্রভুগী দেহেদা মহাভাগবত অমগী লক্ষণসু উরকৃয়ি হায়বসিসু অচুম্বনী । মসিগী সমাধান-দি অসিনী—প্রভুদি স্বয়ং ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রনী ; মছাগী মাধুর্য্যহু মহাও তংগে হায়বগীদমক শ্রীরাধাগী ভাব লৌহুনা

মহাক্না ভক্তভাব লৌখিবনী ; মহাক্না শ্রীরাধাগী ভাব-তা আবিষ্ট ওইবা মতমদা স্বয়ং-ভগবান্ ওইরবস্থু মহাক্কী দেহেদা মহাপ্রেমিক পরম-ভাগবতকী লক্ষণ-পুম্নমক থোরক্য়ি। মসিগুম্বা লক্ষণদি চিত্তমুংদা লৈবা আশ্রয়-জাতীয় প্রেমগী বহিঃলক্ষণ হায়বচ্নী ; শ্রীরাধাগী ওইবা আশ্রয় জাতীয় প্রেমচু হৃদিমুংদা লৌশল্লে হায়চুনা শ্রীগৌরাঙ্গ ওইবা শ্রীকৃষ্ণগী দেহদা রাধাভাবাবেশগী ফীভমদা লক্ষণ ময়ামচু থোরক্পনী। মরমচুনা প্রভুদি ভগবান্নী ; ঈশ্বরনী—হায়বা রাসিস্থ অচুম্বনী অমসুং মাগী দেহেদা মহাভাগবত অমগী লক্ষণ পুম্বা থোকয়ি হায়বেসিস্থ অচুম্বনী।

## মূল ১১৫

শুনিঞা প্রকাশানন্দ বহুত হাসিলা।

বিপ্রে উপহাস করি কহিতে লাগিলা ॥ ১১৫ ॥

## শব্দার্থ

শুনিঞা—নাকোঙনা তারগা ; প্রকাশানন্দ—শ্রীপাদ প্রকাশানন্দনা ; বহুত—য়াম্না ; হাসিলা—করেম্ননা নোক্লম্মী ; বিপ্রে—(পাউতম্বা) ব্রাহ্মণবু ; উপহাস—লঙনবা ; করি—তৌচুনা ; কহিতে—হায়বা ; লাগিলা—হৌখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(প্রভুগী মরমদা) প্রকাশানন্দচুনা তারগা য়াম্না করেম্নবা মওংদা নোক্লম্মী। পাউতম্নবা ব্রাহ্মণচুবু করেম্নচুনা রা হায়বা হৌরম্মী।

## নৈনরোল

বিপ্রে—প্রকাশানন্দদা প্রভুগী পাউ তম্নরিবা ব্রাহ্মণ অচু মহারাষ্ট্রীয় ব্রাহ্মণনী।

## মূল ১১৬

শুনিয়াছি গৌড়দেশে সন্ন্যাসী ভাবক।

কেশব ভারতী-শিষ্য লোকপ্রতারক ॥ ১১৬ ॥

## শব্দার্থ

শুনিয়াছি—নাকোঙনা তারে ঐ ; গৌড়দেশে—গৌড়দেশদা ; সন্ন্যাসী

ভাবক—ভাব-ভা লুপ্পা সন্ন্যাসী কেশব-ভারতী-শিষ্য—কেশব-ভারতীগী সেবক লোক-প্রতারক—মীতোল্পা তাং-তৌবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(প্রকাশানন্দনা হায়রম্মী)—গৌড়দেশদা সন্ন্যাসী ভাবক অমা লৈ হায়বা ইনা কোঙনা তারে। মহাক কেশব-ভারতীগী শিষ্যনী অদুগা মীতোল্পা তাং-তৌবা অমনী।

নৈনরোল

ভাবক—ভাব-লুপ্পা মী। পুকচেল-শোন্‌বা মরম্না ইচম-চম্বা মরম অমসুং নমকুম্বা ফীভম কায়রবদি মহাকপু ভাবক কৌয়ি।

বিপ্রগী ৱা তারগা ১১৭-১২১ পয়ারদা প্রকাশানন্দনা প্রভুবু নিন্দা তৌয়ি।

প্রকাশানন্দনা প্রভুবু নিন্দা তৌবদু সরস্বতী দেবী খাঙবা ঙম্‌জরম্‌দে; প্রকাশানন্দনা মহাপ্রভুগী নিন্দা তৌবদা শীজন্নখিবা শব্দশিংদুনা সরস্বতীনা প্রভুগী স্তুতি তৌরম্মী। অসুম তৌবনা হেক উবদা নিন্দাগী ওইবা শব্দ খুদিংমক্কী অর্থ অনী অনী ওইগনী—অমনা নিন্দাবাচক, প্রকাশানন্দগী অর্থ; অতোপ্পা অমনা স্তুতিবাচক, সরস্বতীগী অর্থ। ভাবক—নিন্দার্থদা, ভাবপ্রবণ; পুক্নীং-শোন্‌বা মরম্না কৈছু লৈতবা মরমগীদমক্তা তুংমাঙ বিচার তৌদবমখৈ ফীভম-কায়বা হায়বদি পিনৌবা মীতাশিংবু ভাবক কৌয়ি। ভাবক--স্তুতি অর্থদা, রাখল তৌবা, তুংমাঙ পুম্বা নৈনরগা মপূঙফানা বিচার তৌবা ঙম্বা মহাক্তুবু ভাবক হায়বদি রাখল-খনঙম্বা কৌয়ি। নত্রগা, শুদ্ধসত্ত্বগী মশক ওইবা, প্রেমগী মশক ওইবা নুমিৎকী (সূর্য্যগী) মঙালগী মশক ওইবা অদুগা রুচিনা (অপাম্বনা) চিত্তগী স্নিগ্ধ ওইহন্‌বা ভক্তিদুবু ভাব কৌয়ি। "শুদ্ধ-সত্ত্ববিশেষাত্মা প্রেমসূর্য্যাংশুসাম্যভাক্। রুচিভিশ্চিত্ত-মাসৃণকৃদসৌ ভাব উচ্যতে॥ ভ, র, সি, ১/৩/১॥" কৃষ্ণদা লৈবা রতিনা গঙ্গাঙ্গদি (গাঢ় ওইশল্লকবদি) মদুবু 'ভাব' কৌয়ি। ভাব অসী—সাধন তৌরকপদা গাঢ় অভিনিবেশ (পুক্নীং চকুমন্না চঙবা) মরম্না ওইবা য়াই, নত্রগা, কৃষ্ণ-ভক্তগী কৃপাদগী নত্রগা স্বয়ং কৃষ্ণমক্কী কৃপাদগী ওইবা য়াই।

ভাব অসী পোকৃহন্বা ওম্বা মহাক্তু ভাবক-নী, অদু ওইরবসি সাধন-অভিনিবেশবু, নত্রগা ভক্ত-কৃপাবু নত্রগা কৃষ্ণ-কৃপাবু ভাবক কৌবা য়ায়ে। মহাপ্রভুবু ভাবক কৌবা মতমদা খঙগদবদি প্রভুসী মূর্ত্তি-লৌরবা সাধন-অভিনিবেশ অদুনী হায়বদি সাধন তৌবদা মাগী অভিনিবেশদু য়োনা গাঢ় ওইরে; মহাক থোইদোক-হেন্দোক্লা অভিনিবেশ-লৈবা সাধক অমনী। মতাঙসিদা প্রভুবু সাধক-নী হায়বগী তাৎপর্য্যদি অসিনী মদুদি— জীবদা ভক্তিধর্ম্ম-যাজন তাকৃপীগে হায়বগীদমক্তা, নত্রগা ভক্তনা মুংঙাইবা ফংবদু আস্বাদন তৌগে হায়বগীদমক ভক্ত-ভাব হায়বদি সাধক-ভাব প্রভুনা লৌবনী, ভাব অদুদা মাগী পুক্নীঙদু কয়ামুক চঙহনখ্রবগে হায়ববু মহাকপু সাধন-অভিনিবেশগী প্রতিমূর্ত্তিনী হায়বা য়াই। অভিনিবেশ-না গাঢ় ওইবা হায়বসী মঙোন্তদা ওইথোক্মি; জীবদদি ওইথোক্তে। মরমসিনা মফম-সিদা ভাবক-শব্দগী অর্থ জীববু য়োনা চান্বীবা, ভক্ত-ভাব-লৌবা শ্রীকৃষ্ণবু খঙহল্লী। অনীশুবদা, ভাবক-শব্দগী অর্থ ভক্তকৃপা ওইনা মতমদনা মহা-প্রভুদো মূর্ত্তি লৌবী ভক্তকৃপা ওইবগুম্নে— সাধক জীববু কৃপা তৌনবগীদমক মহাক অবতীর্ণ ওইবনী অমসুং দেশ-দেশদা কোয়না চৎলিবনী; স্বয়ং ভগবান্ মহাপ্রভুনা ভক্ত ওইনা জীব পূম্নমকপু কৃপা তৌবিগে হায়দুনা স্বয়ং ভক্তভাব লৌরিবনী। অহুমশুবদা, ভাবক-শব্দগী অর্থনা শ্রীকৃষ্ণকৃপাবু খঙহল্লবদি, মহাপ্রভুবু ভাবক-নী হায়রগা খঙহন্গদবদি অসিনী মদুদি— মূর্ত্তি ওইনা চোংথোরক্লবী শ্রীকৃষ্ণকৃপাদুমক্লা জীবগী মঙ্গলগীদমক অবতীর্ণ ওইদুনা দেশ-দেশদা কোয়রি। তশেংবমক্তি, মহাপ্রভুগী বিগ্রহদু (মূর্ত্তিদু) শ্রীকৃষ্ণকৃপাগী প্রতিমূর্ত্তিদুমক্লী। করম্না? মদু হায়থরক্লী। মহাক্লা দ্বাপরদা ব্রজদা প্রকট ওইরে (ফোঙলরে)। প্রকট ওইরগা মহাক্লা শাস্ত্ররম্বা লীলাগী রাস্থ নাকোঙনা তাজরগা লাইবকফবা জীবনা ব্রজ পরিকরশিংগী মতৌগুম্না শ্রীকৃষ্ণবু সেবা তৌবগী মুংঙাইবদু ফংগে হায়না খোয়রাংজবা য়াই। সেবা-তৌবগী মুংঙাইবসী কয়ামুক পাম্নঙাই পোক্তানো হায়ববু অতৈগী রাদি থমখ্রদুনা পূর্ণভগবান্ শ্রীকৃষ্ণফাওবা মুংঙাইবদু ফংনীঙঙী। দ্বাপরদা মহাক্লা পাম্নঙাই পোক্তাসিগী রা নাকোঙদা তাবদমক তাহল্লম্মী; জীবনা করম্না মসী ফংবা ঙমগনী হায়বদুদি মপূঙফানা উৎলমদে; অদুবু হন্দক্তি কলিদা মহাক মশামক্লা ভক্তভাব লৌরদুনা, মশামক্লা ভজন তৌদুনা—করম তৌরগা

পরম বস্তুহ্ ফংবা য়াগদগে হায়বত্তু জীবদা উৎলম্মী। মহাক পরম-করুণ (য়ৌনা থৌজাল্‌-হৈবা) ওইবা মরম্‌না অহানবদা মিহৌনভাই ওইবা পোত্তা-সিগী য়াহু জীবদা খঙহনখি, অদুগা করুণ ওইবত্তু হেন্নমূক ওইশন্দুনা পোত্তু ফংননবগী উপায়স্‌ গৌর ওইনা উৎলম্বনী। মরমসিনা শ্রীকৃষ্ণগী গৌররূপ-সিবু মহাকী কৃপাগী প্রতিমূর্ত্তিনী হায়বা নত্তনা করিমূক হায়গনী ? নত্রগা, ভাব—শ্রীকৃষ্ণগী মরম ওইবা ভাব হায়বদি প্রেম, প্রেমসিবু থোরকৃহনবা নত্রগা সঞ্চার তৌবা ঙম্বা মহাকপু ভাবক কৌয়ি। শ্রীমন্‌মহাপ্রভুনা পাপী পাষণ্ড-নচিংবা মীচমশিংদা ভাব অমী হায়বদি কৃষ্ণবিষয়ক প্রেম অসী সঞ্চার তৌরম্মী হায়বসী ভাবক শব্দনা তাকৃপনী। স্বয়ং ভগবান্‌ শ্রীকৃষ্ণ নত্তনা কনামতনা প্রেম পীবা ঙমদে; মরমত্তুনা ভাবক শব্দনা স্বয়ং ভগবানবু খঙহল্লী।

কেশব ভারতী শিষ্য— নিন্দাসূচক অর্থদা, অয়াংবা সম্প্রদায়গী শিষ্যমু নত্তে, মধ্যম ( য়াইমরপ্‌-ওইবা ) সম্প্রদায়গী কেশব ভারতী হায়বত্তুগী শিষ্য ওইজবতনী। স্তুতি অর্থদা—প্রভু থৌজাল কয়ামূক হৈবম্বগে হায়ববু জীবশিক্ষাগীদমক বিশ্বব্রহ্মাণ্ড পুম্বগী অমতা ঙায়বা অধীশ্বর ( মবুংঙো ) ওইনমক মহাক্না ভক্তভাব লৌখিবনী, লৌরগা অয়াংবা সম্প্রদায়গী নাপল (গর্ব্ব অমসুং অভিমান) চাং-তাহনগে হায়বগীদমক মধ্যম সম্প্রদায়গী শিষ্য ওইখিবনী। অয়াংবা সম্প্রদায়গী নাপলত্তু কৈছু লৈতবনী ( কান্নদবনী ) হায়বত্তু উৎখি অমসুং ইঙ্গিতনা ভারতী সম্প্রদায়গী গৌরব হেক্ষংহনখি। স্তুতিগী য়া ওইনা হায়রগা "কেশবভারতী শিষ্য"-গী অর্থ অসিমস্‌ ওইবা য়াই মহুদি—"কেশব"-কী অর্থ ( কেশান্‌ বয়তে সংস্করোতি অথবা কেশান্‌ বপত্তে সংস্করোতি ) ব্রজগোপীশিংগী কেশ ( শম্লাং ) পুনবিবনচিংবা তৌহুনা সংস্কার ( শেম-শাবা ) তৌবা মী—শৃঙ্গার রসরাজ-মূর্ত্তিধর শ্রীকৃষ্ণ। অদুগা ভারতীগী অর্থদি কথা ( য়ায়ী ); কেশব ভারতীগী অর্থ— শৃঙ্গার-রসরাজ-মূর্ত্তিধর শ্রীকৃষ্ণগী লীলা কথা। লীলাকথাসিনা মহাপ্রভুগী গুরুনী; অদুগা মহাক্না লীলাকথাসিগী শিষ্যনী। করম্না ? নিয়ন্তা (য়ায়েনবা) ওইবা মহাক্না গুরুনী; অদুগা নিয়ন্ত্রিত (য়ায়েন্‌-ভুংইল্লিবা) ওইবা মহাক্না শিষ্যনী; ব্রজ-গোপীশিংনা লোয়ননা শাম্নখিবা ব্রজনিংথৌ মপারি শ্রীকৃষ্ণগী লীলাকথা নাকোঙনা তারগা, নত্রগা লীলাকথাহ্ন চিন্তা তৌরগা রাধাভাব-তা চঞ্চলগা

মহাপ্রভুনা ভাব অতুনা থুম্‌হৎথিবদগী, অদুম্বক্তা নীতিতবা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণ মহাক মহাগী দেহগা ইন্দ্রিয়শিংবু থুম্‌হম তম্বা তশিথেং; শ্রীকৃষ্ণগী লীলা-কথাহুনা নিয়ন্ত্রী ওইহুনা ভাব পোকহল্লগা মহাকী দেহগা চিত্তশিংবু নিয়ন্ত্রন তৌরম্মী— উন্মত্ত ওইবা জগোই কয়া শাহন্‌খি। "গুরু নানাভাবগণ, শিষ্য প্রভুর তনুমন, নানা রীতে সতত নাচায় /২/২/৭৩ মতৌ অমুম্মা "কেশবভারতী শিষ্য" অর্থদা শৃঙ্গাররসরাজ-মূর্তিধর শ্রীকৃষ্ণনা ব্রজবধূশিংগা লোয়ননা শান্নবা লীলাগী রাম্নী নাকোঙমা তারগা পোক্লকপা ভাববিকার মথন-মথন্না লাক্‌থুরবা রাধাভাব-তা আবিষ্ট ওইবা শ্রীকৃষ্ণ হায়বনী।

প্রতারক—নিন্দার্থদা প্রবঞ্চক (লৌনম্বা, তাংতৌবা)। মপান্থোংদা পূক্‌চেল-শেংবা (সাধুতা) উৎলগা মীবু শিংহল্লী; অন্তরদনা (তুংদনা) সাধুতা লৈতবা মরম্না মীতুগী মপান্থোংগী ওইবা ভাব-ভঙ্গীনা শুমহৎপনা মপূক্নীঙ হুথবা—অতুগুম্বা মীতাশিংবু লৌনম্বীবনী। স্তুতি অর্থদনা—প্র-অর্থ মপূঙ্ফানা (প্রকৃষ্টরূপে); তারক অর্থ—লান্‌বীহৈবা (ত্রাণকর্তা)। মপূঙ-ফানা জীবগী ত্রাণকর্তা ওইবা মহাক্তো প্রতারক-নী। ভুক্তি-মুক্তি-সিদ্ধিবু পাম্বগী মশক ওইবা অমঙ্গল-দগী জীববু লৌথৎপিহুনা কৃষ্ণপ্রেম পীবিরগা জীবনা ব্রজেন্দ্রনন্দনগী সেবা তৌজনবগী উপায় তৌবীবা মহাক অতু প্রতারক-নী।

## মূল ১১৭

'চৈতন্য' নাম তার ভাবকগণ লৈয়া।
দেশে দেশে গ্রামে গ্রামে বুলে নাচাইয়া ॥ ১১৭ ॥

## শব্দার্থ

'চৈতন্য' নাম—চৈতন্য হায়বা মিং; তার—মহাকী। ভাবকগণ—ভাবকশিংবু; লৈয়া—পুদুনা; দেশে দেশে—দেশ দেশদা; গ্রামে গ্রামে—খুল্ খুল্-দা; বুলে—কোয়না চৎলী; নাচাইয়া—জগোই শাহন্দুনা।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

চৈতন্য হায়বা মাগী মিংহুনা ভাবকশিংবু পুরগা দেশ-দেশদা গ্রাম-গ্রামদা জগোই শাহল্লগা কোয়চৎ চৎলী।

## নৈনরোল

চৈতন্য—"শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য" হায়দগুনা প্রকাশানন্দ সরস্বতী-না থওই-উৎছিল্লুনা "চৈতন্য"-দমক হায়রম্মী। স্তুতি-অর্থদা চৈতন্যগী অর্থদি—মহাক চৈতন্য-তা ওইবনী, মঙোন্দা চৈতন্য-বিরোধী ( চিদ্‌বিরোধী— চিৎ-নত্তবা ) অচেতন—চেতন-নত্তবা করিমত্তা য়াওদে; মহাক্তি চিদ্‌ঘনবিগ্রহনী, সচ্চিদানন্দঘন-নী। স্তুংদা লাক্লিবা ১২৯—১৪৩ পয়ার য়েংবিসী।

ভাবকগণ— নিন্দার্থদা, বিচারশক্তি-লৈতবা, পূক্চেল্‌-শোন্‌বা, ভাব-ত্তৌগন্‌বা (ভাব-প্রবণ) মীয়াম। মমাঙগী পয়ারগী নৈনরোন্দা ভাব-শব্দগী নিন্দার্থ য়েংবিসী।

স্তুতি-অর্থদা—চিন্তাশীল (রাখল-খল্‌হৈব) মীশিং ; রাধাকৃষ্ণগী খোঙ-থঙ্গান্‌গী ধ্যানদা মায় ওন্‌শন্‌বা অমসুং রাধাকৃষ্ণগী রূপ-গুণ-লীলানচিংবর্ নীঙশীঙহুনদা লৈবা মীশিং। রাধাকৃষ্ণ-পদাম্বুজধ্যানপ্রধান /২/৮/২৫৭॥ কৃষ্ণনামগুণলীলা প্রধান-স্মরণ। ২/৮/২৫৬॥

নাচাইয়া নিন্দার্থদা, তরলমতি (বুদ্ধি রাংপা) মূর্খশিংগী মপুক্চেল্‌ তয়াংবর্ হেন্‌গৎহন্দনা। স্তুতি-অর্থদা—প্রেমাবেশদা জগোই শাহন্দুনা।

মূল ১২৮

যেই তারে দেখে, সে-ই ঈশ্বর করি কহে।
ঐছে মোহনবিদ্যা - যে দেখে সে মোহে॥ ১২৮॥

### শব্দার্থ

যেই—কনাগুম্বা মীনা ; তারে—মহাকপু ( প্রভুব ) ; দেখে—উরে ; সেই—মহাক্তুমক্কা ; ঈশ্বর করি—ঈশ্বরনী হায়দুনা ; কহে—হায় ; ঐছে—অসিগুম্বা ; মোহনবিদ্যা—শুম্‌হৎনবা বিদ্যা, মায়া ; যে—কনাগুম্বা মীনা ; দেখে—উরে ; সে—মহাক ; মোহে—শুম্মী ;

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কনাগুম্বা মীনা মহাকপু ( প্রভুবু ) উবদা মহাক্কা মাবু ঈশ্বরনী হেক্তা হায়। অসিগুম্বা মীশুম্‌ মহৈনী মহাকী—মাবু উবা মী অদু হেক্ত শুম্‌হৎলী।

## মৈনরোল

মোহনবিদ্যা—নিন্দার্থদা মায়া, মীশুম্-বিদ্যা। স্তুতি অর্থদা—বিদ্যা ( মহৈ ) হায়বদি অবিদ্যা-নত্তবা শ্রীকৃষ্ণশক্তি ; মীপুম্নমক্পু শুম্হৎ-ঙম্বা শক্তি ; মসিদি শ্রীকৃষ্ণগী হ্লাদিনী শক্তিনী। অর্থসিমা খঙহনবদি অসিনী মহুদি—নখোয়না উরিবা সন্ন্যাসীদো স্বয়ংভগবান্নী ; মহাক্কী হ্লাদিনী শক্তিনা মী পূম্নমক শুম্হৎলী। অদুগা অমুক মহাপ্রভুগী ভক্ত-ভাব লৌরগদি অসিগুম্বা অর্থ ওইবা য়াই :—মানা খূৎলাই ওইরগা খঙবা হায়বদু ওই, অদুগুম্বা মাবু বিদ্যা কৌয়ি; কৃষ্ণভক্তিনা খূৎলাই ওইরগা কৃষ্ণবু খঙবা য়াই। জগৎকী থোরকৃফম্ মরু ওইরিবা কৃষ্ণবু খঙলগদি খঙদবা হায়বা লৈতরে। "যেনাশ্রুতং শ্রুতং ভবত্যমতং মতমবিজ্ঞাতং বিজ্ঞাতমিতি। ছান্দোগ্য /৬/১/৩॥" কৃষ্ণভক্তিনা বিদ্যা অথোইবনী। "কৃষ্ণভক্তি বিনু বিদ্যা নাহি আর—কৃষ্ণভক্তি নত্তবা বিদ্যা অতৈমা লৈতরে। ২/৮/২৪৯॥ কৃষ্ণভক্তিগী মশক ওইবা বিদ্যা-লন্ অসি ভক্তভাব-লৈবা মহাপ্রভুগীদি কয়া য়াম্না লৈরম্বগে হায়ববু মহাক্না ভক্তিগী ইচাও অমা থোকৃহন্খি মহুদা। মায়ানা শুম্নবা জগৎকী মায়ামোহ ( ময়ানা পঙথবা ) হায়বদুবু তাওথোক্-হন্দুনা মীপুম্নমক্পু শ্রীকৃষ্ণভক্তিনা শুম্নগা থম্বা ঙম্মী—মরমসিনা হায়রিবনী মহাক্কী মোহনবিদ্যা ( শুম্নঙাই মহৈ )।

যেই তারে দেখে-নচিংবা—নিন্দার্থদা, বুদ্ধি রাংপা মুর্খ ভাবক-শিংনা মহাকপু উবামক্তদা মহাক্কী মোহিনী বিদ্যান শুম্খিদুনা প্রচার তৌয়ি—মহাক ঈশ্বরনী (ঈশ্বর করি কহে)। স্তুতি অর্থদা, মহাকপু (শ্রীকৃষ্ণ-চৈতন্যবু) হেক উবদা উরুবা মীত্তদা মহাক্কী কৃপা হাপ্পী অমসুং কৃপাদুগী মপান্না খুদক্তুদা মহাক্কী ( প্রভুগী ) স্বরূপ কৈনো হায়বদু খঙবী—মহাক ঈশ্বরনী হায়বসী খুদক্তুদা খঙবা ঙম্মী।

### মূল ১১৯

সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্য পণ্ডিত প্রবল।

শুনি—চৈতন্যের সঙ্গে হইল পাগল ॥ ১১৯ ॥

### শব্দার্থ

সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্য—সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যদু ; পণ্ডিত প্রবল—

মহাশক্তি-লৈবা পণ্ডিত-নী ; শুনি—নাকোঙনা তারে ; চৈতন্যের সঙ্গে—চৈতন্যগা সঙ্গ তৌবনা ; হইল—ওইরে ; পাগল—ভাওবা।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যদু মহাশক্তি-লৈবা পণ্ডিতনী, অদুবু চৈতন্যগা সঙ্গ তৌবদগী ভাওরে হায়না ইনাকোঙনা তায়।

## নৈনরোল

**প্রণিত প্রবল**—সার্ব্বভৌমগী শাস্ত্রজ্ঞান কয়ামুক হেন্না লৈবগে হায়ববু মহাক কনাগুম্বা অমত্তগী মোহিনী বিদ্যানা শুম্বা য়াগদবা মীতা নত্তে। নিন্দার্থদা—অসুক য়াম্না খঙবা পণ্ডিত অমা ওইন-ওইনমক চৈতন্যগী মোহিনী বিদ্যানা শুমখিবদগী মহাক চৈতন্যগুম্ ভাওবা হৌরে। স্তুতি অর্থদা—শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী কৃপা কয়ামুক শক্তি লৈরম্বগে হায়ববু সার্ব্বভৌম-গুম্বা অদ্বৈতবেদান্তদা মহাপণ্ডিত ওইবদুবু মায়াবাদ থাদোক্‌হল্লগা ভক্তি-মার্গদা চঙহন্‌খি অদুগা প্রেম-পাগল ওইহন্‌খি।

পাগল- নিন্দার্থদা, অক্ষ ফত্তগী মশক খঙনবা শক্তি চেন্দ্রবা ; অঙাওবা। স্তুতি-অর্থদা, প্রেমনা ভাওরবা, মী লৈ লৈতে খঙদ্রবা।

**মূল ১২০**

সন্ন্যাসী নামমাত্র—মহা-ইন্দ্রজালী।
কাশীপুরে না বিকাবে তার ভাবকালী ॥ ১২০ ॥

**শব্দার্থ**

সন্ন্যাসী—সন্ন্যাসী ; নামমাত্র—মমিংতা ওইবনী ; মহা-ইন্দ্রজালী মিত্রং-হৈবা অচৌবনী ; কাশীপুরে—কাশীনগরদা ; না বিকাবে—য়োন্‌বদা শীৎলোয় ; তার—মহাক্কী ; ভাবকালী—ভাবক ওইবগী মতৌ।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

মহাক্কো মমিংতা ওইবা সন্ন্যাসী-নী, তশেংবদি মহাক মিত্রং-হৈবা অমনী। কাশী নগরদদি মহাক্কী ভাবকালীদু য়োন্দুনা শীৎলোই।

## নৈনরোল

সন্ন্যাসী নামমাত্র—নিন্দার্থদা, ফিজেত্তদা ওইবা সন্ন্যাসী-নী; সন্ন্যাসীগী আচরণ করিমত্তা মঙোন্দা য়াওদে। তাৎতৌবা সন্ন্যাসী অমনী। স্তুতি-অর্থদা—সন্ন্যাসী বেশ শেৎলী হায়বতনী থাঙ্গৈশেংবদি মহাক স্বয়ং ভগবান্নী; জীবতত্ত্ব নত্তে; জীবতনা সংসারদগী নাম্লেন্নবা সাধন তৌবগী-দমক্তা সন্ন্যাস লৌবনী। মহাক্তি স্বয়ং ভগবান্ ওইবনীনা সংসারবন্ধন হায়বত্থু মাগীদি লৈতে; মরমত্থুনা সংসারদগী লাম্লেন্নবগীদমক সন্ন্যাস লৌবগী কান্নবা লৈতে।

মহাইন্দ্রজালী—নিন্দার্থদা, বাজিকর, মিত্রংবালা অমনী। স্তুতি-অর্থদা—ইন্দ্রশব্দগী অর্থদি পরমেশ্বর হায়বনী (শব্দকল্পদ্রুমদা য়াওবা বেদান্তবাক্য); মহা ইন্দ্র—মহা হায়বদি খ্বায়দগী থোইবা পরমেশ্বর; স্বয়ং ভগবান্। মহাইন্দ্রজাল—স্বয়ং ভগবান্গী ঐশ্বর্য্যানা জাল ওইদুনা প্রাকৃত ব্রহ্মাণ্ডদা অমসুং প্রাকৃত-নত্তবা ধামদা শন্দোক্লুনা লৈ। মহাইন্দ্রজালী—স্বয়ং ভগবান্গী ঐশ্বর্য্য-লৈবা মহাক; হায়বদি স্বয়ং ভগবান্ ঐশ্বর্য্যতরক্কী মপুঙনবা মনাংঙো স্বয়ং-ভগবান্ হায়বত্থুনী। শ্রুতিনসু ব্রহ্মবু হায়বদি ভগবানবু "জালবান্—ইন্দ্রজালী" কৌয়ি। "য একো জালবান্ ঈশত ঈশনীভিঃ। শ্বেতাশ্বতর ৩/১।"।

না বিক্রীবে—য়োন্নবা শীংহেন্ডই। নিন্দার্থদা—বাজীনা লৈদিবা মীশিংসী মহাক্কী মিত্রংদা শুপ্না য়াবা অমত য়াওদে। স্তুতি-অর্থদা—কাশীগী মী অসুম্না মায়াবাদী জাক্কনীনা শ্রীকৃষ্ণদা মায় ওন্নদে; মথোয়না শ্রীমন্ মহাপ্রভুনা প্রচার তৌরম্বা ভক্তিগা প্রেমগা লৌশন্নবা ঙম্লোই।

ভাবকালী—নিন্দার্থদা, বাজিকরগী থবক (মিত্রং)। স্তুতি অর্থদা—মমাঙদা স্তুতি অর্থদা ভাবক শব্দগী লৌখিবা অর্থ অমুগী ভাব। ভক্তি অমসুং প্রেম নত্রগা সাধন-অভিনিবেশ (সাধন-দা পুক্নিং চুম্বা); নত্রগা শ্রীকৃষ্ণগী কৃপা।

### মূল ১২১

বেদান্ত শ্রবণ কর, না যাইহ তার পাশ।
উচ্ছৃঙ্খল লোক-সঙ্গে দুইলোক নাশ॥ ১২১॥

## শব্দার্থ

বেদান্ত শ্রবণ—বেদান্ত নাকোঙমা তাবা ; কর—তৌ ; না যাইহ—চৎলুমু ; তার—মাগী ; পাশ—নাক্ ; উচ্ছৃঙ্খল—মনীঙ-তম্বা ; লোক সঙ্গে—মীগা লোয়নয়বদি ; দুইলোক—ইহলোক পরলোক অনী ; নাশ—মাঙবা ( ওই )।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মাগী মনাক্তা চৎলুমু—মতুগী শরুকপুদি বেদান্ত শ্রবণ তৌ। মনীঙ তম্বা মীগা সঙ্গ তৌরবদি ইহলোক পরলোক অনীমক মাঙগনী।

## নৈনরোল

বেদান্ত শ্রবণ—নাশ—নিন্দা অর্থদা, ভাবক সন্ন্যাসীগী মনাক্ চৎলুমু ; অসিদা ফমদুনা বেদান্ত শ্রবণ তৌ। স্তুতি-অর্থদা—নঙ্গদ্ বেদান্ত (বেদান্তগী শাঙ্করভাষ্য) শ্রবণ তৌবরা ? অদু ওইরবদি সন্ন্যাসীদুগী মনাক্তা চৎলুমু ; মরমদি, বেদান্তগী শাঙ্করভাষ্য শ্রবণ তৌদুনা নঙগী চিত্তদু শ্রীকৃষ্ণদগী মায়-ওন্থোকপা হায়রদু ওইরগদি সন্ন্যাসীসিনা প্রচার তৌরিবা ভক্তিগা প্রেমগগী রাবোল থঙবা ঙম্মোই ; পৌনা হায়রগনা, ভক্তিগা প্রেমগা পায়নবদি বেদান্তগী শাঙ্কর-ভাষ্য শ্রবণ তৌরনু।

উচ্ছৃঙ্খল—নিন্দার্থদা, মনীঙতম্বা ( স্বেচ্ছাচারী )। স্তুতি-অর্থদা, মনীঙ তৌনা চৎপা, অতোপ্পা কনামগী মখাপোন্দবা : স্বতন্ত্র ( মনীঙতম্বা ) ভগবান্গী ; মীখাপোনবা হায়বা য়োহ্লিং কোহেন্নোদগী ( শৃঙ্খল-দগী ) নাম্থোক্লবা মহাক্নী।

দুইলোক নাশ—নিন্দার্থদা, ইহকালগী চাওখৎপা মুংঙাইবা হায়বগী আশা মাঙডী, পরকালসু নাশ ফংলগনী। স্তুতি অর্থদা—নীংতম্বা ভগবান্গী নাক্তা লৈরগদি ইহকাল অমসুং পরকাল অনীগী ভোগ পাম্লোই, অদুগী মহুত্তা ভগবান্গী প্রেম-সেবা ফংগনী।

## মূল ১২২

এত শুনি সেই বিপ্র মহাদুঃখ পাইল।
'কৃষ্ণ কৃষ্ণ' কহি তথা হৈতে উঠি গেল ॥ ১২২ ॥

## শব্দার্থ

এত—অসিখক ; শুনি—নাকোঙনা তারগা ; সেই বিপ্র—ব্রাহ্মণ অদুনা ; মহাদুঃখ—য়াম্না নুংঙাইতবা ; পাইল—ফংখি ; কৃষ্ণকৃষ্ণ কহি—'কৃষ্ণকৃষ্ণ' শোল্লগা ; তথা হৈতে—মফমদুদগী ; উঠি—হৌগৎতুনা ; পেল—চৎখি।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রকাশানন্দগী ৱা খরদু মনাকোঙনা তারগা বিপ্রদু য়াম্না নুংঙাই-খিদে। কৃষ্ণ কৃষ্ণ হায়না শোল্লগা বিপ্রদুনা মফমদুদগী হৌগৎলগা চৎখি।

## নৈনরোল

প্রকাশানন্দনা হায়রম্বা ৱাহৈগী নিন্দা-ফোংবা অর্থদু দমক্ বিপ্রগী থম্মোইনা উখি ; মরমদুনা মহাক্না নুংঙাইরমদবনী। মাগী নুংঙাইতবসী প্রকাশানন্দবু উদ্ধার তৌগদৌরে হায়বা তাক্লবনী। বিপ্রদু প্রভুগী কৃপানা মহাভাগবত ওইরম্লে ; মরমদুনা প্রভুবু নিন্দা তৌবদু মনাকোঙনা তাদুনা মহাক নুংঙাইরমদবনী ; নুংঙাইতবদুনা প্রকাশানন্দবু উদ্ধার তৌহন্নীঙলম্মী ; তৌহন্নীঙবসিনা মরম ওইদুনা ভক্তনা নীঙবা থুংহন্গন্বা প্রভুনা মতূংদা প্রকাশানন্দদা প্রেমভক্তি পীখিখি। "মহৎকৃপা বিনা কোন কর্ম্মে ভক্তি নয়—ভক্তগী কৃপা নত্তনদি করিগুম্বা মরম্না ভক্তি ওক্তাদে" হায়বসী বিপ্রসিগী মতেংনা প্রভুনা উংখি, মসী উৎননবগীদমক্তা লীলা শক্তিনা বিপ্রগী চিত্তদা নিন্দাসূচক অর্থদু পোক্হন্খিবনী।

## মূল ১২৩

প্রভুর দর্শনে শুদ্ধ হৈয়াছে তার মন।
প্রভু আগে দুঃখী হৈয়া কহে বিবরণ॥ ১২৩॥

## শব্দার্থ

প্রভুর দর্শনে—প্রভুবু উবদা ; শুদ্ধ—অশেংবা ; হৈয়াছে—ওইরে ; তার—মহাক্কী (বিপ্রদুগী) ; মন—পুক্নীঙ ; প্রভু আগে—প্রভুগী মাঙদা ; দুঃখী—নুংঙাইতবা ; হৈয়া—ওইদুনা ; কহে—হায়খি ; বিবরণ—শুগাইবা ৱারোল।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুবু উরবদা বিপ্রগী মন অতু পুংশেং শেংখি (মায়াগী অমোৎপা কোক্‌খি)। অতুনা মহাক্না প্রভুগী মাংদা রারোল শুনা হঙ্‌ংখি।

নৈনরোল

মহাপ্রভুবু দর্শন তৌজবদা বিপ্রগী চিত্ততু শুদ্ধ ওইখিবা মরম্না মহাক প্রভুগী স্বরূপ করিনো হায়বতু খঙবা ঙমখি; মরমতুনা প্রকাশানন্দনা হায়খিবা রাতু নিন্দানী হায়না খন্দুনা মহাক্কী থরাইতু য়াম্না নুংঙাইখিরম্‌-দবনী। অতুনা মহাক্না রারোল শুনা প্রভুদা হঙ্‌ংখিবনী।

মূল ১২৪

শুনি মহাপ্রভু ঈষৎ হাসিয়া রহিলা।
পুনরপি সেই বিপ্র প্রভুরে পুছিলা— ॥ ১২৪ ॥

শব্দার্থ

শুনি—নাকোংনা তাবগা; মহাপ্রভু—মহাপ্রভুনা; ঈষৎ—হাই-ফেৎতং; হাসিয়া—নোক্লগা; রহিলা—লৈথোক্‌খি; পুনরপি—অমুক হন্না; সেই বিপ্র—বিপ্রতুনা; প্রভুরে—প্রভুদা; পুছিলা—হংলম্মী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(বিপ্রনা হন্নবা পাউতু) তাবগা মহাপ্রভুনা হাইফেৎতং নোক্লগা লৈথোক্‌খি। বিপ্রতুনা অমুক হন্না প্রভুদা হংলম্মী।

মূল ১২৫

তার আগে যবে আমি তোমার নাম লৈল।
সেহো তোমার নাম জানে—আপনি কহিল ॥ ১২৫ ॥

শব্দার্থ

তার—মহাক্কী (প্রকাশানন্দগী); আগে—মাংদা; যবে—মতমদা আমি—ঐনা; তোমার—নংগী (প্রভুগী); নাম—মিং; লৈল—পল্লম্মী; সেহো—মহাক্ন; তোমার নাম—নংগী মিং; জানে—খংঙী; আপনি—মছামক্না; কহিল—হায়রম্মী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( বিপ্রনা হায়রম্মী )—প্রভু । ঐনা মাখী ( প্রকাশানন্দগী ) মাওদা প্রভুগী মিং পল্লম্বা মতমদা মহাক্না প্রভুগী মিং খঙ্গী হায়না মহ্বামক্না হায়রম্মী ।

মূল ১২৬

তোমার দোষ কহিতে করে নামের উচ্চার ।
'চৈতন্য চৈতন্য' করি কহে তিনবার ॥ ১২৬ ॥

শব্দার্থ

তোমার—নহাক্কী ( প্রভুগী ) ; দোষ—অশোয়-অঙাম ; কহিতে—হায়গে হায়দুনা ; করে—তৌখি ; নামের উচ্চার—মিংগী উচ্চারণ ; চৈতন্য চৈতন্য করি—চৈতন্য চৈতন্য হায়দুনা ; কহে—পল্লী ; তিনবার—অহুম্নক ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( বিপ্রনা মখা তারম্মী )—প্রভুগী দোষ উৎকে হায়দুনা প্রভুগী মিং উচ্চারণ তৌরম্মী । 'চৈতন্য চৈতন্য' হায়না অহুম্নক পল্লী ।

মূল ১২৭

তিনবারে কৃষ্ণনাম না আইল তার মুখে ।
অবজ্ঞাতে নাম লয়, শুনি পাই দুঃখে ॥ ১২৭ ॥

শব্দার্থ

তিনবারে—হৌজ অহুম্নক্তা ; কৃষ্ণনাম—কৃষ্ণ হায়বা মিং ; না আইল—লাকৃখিদে ; তার—মহাক্কী ; মুখে—চীন্দা ; অবজ্ঞাতে—উশীৎ থৌওই-দবা য়াওনা ; নাম লয়—মিং পল্লী ; শুনি—নাকোঙনা তারগা ; পাই—ফংঙী ; দুঃখে—অরাবা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( বিপ্রনা মখা তারম্মী )—হৌজ অহুম্নকুমক্ মচীন্দা কৃষ্ণনাম থোক-খিদে । মিং পন্বা মতমদা উশীং-থৌওইদবা য়াওনা পল্লী ; মহ্ ইনাকোঙ-সিনা তাবদা মুংঙাইতে ।

## মূল ১২৮

ইহার কারণ মোরে কহ কৃপা করি।
তোমা দেখি মুখ মোর বোলে "কৃষ্ণ হরি" ॥ ১২৮ ॥

## শব্দার্থ

ইহার - মসিগী (প্রকাশানন্দগী মচীন্দা কৃষ্ণনাম থোরক্তবগী) : কারণ —মরম ; মোরে—ঐঙোন্দা ; কহ— হায়যু ; কৃপা করি—চানবিত্তনা ; তোমা—নঙবু (প্রভুবু) ; দেখি—উরগা ; মুখ—চীন্না ; মোর—ঐগী ; বোলে—হায় ; কৃষ্ণ হরি- কৃষ্ণ হরি হায়না।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(বিপ্রনা প্রভুদা হংলম্মী)—মসিগী (প্রকাশানন্দনা কৃষ্ণ হায়বা থোক্তবগী) মরমতু চানবিত্তনা ঐঙোন্দা তাকৃপিয়ু। ঐগী চীন্নদি নঙবু উরগা 'কৃষ্ণ হরি' হায়না শোল্লী।

## মূল ১২৯

প্রভু কহে— মায়াবাদী কৃষ্ণ-অপরাধী।
"ব্রহ্ম আত্ম চৈতন্য' কহে নিরবধি ॥ ১২৯ ॥

## শব্দার্থ

প্রভু কহে—প্রভুন হায় মায়াবাদী কৃষ্ণ-অপরাধী—মায়াবাদীদি কৃষ্ণগী মফমদা অপরাধ-তৌবনী ; ব্রহ্ম—ব্রহ্ম ; আত্ম—আত্মা ; চৈতন্য— চৈতন্য ; কহে—শোল্লী ; নিরবধি— মতম পুম্বদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা খুল্লম্মী— মায়াবাদী হায়বসিমক্তবু কৃষ্ণগী মফমদা অপরাধ তৌরবনী। মতম পুম্বদা 'ব্রহ্ম আত্মা চৈতন্য' মায়াবাদীনা শোনবনী।

## নৈনরোল

**কৃষ্ণ-অপরাধী—শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা অপরাধী ওই।** মায়াবাদীশিংবু শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা অপরাধী ওই হায়বগী মরমদি অসিনী— অহানবদনা,

মায়াবাদীশিংনা মায়াগী মথা পোন্‌বা জীববু মায়াগী মবুংঙো ঈশ্বরগা অমতনী হায়বদি খেন্নদে হায়না খল্লী ; মসী অপরাধগী থবক্নী ; অসুম তৌবসিদা শ্রীভগবান্‌গা জীবগা অনীগী সেব্য-সেবক ওইবগী ভাব অদু মাঙঙী, অদুগা জীবনা ভগবান্‌গী সেবা তৌবা ফংদরে। অসিগুম্বা মত প্রচার তৌদুনা মায়াবাদীশিংনা জীববু শ্রীকৃষ্ণগী মরমদা তৌগদবা মথৌ তৌহন্দে, মরমসিনা মায়াবাদীশিংসে কৃষ্ণ-অপরাধী ওইরিবনী। অনীশুব-দনা, মায়াবাদীশিংনা ঐশ্বর্য্য- ভরাক্লা থল্লবা অমসুং সচ্চিদানন্দ-বিগ্রহ ওইবা শ্রীভগবানবু নিরাকার-নী (শক্লাইদবনী) অমসুং নিঃশক্তিক-নী (শক্তি-লৈতবনী) হায়। অসুম তৌবসিনা শ্রীভগবান্‌গী মহিমাবু ময়েং তাহল্লী। অহুমশুবদনা, ঈশ্বরগী শ্রীবিগ্রহদি (হকচাঙদি) চিদানন্দগী শক্তম্নী, অদুগা মায়াবাদীশিংনা ভগবান্‌গী বিগ্রহসিবু সত্বগুণ-গী বিকার-নী (শক্-ওংনী) হায়না খল্লী ; সত্বগুণ হায়বসিদি প্রাকৃতনী জড়-নী ; মরমদুনা মায়াবাদী-শিংনা শুদ্ধ চিন্ময় ওইবা, প্রাকৃত-নত্তবা শ্রীবিগ্রহবু প্রাকৃত-নী জড় নী হায়। মসুম্না হায়বসী অপরাধগী মরম্নী, মসিদগী হেন্‌বা অপরাধগী মরম অতৈ অমা লৈত্রে।

কৃষ্ণ আত্মা-নচিংবা—মায়াবাদীশিংগী বেদান্তভাষ্যদা "ব্রহ্ম, আত্মা, চৈতন্য" হায়বা শব্দ অহুমসী তোয়না শীজন্নে ; শ্রীকৃষ্ণনচিংবা শব্দ শূক্শীন্-শীজন্নদে। মখোয় মশেল রারী শান্নবদসু শ্রীকৃষ্ণ-নচিংবা শব্দ তাবা ফংদে, ব্রহ্ম, আত্মা, চৈতন্য হায়বসিদমক শীজন্নবসু ঐখোয়না তাবা ফংঙী।

মূল ১৩০--১৩১

অতএব তার মুখে না আইসে 'কৃষ্ণনাম'।
কৃষ্ণনাম, কৃষ্ণস্বরূপ—দুইত সমান ॥ ১৩০ ॥
নাম, বিগ্রহ, স্বরূপ—তিন একরূপ।
তিনে ভেদ নাহি, তিন চিদানন্দ স্বরূপ ॥ ১৩১ ॥

শব্দার্থ

অতএব—মরমদুনা ; তার—মহাক্কী (প্রকাশানন্দগী) ; মুখে—চীন্দা ; না আইসে—লাক্তবনী ; কৃষ্ণনাম—কৃষ্ণ হায়বা মিং ; কৃষ্ণনাম—কৃষ্ণগী

মিংনে ; কৃষ্ণস্বরূপনে—কৃষ্ণগী স্বরূপনে ; দুই—অনী ; ত—লেপ্পমক ; সমান —মান্নৈ ; নাম—মিং ; বিগ্রহ—হকচাঙ ; স্বরূপ—মতৌনে ( স্বভাবনে ) ; তিন—অহুম ; একরূপ—অমতনী (খেন্নদে) ; তিনে—অহুমসিদা ; ভেদ—খেন্নবা ; নাহি—লৈতে ; তিন—অহুম ; চিদানন্দস্বরূপ—চিংকা আনন্দগা অনীগী স্বরূপ-নী ।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

মরমদুনা প্রকাশানন্দগী চীন্দা কৃষ্ণনাম থোক্তে । কৃষ্ণনামগা কৃষ্ণগী স্বরূপকা অনীসিমক মান্নৈ । শ্রীকৃষ্ণগী নাম, বিগ্রহ অমসুং স্বরূপ—অহুমসী অমতনী ; অহুমসিদা খেন্নবা লৈতে, অহুম্মক চিদানন্দস্বরূপ-নী ।

## নৈনরোল

অতএব—মরমদুনা । মায়াবাদী-দি কৃষ্ণগী মফমদা অপরাধী ওইবনী হায়দুনা মহাক্কী চীন্দা কৃষ্ণনাম থোরক্তে ; মরমদি কৃষ্ণনাম-নে, কৃষ্ণ-বিগ্রহনে অদুগা কৃষ্ণ মছামক্তে—পোৎলম অহুমসিদা খেন্নবা করিমত্তা লৈতে—অহুম্মক্তি অমতনী—অহুম্মক চিৎশক্তিনী অদুগা আনন্দশক্তিনী ; অহুম্মক্ লন্নাই-ফোংদোকুভস্বনী, অমসুং প্রাকৃত-ইন্দ্রিয়না লৌশনবা ঙম্বা নত্তে । শ্রীকৃষ্ণদা অপরাধী ওইবা মহাক্না শ্রীকৃষ্ণবু পেল্হনবা ঙমদে ; মরমদুনা শ্রীকৃষ্ণগী নাম, রূপ, গুণ, লীলানচিংবসু অপরাধীদুবু য়াবিদে । মরমদুনা অপরাধীগী মফমদা নাম বিগ্রহ অমসুং স্বরূপ-না আত্মপ্রকাশ তৌবিদে ।

## মূল ১৩২

দেহদেহীর নাম নামীর কৃষ্ণে নাহি ভেদ ।
জীবের ধর্ম্ম—নাম দেহ-স্বরূপবিভেদ ॥ ১৩২ ॥

## শব্দার্থ

( দেহ—হকচাঙ ; দেহী—হকচাঙগী মপু ) ; দেহদেহীর—হকচাঙগা হকচাঙগী মপুগগী ; নাম নামীর—নানগা নামগী মপুগগী ; কৃষ্ণে—কৃষ্ণদা ; নাহি—লৈতে ; ভেদ—খেন্নবা ; জীবের ধর্ম্ম—জীবগী ধর্ম্ম হায়বদি গুণ ; নাম-দেহ-স্বরূপবিভেদ—নাম-নে, দেহনে, স্বরূপ-নে খেন্নৈ ।

মেতেলোন্দা হন্দোকপা

দেহগা দেহীগা (দেহগী মপুগা) খেন্নবা হায়বহু অমস্তুং নামগা নামীগা (নামগী মপুগা) খেন্নবা হায়বহু শ্রীকৃষ্ণগীদি লৈতে ( হায়বদি অমতনী )। জীবগীদি নাম-নে দেহনে অদুগা মাগী স্বরূপ-নে অহুমসী অমগা অমগা খেন্নে ( হায়বদি অমতনী হায়বহু য়াদে )।

লৈনক্রোল

দেহ-দেহী—শ্রীকৃষ্ণগী দেহ হায়বদি বিগ্রহ অমস্তুং দেহী হায়বদি দেহগী মপু শ্রীকৃষ্ণ স্বয়ং। নাম-নামী—শ্রীকৃষ্ণগী নাম (মিং) অমস্তুং নামী শ্রীকৃষ্ণ স্বয়ং। কৃষ্ণে নাহি ভেদ—কৃষ্ণগী মরমদদি দেহগা দেহীগা, নামগা নামীগা খেন্নবহু লৈতে ; শ্রীকৃষ্ণগী বিগ্রহগা মাগী নামগা অমস্তুং স্বয়ং শ্রীকৃষ্ণগদা খেন্নবা করিমত্তা লৈতে ; মবমদি শ্রীকৃষ্ণগী নাম; বিগ্রহ অমস্তুং স্বরূপ অহুমসী চিদানন্দ স্বরূপনী—চিন্ময় অদুগা আনন্দময় ওাক্তনী। মসিনা শ্রীকৃষ্ণগী মরমদনী। তৌইগুম্বস্তুং জীবগী মবমদা ব'সী চংনদে ; জীবগী নাম, দেহ অমস্তুং স্বরূপ-তা খেন্নবা লৈ ; জীবগী নামগা দেহগদি প্রাকৃত-নী জড নী ; অদুগা জীবগী স্বরূপ-তি প্রাকৃত নত্তে চিন্ময়নী মরমদি স্বরূপ য়েংলগদি—জীবদি ভগবানগী চিৎকণ-অংশনী।

নাম-দেহ-স্বরূপ-বিভেদ— জীবগী নামগ দেহগদি মাগী স্বরূপকা খেন্নে। জীবগী নামগা দেহগা অনীমক প্রাকৃতনী জড়-ওইবা পোক্‌নী ; অদুগা মাগী স্বরূপতি চিন্ময় ওইবা পোৎনী।

জীবের ধর্ম্ম নচিংবা—নামগা দেহগা অনীসী জীবগী ধর্ম্মনী ; জীবগী স্বরূপ-না ধর্ম্মী অমস্তুং মাগী নামগা দেহগনা ধর্ম্মী-বিগী ধর্ম্মনী হায়বদি গুণ হায়বহুনী। মরমদি, কর্ম্মফলগী মতুং ইন্না নাম অমস্তুং দেহ লৌরগা জীবনা ( দেহ-না জাতিগী হিসাব-তা—মীওইবা, শা, উচেক, উ-রা-নচিংবগী মওংদা অমস্তুং নাম না দেহগী মতুং ইনবা জাতিগী মরক্তা ব্যক্তিবিশেষ হায়বদি থোইদোকপা মীশক অমা ওইনা শকুখঙনৈ।

মূল ১৩৩

নাম চিন্তামণিঃ কৃষ্ণশ্চৈতন্যরস-বিগ্রহঃ।
পূর্ণঃশুদ্ধো নিত্যমুক্তোঽভিন্নত্বান্নামনামিনোঃ ॥ ১৩৩ ॥

## শব্দার্থ

নাম—মিং ; চিন্তামণি—চিন্তামণি ওইবা ; কৃষ্ণঃ—শ্রীকৃষ্ণদি ; চৈতন্য-রসসংগ্রহঃ—চৈতন্যরসবিগ্রহ-নী ; পূর্ণঃ—মপুঙফাবনী ; শুদ্ধঃ—মায়াগী মনম্ চঙদবা ; নিত্য—মতমপুম্বদা ; মুক্তঃ—লাম্থোক্লবনী ; অভিন্নত্বাৎ—খেন্নদবনা ; নাম-নামিনোঃ—নামগা নামীগা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নামগা নামীগগী খেন্নবদু নৈত্তবনা শ্রীকৃষ্ণনামদি শ্রীকৃষ্ণগুম্না চৈতন্য-রসবিগ্রহনী, শক্তি পূম্বনা থন্‌বনী, মায়াগন্ধ-চঙদবনী, নিত্যমুক্তনী, চিন্তা-মণিগুম্না অনীঙবা পূম্বা-পীবনী।

## নৈনরোল

শ্লোকপী হরিভক্তিবিলাসদা য়াওবা বিষ্ণুধর্ম্মোত্তর বচন-নী (১১/২৬৯),—ভক্তিরসামৃত সিন্ধুদা য়াওবা ( ১/২/১০৮ ) পদ্মপুরাণগী বচন অমনী।

চিন্তামণিঃ—অনীঙ-অনীঙবা পীঙম্বা মণি মথল অমনী ; মণিসিনা মীগী অনীঙবা-পুম্নমক পীবা ঙম্বগুম শ্রীকৃষ্ণসু ঙম্মী। মরম্‌দুনা শ্রীকৃষ্ণবু চিন্তামণি কৌরিবনী। স্বয়ংরূপ শ্রীকৃষ্ণগা শ্রীকৃষ্ণগী নামগা অনীদা খেন্নবা অমতা নৈত্তবগুম, শ্রীকৃষ্ণনামসু চিন্তামণিগুম্না অনীঙ অনীঙবদু পীবা ঙম্মী। শ্রীকৃষ্ণগী স্বরূপ করিনো ? মদু চৈতন্যবিগ্রহঃ-নী—শ্রীকৃষ্ণদি চৈতন্য-স্বরূপ-নী হায়বদি চিৎস্বরূপ-নী, মঙোন্দা জড় ওইবগী হায়বদি মায়াগী মমি-ক্ষাওবা য়াওদে, চিৎ-ঙাক্তনী ; চৈতন্য (হায়বদি চিৎ) অসি রস-স্বরূপ-সুনী ; অঙক-ফংনা আস্বাদ্য (হাউনঙাই ওইবা) ওইবা পোৎ অদু রস-নী ; তায়রিবা চৈতন্যবস্তুসিসু অঙক ফংনা আস্বাদ্য-নী—মরমদুনা রস-শব্দনা আনন্দ ( নুংঙাইবা ) থঙহল্লী : আনন্দসিমক অঙক-ফংনা আস্বাদ্য ( হাউনঙাই ) ওই। অদু ওইরবোইদি চৈতন্যরসনা ওইরিবদি—চিদানন্দ হায়বদি জড় নত্রগা প্রাকৃত আনন্দগা শম্নদবা প্রাকৃত-নত্তবা চিন্ময় আনন্দ অমনী। আনন্দসিগী বিগ্রহ হায়বদি মূর্ত্তিদু চৈতন্যরসবিগ্রহনী—চিদানন্দবিগ্রহনী, আনন্দঘনমূর্ত্তিনী ( আনন্দ ঙাক্তনা গঙ-গঙ লাওবা মূর্ত্তিনী )। শ্রীকৃষ্ণদুমক চিদানন্দবিগ্রহনী, মূর্ত্তি লৌবা চিদানন্দনী অমসুং শ্রীকৃষ্ণগা শ্রীকৃষ্ণনামগা

করিমতা খেন্নদবনীনা শ্রীকৃষ্ণনামসু চিদানন্দবিগ্রহনী, মূর্ত্তি-লৌরবা চিদানন্দনী। চন্দনগা শন্নবদগী মহাক্কী অঙ্গঙবা গুণহুনা হকচাঙ পুন্নমক ঈঙব-শুম শ্রীকৃষ্ণনামগা শন্নবদগীসু—শ্রীকৃষ্ণনামহুনা লৈয়েঙদা খোরকপদসু—হৃদি পুন্না আনন্দ ঙাক্তনা পুঙথন্ থল্লী, অমসুং আনন্দসী চিন্ময় আনন্দনী, আনন্দসিগী ময়াইনা নামকীর্ত্তন-তৌবা মীগী চিত্তনচিংবসু চিন্ময় ওইরকপা য়াই ( নামকীর্ত্তন-তৌবা মীহুগী অপরাধ লৈরগদি নামগী ফল অহু থুনা ফংদবা য়াই )। পূর্ণঃ—করিগুম্বা অরাংপা মচেৎ অমত্তা য়াওদবমখৈ মপুঙ-ফাবা। শুদ্ধঃ—মায়ানা শোক্তবা। নিত্যমুক্তঃ—শ্রীকৃষ্ণদি মায়াগী-মবুংঙোনী মরমহুনা অনাদিকালদগী মায়াগী রাংমদা লৈরিবনী অহুগা লোই-খন্না নাইদবা মতমগীদমক লৈগদৌরিবনী। তশেংবমক সচ্চিদানন্দরসনচিংবগী মশক ওইবা অমত্তা ঙায়বা তত্ত্ব শ্রীকৃষ্ণমে অমসুং শ্রীকৃষ্ণনামনে—রূপ অনীসিদা অনাদিকালদগী ওইহুনা অহুম লৈরিবনী।

নামগা নামীগা অনীসী খেন্নদে হায়বগী মরমদা শ্রুতি প্রমাণ-দি ১/১৭/২৩ পয়ারগী টিকা য়েংবিয়ু।

## মূল ১৩৪

অতএব কৃষ্ণের নাম দেহ-বিলাস।

প্রাকৃতেন্দ্রিয়গ্রাহ্য নহে, হয় স্বপ্রকাশ ॥ ১৩৪ ॥

### শব্দার্থ

অতএব—মরমহুনা; কৃষ্ণের—শ্রীকৃষ্ণগী; নাম—মিং; দেহ—হকচাঙ; বিলাস—লীলা; প্রাকৃত-ইন্দ্রিয়গ্রাহ্য—প্রাকৃত ইন্দ্রিয়শিংনা লৌবা ঙম্বা; নহে—নত্তে; হয়—ওই; স্বপ্রকাশ—মথন্তনা ফোঙবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মরমহুনা শ্রীকৃষ্ণগী নাম, দেহ অমসুং লীলাদি প্রাকৃত ইন্দ্রিয়শিংনা লৌবা ঙম্বা পোৎ নত্তে; মথন্ মথন্তনা ফোংজবা ঙাক্লী।

## নৈনরোল

শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা অপরাধী ওইবা মীতাগী রাদি লাপ্না থম্লহুনা,

মায়াবাদীশিংগী মতৌগুম্না শ্রীকৃষ্ণদা অপরাধী ওইদবা মীশিংসু প্রাকৃত-ইন্দ্রিয়গী পাম্বৈনদি শ্রীকৃষ্ণনামনচিংবা লৌবা ঙমদে ; মরমদি, নাম-নচিংবসে চিন্ময় স্বপ্রকাশ ওইবা পোৎনী ; অদুগা লৈয়েংনচিংবদি প্রাকৃত-নী । শ্রীকৃষ্ণনাম-নচিংবা লৌনীঙথংলবদদা মাম-নচিংবত্থনা চান্বিরক্নুনা মছা মছানা লৈয়েংনচিংবদা ফোঙ ফোঙজরক্নি ; সাধক অমা ওইরফাওবদা প্রকাশানন্দনা নাম-নচিংবা লৌনীঙদবসিদগী থঙবদি মহাক কৃষ্ণবিদ্বেষী য়াম্না চাউবা অমনী হায়বসিনী । মসিগী প্রমাণদি মূল পয়ার ১৩৪-১৩৫সিনী ।

অতএব—কৃষ্ণগী নাম, দেহ, স্বরূপ-নচিংবসী প্রাকৃত-নত্তবা চিন্ময় ঙাক্কনী হায়বা মরমসিনা ।

প্রাকৃতেন্দ্রিয়গ্রাহ্য নহে—জীবগী প্রাকৃত-লৈয়েঙদা শ্রীকৃষ্ণনাম হায়দোকপা য়াদে, অদুগা শ্রীকৃষ্ণলীলা গুণ-কীর্ত্তন তৌবা য়াদে ; প্রাকৃত ওইবা মীৎনা মাগী রূপ দর্শন তৌবা ফংদে ; প্রাকৃত ওইবা নাকোঙনা মহাক্কী নাম, গুণ-লীলা শ্রবণ তৌবা য়াদে । প্রাকৃত-নত্তবা পোৎপু প্রাকৃত ওইবা ইন্দ্রিয়না উপলব্ধি ( ফংবা ) তৌবা য়াদে । য়ারম্বা থোক্লবদি মতম পূম্বদা মফম পূম্বদা ঐথোয়না ভগবান্গী দর্শন ফংলমগদোবনী ; মরমদি মহাক্তি মতম পূম্বদা মফম পূম্বদা লৈরিবনী ।

স্বপ্রকাশ—অতোপ্পা পোৎ অমনা ফোঙদোকপা ঙমদবা, মছা মথন্তনা মথন্তবু ফোঙদোক্পা, অদুগুম্বা মহাকপু স্বপ্রকাশ ওইবা পোৎ কৌয়ি । প্রাকৃত জগৎতা প্রাকৃত ওইবা পোৎকা চাংদম্নবদা, নুমীৎসে ( সূর্য্যসে ) স্বপ্রকাশ-নী—মরমদি, নুমীৎনা মথন্তনা থোরক্লপা জীবনা মাবু উবা ফংঙী ; সূর্য্য মছানা উহন্দ্রবদি, মছানা মছাবু ফোঙদোক্লবদি কনা-মতনা মহাকপু উবা ফংলোই ।

মূল ১৩৫

কৃষ্ণনান কৃষ্ণগুণ কৃষ্ণলীলাবৃন্দ ।

কৃষ্ণের স্বরূপ-সম সব চিদানন্দ ॥ ১৩৫ ॥

শব্দার্থ

কৃষ্ণনাম—কৃষ্ণগী মিং ; কৃষ্ণগুণ—শ্রীকৃষ্ণগী গুণ ; কৃষ্ণলীলাবৃন্দ—

শ্রীকৃষ্ণগী লীলা পুম্নমক ; কৃষ্ণের—শ্রীকৃষ্ণগী ; স্বরূপ-সব—স্বরূপকা মান্নলা ; সব—লোইনমক ; চিদানন্দ—চিৎ অমদি আনন্দ ওাক্নী ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণগী মিংনে, শ্রীকৃষ্ণগী গুণশিংনে অদুগা শ্রীকৃষ্ণগী লীলাপুম্বনে—লোইনমক শ্রীকৃষ্ণগী স্বরূপকা মান্নলা চিন্ময়-নী অমসুং আনন্দময়-নী ।

## নৈনরোল

শ্রীকৃষ্ণগী নাম, রূপ, লীলা, গুণচিংবসু শ্রীকৃষ্ণগী স্বরূপকুম্না স্বপ্রকাশ-নী ; নাম-না কৃপা তৌদুনা লৈয়েংদা থোরকৃপা মতম্দদা জীবনা নাম শোন্বা ঙম্মী । শ্রীকৃষ্ণগী রূপ অদুনা কৃপা তৌবিদুনা মহাবু প্রকাশ তৌবিরকপা মতমদা জীবনা মহাকপু উবা ফংঙী । শ্রীকৃষ্ণগী লীলা-না কৃপা তৌবিদুনা মরম্নাই ফোঙদোঙচরকৃপা মতমদা জীবনা লীলাদুবু উবা ফংজে ; শ্রীকৃষ্ণগী গুণ-সু কৃপা তৌবিদুনা মরম্নাই ফোংদোকচরকৃপা মতম্দুদা জীবনা অনুভব তৌবা ঙম্জে । শ্রীকৃষ্ণগী নাম, রূপ, গুণ অমসুং লীলা-লোইনমক শ্রীকৃষ্ণগী স্বরূপ-কুম্না স্বপ্রকাশ-নী অমসুং চিদানন্দময়-নী ।

## মূল ১৩৬

অতঃ শ্রীকৃষ্ণনামাদি ন ভবেদ্ গ্রাহ্যমিন্দ্রিয়ৈঃ ।
সেবোন্মুখে হি জিহ্বাদৌ স্বয়মেব স্ফুরত্যদঃ ॥ ১৩৬ ॥

## শব্দার্থ

অতঃ—মরমদুনা (নামগা নামীগা খেন্নদবা মরম্না) ; শ্রীকৃষ্ণনামাদি—শ্রীকৃষ্ণগী মিংনচিংবা (শ্রীকৃষ্ণগী নামরূপ, গুণ, লীলা) ; ন ভবেৎ—ঙইদে ; গ্রাহ্যম্—লৌবা য়াবা ; ইন্দ্রিয়ৈঃ—ইন্দ্রিয়শিংনা ; সেবা-উন্মুখে—সেবাগী-দমক খৌরাংলবদা ; হি—লেপ্নমক ; জিহ্বাদৌ—লৈয়েংনচিংবদা ; স্বয়ম্ এব—মহামক্না ; স্ফুরতি—থোরকৃয়ি, ফোং ফাওরকৃয়ি ; অদঃ—মসী (শ্রীকৃষ্ণগী নাম-নচিংবসী) ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(নামগা নামীগা খেন্নদবা মরম্না সচ্চিদানন্দগী মশক ঙইবা) শ্রীকৃষ্ণগী

নাম-নচিংথা ( নাম, রূপ, লীলা, গুণচিংবা ) প্রাকৃত ইন্দ্রিয়শিংনা লৌবা-য়াবা নত্তে। লৈয়েংমেচিংবা ইন্দ্রিয়শিংনা শ্রীকৃষ্ণ-নামনচিংববু লৌনীঙললবদদা লৈয়েং-নচিংবহূদা নাম-নচিংবনা মরম্মাই ওইনা থোরক্লি ( মরমদি শ্রীকৃষ্ণগুম্মা নাম-নচিংবহু লম্নাই-কোঙবা পোত্তানী )।

## নৈনরোল

শ্লোকসী ভক্তিরসামৃতসিন্ধুগী পূর্ব্ববিভাগদা সাধনভক্তি-লহরীদা য়াওবনী ( ১০৯ )।

অতঃ—মরমহূনা। ভক্তিরসামৃতসিন্ধুদা নৈনম্লিবা শ্লোকসিগী মমাঙ হেক থংবা শ্লোক অহূদি "নাম চিন্তামণিঃ কৃষ্ণঃ"-নচিংবা হায়বসিনী ; শ্লোকসিদা হায়ম্লিবদি—নাম-গা নামী-গা করিমত্তা থেম্নদে—হায়বসিনী ; মরম অসিনা শ্রীকৃষ্ণগুম্মা শ্রীকৃষ্ণনামসু সচ্চিদানন্দবিগ্রহনী ; সচ্চিদানন্দময় ওইবা পোৎতি ইন্দ্রিয়না লৌবা য়াবা নত্তে, স্বপ্রকাশ ওইগদবনী ; মরম-সিনা হায়ম্লিবা শ্লোকসিগী মর্ম্ম উবগা হায়ব্রি মহূদি—অতঃ-মরমহূনা শ্রীকৃষ্ণনাম-নচিংবদি সচ্চিদানন্দময় ওইবনা প্রাকৃত-ইন্দ্রিয়না লৌবা য়াবা পোত্তা নত্তে : জীবগী প্রাকৃত লৈয়েংনা জীবনা মরম্মাই হোৎনরগা শ্রীকৃষ্ণ-নাম লৌবা ঙমদে, প্রাকৃত ওইবা মীৎনা মরম্মাই হোৎনরগা জীবনা শ্রীকৃষ্ণগী রূপ নত্রগা লীলানচিংবা উবা ঙমদে ; প্রাকৃত চিত্তদা শ্রীকৃষ্ণগী গুণচিংবহূ অনুভব তৌবা ঙমদে। অহু ওইরবদি জীবনা মতৌকরম্না শ্রীকৃষ্ণগী নাম-নচিংবা কীর্ত্তন তৌগনী ? কীর্ত্তন করম্না তৌবা ঙম্মগনী হায়বহূ হায়ব্রি—সেবোন্মুখে হি জিহ্বাদৌ—জীবগী লৈয়েংনচিংবা ইন্দ্রিয়শিংনা সেবা তৌবা ( নাম-শোন্নবনচিংবা তৌবা ) পাম্লবদি নাম-নচিংবনা কৃপা তৌবিহূনা মরম্মাই ওইনা লৈয়েংদা থোরক্লি ; করমহূনা নামকীর্ত্তন তৌনীঙললবদি অহূগা নামকীর্ত্তন তৌননবা হায়মহূনা পূক্নীঙগা লৈয়েংগনবু হোৎনহল্লবদি নাম-না কৃপা তৌবিহূনা মাগী লৈয়েংহূদা থোক্পীরকনী অমসুং লৈয়েংহূবু নামকীর্ত্তন তৌবগী মতীক্ চাহন্‌বিগনী। রূপগুণ-লীলানচিংবগী মতাঙদসু ইন্দ্রি ইন্দ্রিহূগী হায়ম্লিবা কীতম্সী ওইগনী। সেবোন্মুখ জীবনা মীওইবগী দেহ-নত্তবা অতোপ্পা দেহদা লৈরবসু মহাকী লৈয়েংনচিংবদা শ্রীকৃষ্ণনাম থোরক্লি হায়বসিগী প্রমাণ শ্রীমদ্‌ভাগবত্তা ফংঙী। শঙ্কীমচা অমদা আসক্ত

লৈখিবা মরম্না ভরত মহারাজনা শজীগী দেহ ফংখি ; শজীগী হকচাঙনা থাদোক্লম্‌দায় মতমদা মহাক্না "যজ্ঞায় ধর্ম্মপতয়ে বিধিনৈপুণায় যোগায় সাংখ্যশিরসে প্রকৃতীশ্বরায়। নারায়ণায় হরয়ে নমঃ"—নচিংবসী হায়দুনা স্তব তৌদুনা নোক্না নোক্না ভগবান্দা খুরুম্‌খি (ভা, ৫/১৪/৪৫)। কুন্তীনা লাকৃথুগ্রবা শামু অমনা হোংন-হোংননা মছাবু কন্‌বা ঙম্‌দ্রবদা অদুগা মপান্সল্‌মু পুঙলোই-লোইবগুম লোইশল্লক্রবা মতমদা লাইবকফবদগী মাগী পুক্নীঙদা শক্তি পুম্বগী মবুংঙো অদুগা পুম্নমকপু কন্‌বিঙম্বা ভগবান্‌গী না নীঙশীঙলকৃখি, অদুগা মগাকপু কন্‌বিনবা হায়দুনা ভগবান্‌দা স্তব তৌগে হায়না নীঙলকৃপদা "ওঁ নমো ভগবতে তস্মৈ"—নচিংবা স্তব-বাক্যসী মাগী লৈয়েংদা থোরকৃখি (ভা, ৮/৩/)। শ্রীমন্মহাপ্রভুনা ঝারিখণ্ড-গী লম্বীদা বৃন্দাবনগী মায়কৈ পাংলম্বা মতমদা মহাকী কৃপানা লম্‌দম্‌দুগী শামু কৈ-শঙমচিংবগী মচীন্দা কৃষ্ণনাম থোকৃখি (২/১৭/২৯—৩২)।

১৩৪—৩৫ পয়ারদা হায়বা রাগী প্রমাণী শ্লোক-সী।

মুল ১৩৭

ব্রহ্মানন্দ হৈতে পূর্ণানন্দ লীলারস।
ব্রহ্মজ্ঞানী আকর্ষিয়া করে আত্মবশ ॥ ১৩৭ ॥

শব্দার্থ

ব্রহ্মানন্দ—ব্রহ্মগী স্বরূপ অদু অনুভব তৌরগা ফংবা নুংঙাইবা (আনন্দ); হৈতে—দগী ; পূর্ণানন্দ—মপুঙফাবা নুংঙাইবা ; লীলারস—শ্রীকৃষ্ণ লীলাগী নুংঙাইবা (রস) ; ব্রহ্মজ্ঞানী—জ্ঞানমার্গগী সাধন ফল ওইনা ব্রহ্মবু অনুভূতি তৌবা মীবু ; আকর্ষিয়া—চিংদুনা ; করে—তৌই ; আত্মবশ—মছাগী মখা পোলহন্‌বা (হায়বদি লীলারসকী তুংইন্‌বা)।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রহ্মবু অনুভব তৌরগা নুংঙাইবদগী শ্রীকৃষ্ণগী লীলা আস্বাদন তৌরগা নুংঙাইবনা য়াম্না হেল্লী ; (মরমদি) লীলারসনা ব্রহ্মজ্ঞানীবু চিংলগা লীলা-রস মছাগী মখা পোল্‌হল্লী।

## নৈনরোল

অপরাধ অমতা লৈত্রবদি ব্রহ্মানন্দ-দা লুপ্লা মীশিংগী চিত্তত্ফাওবা শ্রীকৃষ্ণগী-নাম-রূপ-গুণ-লীলানচিংবনা চিংশল্লী হায়বসী মূল পয়ার ১৩৫ অমসুং ১৩৭-তা উৎলি ; ( হান্না পনখ্রবা বিপ্রগী মফমদগী, অতৈ ময়ামগী চীন্দসু কৃষ্ণনাম মনাকোঙনা তানা তানা ) প্রকাশানন্দগী চিত্তবু শ্রীকৃষ্ণগী নাম-নচিংবনা চিংশনবা ওয়মদে—মরমদুনা অমুক্ত ফাওবা চীন্দগী কৃষ্ণনাম শোনবা তাদবসিনা তাক্পদি মহাক শ্রীকৃষ্ণদা অপরাধী ওইরে হায়বসিনী; নত্রগদি মী অমগী মচীন্দগী কৃষ্ণনাম হেক তারগা কৃষ্ণনামদুনা মাবু চিংখি-দুনা মহাক কৃষ্ণনাম শোনগদবনী। তশেংবদি শ্রীকৃষ্ণদা অপরাধী ওইবা মাদি ব্রহ্মানন্দ অত্থফাওবা ফংকম থোক্তে ; মরমদি ভক্তিগী কৃপা নত্তনা নির্ভেদ-ব্রহ্মচিন্তা ( ব্রহ্মগা জীবগা অমতনী হায়বা রাখল ) মথন্তনা মরম্নাই ফল-পীবা ঙমদে ; শ্রীকৃষ্ণদা অপরাধ লৈরবা মহাকপু ভক্তিনা কৃপা তৌবিদে, মরমদি ভক্তিদি শ্রীকৃষ্ণগী থোইদোকৃপা শক্তি অমনী।

পয়ারসিগী প্রমাণ ওইনা মথাদা শ্রীভাগবতমদগী শ্লোক অমা লৌখৎলী।

### মূল ১৩৮

স্বসুখনিভৃতচেতাস্তদ্ব্যুদস্তান্যভাবো-
হপ্যজিতরুচিরলীলাকৃষ্টসারস্তদীয়ং।
ব্যতনুত কৃপয়া যস্তত্ত্বদীপং পুরাণং
তমখিলবৃজিনঘ্নং ব্যাসসূনুং নতোঽস্মি ॥ ১৩৮ ॥

### শব্দার্থ

স্বসুখনিভৃতচেতাঃ—মহাগী নুংঙাইবনা ( ব্রহ্মানন্দনা ) থল্লবা পুক্নীং অত্থনা মাগী ওইবা মহাক, তদ্ব্যুদস্তান্যভাবঃ—মরমদুনা অতোপ্পা রাখল্-লৈত্রবা ; অপি—সু ; অজিত-রুচিরলীলাকৃষ্টসারঃ—কনামতনা জয় তৌঙমদবা শ্রীকৃষ্ণগী পুক্নীঙথুনঙাই লীলানা চিংখ্রবা চিত্তনা মাগী ওইবা অত্থগুম্বা মহাক ; তদীয়ং—মাগী ( শ্রীকৃষ্ণগী ) বিষয় ওইবা ; ব্যতনুত—কোঙদোকখি ; কৃপয়া—চানবিদুনা ; যঃ—মহাক ; তত্ত্বদীপং—তত্ত্বগী মরমদা মৈরা ওইবা ( শ্রীকৃষ্ণগী মরম ওইবা ) ; পুরাণং—পুরাণ ; তম্—

মহু ; অখিলবৃজিনম্নং—পাপ পুম্ববু মাঙহন্‌বা ; ব্যাসস্থনুং—ব্যাসকী মচা-মপাবু ; নতঃ অস্মি—খুরুম্‌জরি ;

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মাগী চিত্তহু ব্রহ্মানন্দনা থল্লবা, মরমহুনা অতোপ্পা রাথল-লৈত্রবা ওইরবস্থ, অজিত শ্রীকৃষ্ণগী পুক্নীঙ-হুবা লীলানা মপুক্নীঙহু চিংথ্রবনা মহাক্না কৃপা তৌবিহুনা শ্রীকৃষ্ণতত্ত্ব-কোঙবা শ্রীকৃষ্ণবিষয়গী ওইবা শ্রীমদ্ভাগবত-পুরাণবু মরামগী মকমদা শন্দোকৃখিবা, পাপ পুম্ববু মাঙহন্ হুম্বা ব্যাসকী মপাম্নি শ্রীশুকদেববু খুরুম্‌জরি ।

## নৈনরোল

### শ্লোক অসী শ্রীসূতনা হায়খিবনী ।

স্বসুখনিভৃতচেতাঃ—স্বসুখ ( ব্রহ্মানন্দনা ) নিভৃত ( পাথোকৃপমথৈ থল্লবা ) চেতঃ-না মহাক্কী ওইবা, মহাক ব্রহ্মানন্দদা লুপ্পা মরম্না মহাক্কী চিত্তহু ব্রহ্মানন্দনা থল্লম্মী অমস্থং তদ্ব্যুদস্তান্যভাবঃ—মরমহুনা ( ব্রহ্মা-নন্দনা মাগী চিত্তহু থল্লম্মী হায়হুনা ) ব্যুদস্ত ( লাপ্পা লৈথ্রবা ) অতোপ্পা মফমদা ( অতোপ্পা বিষয়দা ) ভাব ( পুকচেল ) মহাক্কী : ব্রহ্মানন্দনা চিত্তহু থল্লম্মী হায়হুনা অতোপ্পা পোৎ পাম্বহু লৈত্রবা মরম্না অতোপ্পা বিষয়দা মপুক্নীঙ চঙলম্‌দে : মতৌ অম্মুম ওইন ওইনরুম্ অজিত-রুচির লীলাকৃষ্ট সারঃ—অজিত-কী (মায়থীহন্‌বা ঙমত্রবা শ্রীকৃষ্ণগী) রুচির—(পুক্নীঙহুবা) লীলানা চিংথ্রবা সার ( রস অনুভব তৌবা ঙম্বা নত্রগা ধৈর্য্য-অথাঙকন্‌বা ) মহাক্কী ; শ্রীকৃষ্ণগী লীলারস মাধুর্য্যনা হেন্‌বা মরম্না ব্রহ্মানন্দগী মাগী চিত্তবু নগ্‌হুনা চিংথোক্নগা লীলাগীরসদা লুপ্‌হল্লে অমস্থং লীলারসনা মতৌ অম্মুম্না চিংখিবা মহাক্না কৃপয়া— জগৎকী মীশিংবু কৃপা তৌবিহুনা, মচা-মকা মাম্নবা—অমদি-মথকৃথোংবা অমা লৈত্রবা মাধুর্য্যনা থল্লবা লীলারস-না চিংশন্‌খিবনা ব্রহ্মানন্দগী অনুভূতিবু থাদোকৃখিবা মহাক্না ( শ্রীশুক-না ) জগৎকী জীব পুম্নমকপু রসহুগী স্বরূপ থঙহন্‌গে হায়হুনা তত্ত্বদীপং— শ্রীকৃষ্ণগী লীলারসতত্ত্বগী মরমদা দীপ (মৈরা)— শ্রীকৃষ্ণ লীলারসতত্ত্ব-কোঙবা পুরাণং—শ্রীমদ্ভাগবত পুরাণবু ব্যতনুত—মীয়ামদা শন্দোকৃখি, অখিল-বৃজিনঘ্নং—অমঙল পুম্ববু মাঙহন্-ঙবা অহু, শ্রীমদ্ভাগবত প্রচার তৌরগা

জগৎকী অমঙ্গল পুম্নমক মাঙহন্নবগী হৌদোকপা মহাক, ব্যাসসূনুং—ব্যাসনা পোক্‌পা শ্রীশুকদেব অদুবু ঐনা ( শ্রীসূত-না ) খুরুম্‌জৈ।

নির্ভেদব্রহ্মানুসন্ধিৎসু ( ব্রহ্মগা অমত্তনী হায়না খিজন্নীঙবা ) জ্ঞানীনা ব্রহ্মানন্দ অনুভব তৌবদা সমাধি ফংঙী ; ফীভমত্তুদা মহাকী ইন্দ্রিয়শিংগী মথৌ লেপ্পী. ইন্দ্রিয়শিংনা করিমতা তৌদ্রে। ফীভমত্তুদা (মতাসিদা) লৈরবসু শ্রীশুকদেবগী চিত্তবৃত্তি শ্রীকৃষ্ণগী রুচিরলীলারসনা চিংলম্মী। শ্রীশুকদেবদি পোক্‌পদগী ব্রহ্মগী আনন্দদা ( মুংঙাইবদা ) লুপ্লম্মী, মী-তাদবা উমংদা ফম্নগা মহাক্না ব্রহ্মসমাধিদা লূপ্পী। মপাবুং ব্যাসদেবনা শুকদেবগী মনাক্তা মী থাজন্দুনা শ্রীমদ্‌ভাগবতম্‌দগী ভগবান্‌গী গুণ-তাক্‌পা শ্লোক খরা কীর্ত্তন তৌহল্লী। ভগবান্‌গী মগুণ তাক্‌পা রাহৈদুগী মতীক ময়াইনা শুকদেবগী চিত্তবু সমাধিদগী চিংথোক্লম্মী, ব্রহ্মসমাধি তোক্‌থোক্লগা ভগবান্‌গী গুণকথা তাননবগী উৎকণ্ঠা ( খৌরাংবা ) পোক্‌খি, তুংদা মহাক্না মপাবুং ব্যাসদেবগী মফমদা শ্রীমদ্‌ভাগবত মপুম্‌দো পুল্লপ ওইনা মহাও খঙজখি। হৌজিক হংবা য়াই—সমাধিদা লূপ্পগী ফীভমদা মহাকী ইন্দ্রিয়গী থবক পুম্নমক লেপ্পুনা লৈরবনী ; ব্যাসদেবনা নেক্‌পা মীদুনা উচ্চারণ তৌরম্বা ভগবান্‌গী গুণ-ফোঙবা শ্লোক অদু করম্না মহাক্কী নাকোঙনা তারম্লিবনো? পাউখুম—শ্রীশুকদেবগী চিত্তদি মক্তবা সত্ত্বগীনী ( শুদ্ধসত্ত্বাত্মিকানী ) ; নত্রগদি মহাক্না ব্রহ্মানন্দ অনুভব তৌরম্লোইদৌবনী। অদুগা ভগবান্‌গী রূপ শুদ্ধসত্ত্বাত্মিকানী, স্বপ্রকাশনী। কনাগুম্বা লাইবক-ফবা মী অমনা শক-শোল্লিবা ভগবদ্‌গুণচিংবদি মী পুম্নমক্কী নাকোঙদা চঙবা য়াই ; অদুমদি ওইরগা মায়ানা মোৎহল্লবা চিত্তগা লোয়ননা ভগবান্‌গী কথাদুগা শম্নবদি য়াদে। শুদ্ধসত্ত্বনা ঙাল্লবা চিত্তদদি শুদ্ধসত্ত্বাত্মিকা ওইবা ভগবদ্‌গুণগী কথাগা অদুম হেক্তা ওইশল্লে। শুকদেবগী নাকোঙ মখুল অদু হাংদুনা লৈরম্মী। ব্যাস-দেবনা নেক্লম্বা মীতা অদুন থীথরম্বা ভগবান্‌গী গুণ কথাদু শুকদেবগী নাকোঙদা চঙলগা মাগী মর্ম্ম (থম্মোইনুং) য়ৌখি, য়ৌরগা মহাকী শুদ্ধসত্ত্ব না ঙাল্লবা চিত্তদা পক্‌শন্নখি। পক্‌শন্নবত্থ য়াদনবা করিগুম্বা অথীঙবা (আবরণ) অমত্তা লৈরমদে। অসিগুম্বা আবরণ-দি মায়াবদ্ধ জীবগী চিত্তগী মায়ানা মোৎপা হায়বা আবরণদুনী। শুকদেবগী চিত্তদদি মত্তু লৈরমদে। অদুবু মাগী চিত্তদা আবরণ অমদি লৈরম্মী, মদুদি—জীবগা ব্রহ্মগা থেন্নদে হায়বগী

জ্ঞান (অভেদজ্ঞান) ; আবরণ অসিনা জীবগী স্বরূপকী ওইবা সেব্য-সেবক ভাব অদুবু কূপ্ছল্লম্মী। অদুবু আবরণ অসিনা শুদ্ধসত্বগী লম্বীদা অপন্-অরাক্ থোক্হন্বা ঙম্দে ; মরমদুনা শুকদেবগী শুদ্ধসত্বোজ্জ্বল ওইবা চিত্তগা শুদ্ধসত্বাত্মিকা ওইবা ভগবৎকথাগা শম্নবা য়ারিবনী। ভগবৎ কথাসিনা মরম্লাই ওইবা অচিন্ত্যশক্তিগী ময়াইনা শুকদেবগী জীব-ব্রহ্মগী অভেদজ্ঞানগী মশক-ওইবা আবরণ অদুবু তাম্থোক্লগা মহাক্কী চিত্তদা সেব্য-সেবক-ভাব পোক্হল্লগা সেবা-রসদা লৈহন্খি অদুগা ইথক-হৌরম্দবা আনন্দ সমুদ্রদুদা ইথক হৌহন্খি ; হৌহন্বা খুদক্তুমক্তদা মহাক ইথক-হৌরম্দবা ব্রহ্মানন্দ-সমুদ্রগী মফমদা ইথক ইপোম্নরিবা আনন্দ সমুদ্রগী— শীতলাক্-ঙম্দ্রবা মথল মথেনগী রস-সমুদ্রগী আ-লৈখাদা লূপ্তুনা লৈরম্মী। মসী মহাক্কী সমাধি-কায়বা নত্তে। আনন্দগী সমুদ্রদা লূপ্লম্মী, ভগবদ্গুণকথাগা মাগী চিত্তগা শম্নরবগী মতূঙদসু মহাক অদুম আনন্দ সমুদ্রদুদা লূপ্তুনা লৈরম্মী। খেন্নবা হায়ববু অসিনী মদুদি—হান্নবা আনন্দ সমুদ্রনা ইথক্হৌদবা ওইরম্মী অদুগা মতুঙদনা সমুদ্র অদু রাংনা-চাউনা হৌরবা ইথক্কী ওইরম্মী। অহান্বদনা; মহাক ইথক-হৌদবা সমুদ্রদা লেঙদবা অমা ওইনা লৈরম্মী, তুংদনা মহাক ইথক-হৌরবা আনন্দসমুদ্রদা অমূক লূপ অমূক ফাওগৎ তৌদুনা শাম্নথৎলকয়ি অদুগা অদুদা মহাক্না আনন্দ-বৈচিত্রী ( মুংঙাইবগী মথেল ) অনুভব তৌবা হৌখি, ইথক-হৌদবা আনন্দবু খিক্রবা তৌরম্দ্রে। মসিবু মহাক্কী সমাধি হায়-বদি ভক্তি-সমাধি হায়বদুনী। মসিদসু মহাক্কী ইন্দ্রিয়শিংনা আনন্দসমুদ্রদা লূপ্খিদুনা আনন্দদুদা তন্ময় ওইখিদুনা অতোপ্পা করিগুম্বা অমা খিননবা পাঙ্গল লৈরম্দ্রে। মরমদুনা হায়রিবনী—ভগবদ্গুণগী ময়াইনা শুকদেবগী সমাধি কায়বা হায়বদু ওইখিদে, মাগী সমাধিদু মথল তাতে প্পা অমগী ওইখি হায়বতনী। মাগী সমাধি-কায়বা হায়বদু ওইরম্লগদি অমূক হল্লা সমাধিদা লূপ্পনবা মহাক হোৎনরম্লসদৌবনী। নৈনরিবা শ্লোকসিগী টীকাদা শ্রীপাদবিশ্বনাথচক্রবর্ত্তীসু ইরম্মী—লীলারসোহয়ং তস্য ন সমাধিভঞ্জকঃ প্রত্যুহঃ ( বিঘ্নঃ ) ইতি ব্যাখ্যেয়ম্। তথাত্বে সতি তেন পুনরপি তাদৃশ-সমাধ্যর্থ-মেবাযতিষ্যত। অদুবু তুংদা মহাক্না ব্রহ্মানন্দ ফংগে হায়না করি-গুম্বা হোৎনবা অমতা তৌদদুনা ভগবদ্গুণচিংবগী রস-আস্বাদন তৌননবগী-হোৎনরম্মী অদুগা মদুগীদমক ব্যাসদেবগী নাক্তা শ্রীমদ্ভাগবত তম্খি।

লীলারসগী শক্তিনা কথামুক হেন্নথগে হায়বহু—ব্রহ্মজ্ঞানী কাওববু আকর্ষণ তৌবা ঙমী হায়বহুস্ম উৎপা ১৩৭ পয়ারগী প্রমান্নী নৈনরিবা শ্লোকসী।

মূল ১৩৯

ব্রহ্মানন্দ হৈতে পূর্ণানন্দ কৃষ্ণগুণ।

অতএব আকর্ষয়ে আত্মারামের মন ॥ ১৩৯ ॥

শব্দার্থ

ব্রহ্মানন্দ—ব্রহ্মবু অনুভব তৌরগা ফংবা নুংঙাইবা ; হৈতে—দগী ; পূর্ণানন্দ—মপুঙ ফাবা নুংঙাইবা ; কৃষ্ণগুণ—শ্রীকৃষ্ণগী গুণ্ণী ; অতএব—মরমতুনা ; আকর্ষয়ে—চিংভী ; আত্মারামের—ব্রহ্মদা নুংঙাইহৈবা মুনিগী ; মন—পূক্নীঙ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণগী গুণ অনুভব তৌরগা পোক্পা নুংঙাইবদুনা ব্রহ্মবু অনুভব তৌবদা ফংব নুংঙাইবগী য়াম্না হেল্লী। মরমতুনা শ্রীকৃষ্ণগী গুণ্না আত্মারাম (ব্রহ্মানন্দদা লুপ্ল) মুনিশিংগী মপূক্নীঙ ফাওদবু চিংশিল্লী।

মূল ১৪০

আত্মারামাশ্চ মুনয়ো নির্গ্রন্থা অপ্যুরুক্রমে।

কুর্ব্বন্ত্যহৈতুকীং ভক্তিমিত্থম্ভূতগুণো হরিঃ ॥ ১৪০ ॥

শব্দার্থনচিংবদি ২/৬/১৮২ মূল দা য়েংবিয়ু। শ্লোকসি মূল ১৩৯ পয়ারদা হায়রিবা রাগী প্রমাণী।

মূল ১৪১

ইঁহো সব রহু, কৃষ্ণচরণসম্বন্ধে।

আত্মারামের মন হরে তুলসীর গন্ধে ॥ ১৪১ ॥

শব্দার্থ

ইহো—মসী ; সব—পুম্বদি ; রহু—লৈখিসনু ; কৃষ্ণচরণ সম্বন্ধে—

শ্রীকৃষ্ণগী চরণগা শম্নবদগী ; আত্মারামের মন—আত্মারাম মুনিশিংগী পুক্নীংবু ; হরে—হূঞ্জে ; তুলসীর গন্ধে—তুলসীগী মণম্না।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অসী পুম্নমক্তি (শ্রীকৃষ্ণলীলা অমদি শ্রীকৃষ্ণগুণগী রাসিদি) লৈখিসনু ; শ্রীকৃষ্ণগী চরণগা শম্নরুবা তুলসীগী মণম্নফাওবা আত্মারামশিংগী পুক্নীং হূঞ্জৈ।

নৈনরোল

মসীদা হায়রিবসিগী প্রমাণ ওইনা মথাদা শ্লোক অমা লৌখৎলী।

শ্লোক ১৪২

তস্যারবিন্দনয়নস্য পদারবিন্দ-
কিঞ্জল্কমিশ্রতুলসীমকরন্দবায়ুঃ।
অন্তর্গতঃ স্ববিবরেণ চকার তেষাং
সংক্ষোভমক্ষরজুষামপি চিত্ততন্বোঃ॥ ১৪২ ॥

শব্দার্থ

তস্য—মহাক্কী (ভগবানগী) অরবিন্দনয়নস্য—থম্বালগী মশক ওইবা মীত্তা পাল্লিবগী ; পদারবিন্দ—খোঙ থম্বালগী ; কিঞ্জল্ক—কেশরগা (লৈরিক্কা) ; মিশ্র—তিন্নরবা ; তুলসী মকরন্দবায়ু—তুলসীগী মণম পুবা নুংশীং ; অন্তর্গত—মনুংদা চংলবা ; স্ববিবরেণ—নাখুন্দা ; চকার—পোকৃহন্খি ; তেষাং মখোয়গী ; সংক্ষোভম্—লাংবা ; অক্ষরজুষাম্—ব্রহ্মানন্দসেবীশিংগী ; অপি—সু ; চিত্ততন্বোঃ—চিত্ত অমসুং হকচাংগী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

থম্বালমীত্তা পানবা ভগবানগী খোঙ-থম্বাল অদুগী লৈরিক্কা শম্নরুবা তুলসীমণম-পুবা নুংশীংনা নাতোন-মথুন্দা চংলগা ব্রহ্মানন্দসেবী সনক-নচিংবগীসু চিত্তগা হকচাংগদা লাংতক্রবা পোকৃহন্খি (হায়বদি চিত্তদা মায়া য়োনা হরাওবা অদুগা হকচাংদা তুজুংবনচিংবা ওইহন্খি)।

## নৈনরোল

শ্লোকসী শ্রীমদ্‌ভাগবতম্‌দগীনী (৩/১৫/৪৩)।

**অরবিন্দনয়নস্য**—অরবিন্দগী (থম্বালগী) মতৌগুম্না নয়ন (মীৎনা) মাগী ওইবা, অদুগুম্বা শ্রীভগবান্‌গী : **পদারবিন্দকিঞ্জল্কমিশ্রতুলসী-মকরন্দবায়ুঃ**—পদ (খোঙ)-গী মশক ওইবা অরবিন্দ (থম্বাল) পদার-বিন্দ ; থম্বান্দুগী কিজল্কগা (কেশরগা—**লৈরিক্না**) মিশ্র (তিন্নরুবা) তুলসী, অদুগী মকরন্দগা (মুংশিবা মণম্‌গা) তিন্নবা মুংশীৎ। [ থম্বান্‌গুম্না ফজে অমস্তুং মণম্ মুংশি হায়দুনা ভগবান্‌গী চরণ-বু থম্বান্‌গা চাংদম্নরগা পদার-বিন্দ (খোঙ-থম্বাল) হায়রিবনী। থম্বালগী কেশর (লৈরিক) লৈ: থম্বালগী লৈরিক্নী মচুস্তু ঙৌনা-ঙাঙলৈনৈ (শ্বেতারুণ); খোঙ-থম্বাল্‌গী লৈরিক হায়বদি করিনো? খোঙগী খুজীম্না খোঙ-থম্বান্‌গী লৈরিক্নী ; খুজীল্‌গী মচুস্তু ঙৌনা-ঙাঙলৈনবনী (শ্বেত-অরুণ হায়বদুনী) ; ভগবান্‌গী থম্বাল-লৈরিক মান্‌বা খুজীন্ পুম্নমক্নীস্তু থম্বাল-লৈরিকুম্না ঈঙনা মুংশিবা মণম্ লৈ ; মরমদুনা খোঙগী খুজীম্না ওইবা লৈরিক্না সঙ্গ তৌরুবা তুলসী—ভক্তনা পূজা তৌবা মতমদা শ্রীভগবান্‌গী খুয়াদা কৎপা তুলসী, শ্রীভগবান্‌গী খুজিন্‌গী মণম্-লোয়নরবা তুলসীদুগী মকরন্দবু হায়বদি মুংশিবা মণম্বু পুরিবা মুংশীৎ অদু, শ্রীকৃষ্ণগী চরণতুলসীগী মুংশিবা মণম্না মুংশিরবা মুংশীৎ অদু ]

**অক্ষরজুষাং**—অক্ষর (ব্রহ্ম ব্রহ্মানন্দ, ব্রহ্মবু অনুভব তৌবদগী পোক্‌পা মুংঙাইবা সেবীশিংগী, ব্রহ্মানন্দদা লূপ্লিবা সনক-নচিংবগী **স্ববিবরেণ**—নাক্তোন্‌মখুন্দা চঙলগা ; **অন্তর্গতঃ**— মনুঙ চঙদুনা, অন্তঃকরণ-দা (থমুং-য়োনা) চঙলগা মখোয়গী **চিত্ততন্বোঃ**—চিত্ত অমসুং তনু-গী (হকচাঙগী) **সংক্ষোভং**—মপুঙফানা লাঙবা, হরাওবনচিংবনা চিত্তগী লাঙবা অদুগা তুচুংবনচিংবা তৌদুনা হকচাঙগী ক্ষোভ পোক্‌হনখি। চরণতুলসীগী মুংশিবা মণম্না ব্রহ্মানন্দদা লূপ্লবদগী মখোয়গী চিত্তদু পাখৎলম্মী অমসুং চরণতুলসীগী মুংশিবা মণম্‌দুনা মখোয়না মমাঙৈঙদা ফংখিদ্রিবা মুংঙাইবা অমা ফংখি অমসুং মখোয়গী হকচাঙদা রোমাঞ্চ—(তুচুংবা) নচিংবা সাত্ত্বিক ভাব অমসুং হর্ষ-(হরাওব-) নচিংবা সঞ্চারীভাব ওইরক্‌খি।

ব্রহ্মানন্দদা লূপ্না চিত্তদি য়াম্না হেন্না শেংবনী ; মরম্‌দুনা শ্রীভগবান্‌গা

মরী-লৈনবা পোৎ অমগা হেক শম্মরুবদা ভগবান্গী কৃপানা মখোয়গী চিত্তদা প্রেম-বিকার ( ভগবানবু ঙ্কুংশিবগী ফীভম্ ) পোক্পা ঙম্মী।

শ্রীভগবান্গী চরণ-তুলসীগী সুগন্ধনা ব্রহ্মানন্দদা লুপ্পা মীশী চিত্তবুসু চিংবা ঙম্মী হায়বা মূল পয়ার ১৪১-দা য়াওরিবা রাফমগী প্রমাণশী লৈনরিবা শ্লোক অসী।

## মূল ১৪৩

অতএব 'কৃষ্ণনাম' না আইসে তার মুখে।

মায়াবাদিগণ যাতে মহাবহির্ম্মুখে॥ ১৪৩॥

### শব্দার্থ

অতএব—মরমতুনা ( হায়বদি শ্রীকৃষ্ণবু য়েংশীবা অমসুং শ্রীকৃষ্ণদা অপরাধী ওই হায়তুনা ) ; কৃষ্ণনাম—শ্রীকৃষ্ণগী মিং ; না আইসে—লাক্তে ; তার—মাগী (প্রকাশানন্দগী) ; মুখে—চীন্দা ; মায়াবাদিগণ—মায়াবাদী-শিংদি ; যাতে—মরম্মা ; মহা—অচৌবা ; বহির্ম্মুখে—কৃষ্ণ-নত্তবা বিষয়দা মায়ওনসনবা, কৃষ্ণবু য়েংথীবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( মরমতুনা ) হায়বদি শ্রীকৃষ্ণবু য়েংথীবনা অদুগা শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা অপরাধী ওইবা মরম্মা ) প্রকাশানন্দগী চীন্দা কৃষ্ণনাম খোত্তবনী। মরমদি মায়াবাদীশিংদি কৃষ্ণবহির্ম্মুখ য়াম্মা ওই।

## মূল ১৪৪

ভাবকালী বেচিতে আমি আইলাম কাশীপুরে।

গ্রাহক নাহি, না বিকায়, লঞা যাব ঘরে॥ ১৪৪॥

### শব্দার্থ

ভাবকালী—ভাবক ওইবগী মথৌ ; বেচিতে—য়োনগে হায়তুনা ; আমি—ঐ (শ্রীমন্মহাপ্রভু) ; আইলাম—লাকপনী ; কাশীপুরে—কাশী-নগরদা ; গ্রাহক—লৈবিনবা (লৌবিনবা) মী ; নাহি—লৈত্রে ; না বিকায়—শীত্তরে ; লঞা—পুরগা ; যাব—চৎলগে ; ঘরে—য়ুমদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( প্রভুদা পাল্লনবা হায়রুনা প্রকাশানন্দনা হায়খি—"কাশীপুরে না বিকাবে তার ভাবকালী।" হৌজিক প্রভুনা মহুক্কী পাউখুম পীরি। )

ঐহাক ভাবকালী য়োনগে হায়রুনা কাশীপুরদা লাকপনী। লৌবিনবা মী লৈত্রে, লীত্তুরে ; য়ুমদা পুহনা চৎলগে।

মূল ১৪৫

ভারী বোঝা লঞা আইলাম কেমনে লঞা যাব।

অল্পস্বল্প মূল্য পাইলে—এথাই বেচিব ॥ ১৪৫ ॥

শব্দার্থ

ভারী অরুম্বা ; বোঝা—কোক্‌থোঙ ; লঞা—পুহনা ; আইলাম—লাকপনী ; কেমনে—করম্না ; লঞা—পুহনা ; যাব—চৎকনী ; অল্পস্বল্প য়াম্না য়াম্দবা ; মূল্য—মমল ; পাইলে—ফংলগদি ; এথাই—মফমসিমক্তদা ( কাশীদা ) ; বেচিব—য়োল্লোক্কে।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(প্রভুনা মথা-তারম্মী)—অরুম্বা কোক্‌থোঙ (ভাবকালী) পুরগা ঐহাক লাকপনী। হৌজিক হন্নমূক পুহনা য়ুম্দা চৎপা তারে। মমল খজিক-খকুতং ফংলগদি মফমসিমক্তদা ( ভাবকালীসী—প্রেমভক্তিসী ) য়োল্লোক্লম্গে।

নৈনরোল

ভারী বোঝা—ভাবকালীগী অরুম্বা কোক্‌থোঙ ; প্রেমভক্তি য়েনগে হায়বগী খোৱাংবা। জগৎকী জীবদা প্রেমভক্তি পীগে হায়না প্রভুনা অবতার তৌরকপনী ; অদুগা প্রেম পীগে হায়বগীদমক কাশীদমু লেঙলকপনী। প্রেমভক্তিবু 'ভারী বোঝা' (অরুম্বা কোক্‌থোঙ) হায়রুবগী মরমদি অসিনী, মহুদি—কোক্‌থোঙনা য়াম্না লুম্নবদি মীওইবনা পোৎলুমদু থানীঙনী, মহুগুম্না মহাপ্রভুমু প্রেমভক্তি য়েল্লোক্‌প্রগে হায়না য়াম্না খোৱাংখি। ভারী বোঝাগা প্রেমভক্তিগা চাংদম্নবগী রাসী পোৎলুম পুবগী রাবনে অদুগা পাম্দবগী মরমে অনীসিগীদমক খনবনা নত্তে—য়েল্লোক্লবগী খোৱাংবগী রাকমদু খল্লুবদনীনী।

অনুস্বর মুল্য—য়াম্না লুম্বা পোংকী কোক্‌থোঙ পুবদা য়াম্না রাবা মরম্না মমল খরদবু ফংলবদি পোংতু য়োম্মোক্নৈ। শ্রীমন্মহাপ্রভুগী প্রেম-ভক্তিগী কোক্‌থোঙতুস্মু য়াম্না লুমহনা পাম্‌দবা পোং নত্রবস্মু কাশীবাসী-শিংদা মহু কয়ামুক পীনীঙলম্বগে হায়ববু, পীবা য়াত্রবহুদা পীনীঙলুবগীদমক মথরাই রারম্মী ; ( পীনীঙবগী খোরাংলম্বসী অওইববুদি প্রভুনা জীববু চান্‌বীবদগীনী )। মরমসিনা হায়রম্লিবনী ; মমল খজিক্তুংবু ফংলগদি পোংগী পীথোক্লম্লগে। স্বল্প—স্বাম্না য়ামদবা ; য়াম্না য়ামদবা মমল ওইরগস্মু হেক্তা পীথোক্কে। মফমসিদা মমল হায়রিবগী করিনো? লেপ্পমক লুপা পৈশা হায়বা নত্তে ; মরমদি লুপা পৈশানা প্রেমভক্তি ফংদে ভগবান্‌গী কৃপানা সাধনভজন তৌরগা প্রেমভক্তি ফংবদি য়াই ; অদুবু মতাঙসিদদি প্রভুনা সাধন-ভজনগী মশক ওইবা মমলগী রাস্মু হায়রমদে ' মরমদি, "মাগে বা না মাগে কেহ পাত্র বা অপাত্র। ইহার বিচার নাহি, জানে দিব মাত্র॥" কনানা পাম্মী, কনানা পাম্‌দে, কনানা মতীক চায় কনানা মতিক চাদে হায়বগী বিচার তৌদবমখৈ প্রভুনা পূম্নমক্তা প্রেম পীরম্মী ; মহাক্কী পরিকর-শিংদস্মু য়াথং তাউথরম্মী—"যাঁহা তাঁহা প্রেমফল দেহ যারে তারে—মফম অমদস্মু অমদস্মু প্রেম কৌবা উটৈহু মী অমদস্মু অমদস্মু পীয়ু।" মতৌস্মুম্না বিচার নাইদবমখৈ প্রেম পীবগী মরমদি অসিনী মহুদি—প্রভুনা হায়রম্মী—"আমি বিশ্বম্ভর নাম ধরি। নাম সার্থক হয় যদি প্রেমে বিশ্ব ভরি। ১/৯/৬॥ প্রেম ভক্তি য়েন্‌বা মতমদা সাধন-ভজনগী বিচার তৌরমদে হায়রম্মী, চুম্লে, অদুবু বৈষ্ণব-অপরাধগা ভগবান্‌বু নিন্দা তৌবগী অপরাধগা অনীগী বিচারদি তৌরম্মী—অপরাধশিংসে কোক্‌হল্লবা মতুঙদা প্রেম পীখি। অতৈগী রাদি লায়রহুনা, স্বয়ং শচীমাতামক্সু শ্রীঅদ্বৈতগী মফম্‌দা অপরাধ তৌরুবনা মহু কোক্ত্রিউৈগী মমাঙদা প্রভুনা প্রেম পীখিদে। অদুগা অধ্যাপক, পঢ়ো-রান, কর্ম্মী, নিন্দুক ( নিন্দা—তৌগন্‌বা মীতা )-নচিংবগী মরমদা প্রভুনা হায়রম্মী—"এই সব মোর নিন্দাপরাধ হইতে। আমি না লওয়াইলে ভক্তি না পারে লইতে। নিস্তারিতে আইলাঙ আমি, হৈল বিপরীত। এই সব দুর্জ্জনের কৈছে হইবেক হিত। আমাকে প্রণতি করে হয় পাপক্ষয়। তবে সে ইহারে ভক্তি লওয়াইলে লয়। অতএব অবশ্য আমি সন্ন্যাস করিব। সন্ন্যাসীর বুদ্ধ্যে মোরে প্রণত হইব। প্রণতিতে হবে ইহার অপরাধ ক্ষয়।

নির্ম্মল হৃদয়ে ভক্তি করিব উদয় ॥ ১/১৭/২৫১—২৬৬ ॥" কাশীবাসী সন্ন্যাসী-শিংনা প্রভুবু নিন্দা য়াম্না তৌরম্বনা অপরাধী ওইরে; অপরাধসী কোক্নবদি মহাক্না প্রেমভক্তি পীবা ঙম্দে; মরমদি, অপরাধীনা প্রেমভক্তি লৌবা নত্রগা রক্ষা তৌবা ঙম্দে। মখোয়গী অপরাধ কোক্নবা উপায়দি— নিন্দা তৌবগী মহুত্তা প্রভুবু খুরম্বনা ওইগদবনী। সন্ন্যাসীশিংনা মাবু খুরুম্নগদি নত্রগা সম্মান মত্তেক্মতং তৌরগদি মহাক্না মখোয়গী অপরাধ ঙাক্পীদুনা মখোয়দা প্রেমভক্তি পীবা ঙম্গনী। অর্থসিদা, অল্পস্বল্প মূল্য হায়দুনা প্রভুনা পল্লম্লিবসী মঙোন্দা খজিত্তং খুরুম্বা নত্রগা সম্মান উৎহন্নীঙবগী রা ওইরমাল্লে। তশেংবদু, সম্মান খজিক্কং ফংবদদা প্রভুনা সন্ন্যাসীশিংবু কৃপা তৌবিখি। মহারাষ্ট্রীয় বিপ্রগী বার্ত্তান ফংবদুদা প্রভুনা লেঙলগা চরণ শেংফম্দা ফম্লগা ঐশ্বর্য্য প্রকাশ তৌরম্বা মতমদা মহাক্কী মুমীৎ কোঁটিবু ঙম্জবা তেজ-না ঙাল্লবা দেহদু উবদা প্রকাশানন্দ সরস্বতীনা মাগী শিষ্য লোইনমক্না ঙক্ন্যিম্নরদুনা খঙৈ্গ হৌগৎলম্মী, লেপ্খৎলগা অয়ৌবী সম্মানগা লোয়ননা প্রভুদা হঙ্গৎলম্মী—"শ্রীপাদ! লুদবা (অপবিত্র ওইবা) মফমদুদা করিগী লেঙশন্দুনা ফম্লিবনো, অসোমদা লেঙশল্লকৃউ, সভালক্তা লেঙশল্লগা ফম্বিরো অসিনচিংবা।" সম্মানগী ওইবা ব্যবহার মতাসী ফংলদুনা প্রভুনা মখোয়গী মপুক্নীঙ ওল্লক্পদু খঙলম্মী, মখোয়গী অপরাধ ঙাক্পিরম্লে, মখোয়গী মরক্তা চঙলগা ফম্লে, অদুগা মখোয়বু কৃপা তৌবিখি।

### মূল ১৪৬

এত বলি সেই বিপ্রে আত্মসাথ করি।

প্রাতে উঠি মথুরায় চলিলা গৌরহরি ॥ ১৪৬ ॥

### শব্দার্থ

এত—অসিথক; বলি—(প্রভুনা) হায়রগা; সেই বিপ্রে— বিপ্রদুবু; আত্মসাথ করি—মাগী ওইনা হায়বদি সেবক ওইনা লৌশল্লগা; প্রাতে—বোংঙানবদা; উঠি—হৌগৎলগা; মথুরায়—মথুরাদা; চলিলা—লেঙলম্মী; গৌরহরি—শ্রীমন্মহাপ্রভুনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

রাসী প্রভুনা হায়রগা, অমসুং মহারাষ্ট্রীয় বিপ্রদুবু সেবক ওইনা

লৌশনবিরগা নোংঙানবদা হৌগৎলগা শ্রীগৌরহরি প্রভুনা মথুরা মায়কৈ পাংখি।

## মূল ১৪৭

সেই তিন সঙ্গে চলে, প্রভু নিষেধিল।
দূর হৈতে তিনজনে ঘরে পাঠাইল ॥ ১৪৭ ॥

### শব্দার্থ

সেই—অদু ; তিন—অহুম ; সঙ্গে—লোয়ননা ; চলে—চৎলী ; প্রভু—প্রভুনা ; নিষেধিল—খায়দ্মী : দূর হৈতে—অরাপ্পদগী ; তিনজনে—মী অহুমদুবু ; ঘরে—য়ুমদা ; পাঠাইল—থাখি।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মখোয় অহুমদু প্রভুগা লোয়ননা চৎলম্মী, প্রভুনা লৈহৌরো হায়না খায়দ্মী। অরাপ্পদগী মখোয় অহুমবু ময়ুমদা থাদোকখি।

### নৈনরোল

তিনজন—চন্দ্রশেখর, তপনমিশ্র অমসুং মহারাষ্ট্রীয় ব্রাহ্মণ।

## মূল ১৪৮

প্রভুর বিরহে তিনে একত্রে মিলিয়া।
প্রভুগুণ গান করে প্রেমে মত্ত হৈয়া ॥ ১৪৮ ॥

### শব্দার্থ

প্রভুর বিরহে—প্রভুগা কায়নবদা ; তিনে—অহুমনা ; একত্রে—পুন্নপ ; মিলিয়া—তিন্নরগা ; প্রভুগুণ—প্রভুগী গুণ ; গান করে—শক্‌শোল্লী ; প্রেমে—কৃষ্ণপ্রেমনা ; মত্ত—ঙাওবা ; হৈয়া—ওইদুনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুগা কায়নবগী মৈচাক্না চাক্লদুনা চন্দ্রশেখরনচিংবা মখোয় অহুমদু পুন্নপ তিন্নরগা প্রেম-না ঙাওরদুনা প্রভুগী গুণ শক্লম্মী।

## মূল ১৪৯

প্রয়াগে আসিয়া প্রভু কৈল বেণীস্নান।
মাধবে দেখিয়া প্রেমে কৈল নৃত্যগান ॥ ১৪৯ ॥

### শব্দার্থ

প্রয়াগে আসিয়া—প্রয়াগ তা লেঙলক্লগা ; প্রভু—প্রভুনা ; কৈল—তৌরে ; বেণীস্নান - ত্রিবেণীদা স্নান ; মাধবে—বেণীমাধববিগ্রহবু ; দেখিয়া—দর্শন তৌরগা; প্রেমে—প্রেম্না ; কৈল—তৌখি ; নৃত্য—জগোই শাবা ; গান—ঈশৈ।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রয়াগ য়ৌরগা প্রভুনা ত্রিবেণী সঙ্গমদা স্নান তৌখি। অদুদগী বেণী-মাধব বিগ্রহবু দর্শন তৌবদা প্রেমনা জগোই শাখি অমসুং ঈশৈ শকখি।

## মূল ১৫০

যমুনা দেখিয়া প্রেমে পড়ে ঝাঁপ দিয়া।
আস্তে ব্যস্তে ভট্টাচার্য্য উঠায় ধরিয়া ॥ ১৫০ ॥

### শব্দার্থ

যমুনা দেখিয়া—যমুনা উবদা ; প্রেমে—প্রেম পোক্তুনা ; পড়ে—তাই ; ঝাঁপ দিয়া—চোংথদুনা ; আস্তে ব্যস্তে—হাথু হাথু ; ভট্টাচার্য্য—বলভদ্র ভট্টাচার্য্যনা ; উঠায়—লৌখৎলী ; ধরিয়া—পায়দুনা।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা যমুনা উবদা কৃষ্ণপ্রেমনা চোংথদুনা তাখি। বলভদ্র ভট্টাচার্য্যনা হাথু হাথু কোন্দুনা লৌখৎখি।

## মূল ১৫১

এই মত তিনদিন প্রয়াগে রহিলা।
কৃষ্ণনাম-প্রেম দিয়া লোক নিস্তারিল ॥ ১৫১ ॥

এইমত—মতৌ অসুম্না ; তিনদিন—হুমীৎহুম্নী ; প্রয়াগে রহিলা—প্রয়াগতা লৈখি ; কৃষ্ণনামপ্রেম—কৃষ্ণনাম অমসুং কৃষ্ণপ্রেম (কৃষ্ণবু নুংশিবা) ; দিয়া—পীরগা ; লোক—মীয়াম্বু ; নিস্তারিলা—লান্‌বিখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতৌ অসুম্না হুমীৎ হুম্নী প্রয়াগতা লৈরগা কৃষ্ণনাম অমসুং কৃষ্ণপ্রেম পীডুনা মীয়াম্বু লান্‌বিখি।

মূল ১৫২

মথুরা চলিতে প্রেমে যাহা রহি যায়।

কৃষ্ণনাম-প্রেম দিয়া লোকেরে নাচায়॥ ১৫২॥

শব্দার্থ

মথুরা চলিতে—মথুরা চৎপদা ; প্রেমে—প্রেম-না ; যাহা—মফমদা ; রহি যায়—লৈথোকয়ি ; কৃষ্ণনামপ্রেম—কৃষ্ণনাম অমসুং প্রেম ; দিয়া—পীডুনা ; লোকেরে—মীয়াম্বু ; নাচায়—জগোই শাহল্লী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মথুরা লেঙবদা প্রভুনা প্রেম-দা লুপ্তুনা লৈখি-লৈখিবা মফমদা কৃষ্ণ-নাম অমসুং প্রেম পীডুনা মীয়াম্বু জগোই শাহন্‌খি।

মূল ১৫৩

পূর্ব্বে যৈছে দক্ষিণ যাইতে লোক নিস্তারিল।

পশ্চিমদেশ তৈছে সব বৈষ্ণব করিল॥ ১৫৩॥

শব্দার্থ

পূর্ব্বে—মমাংঙৈদা ; যৈছে—অদুগুম্না ; দক্ষিণ—দক্ষিণদেশদা ; —লেঙবদা ; লোক—মীয়াম ; নিস্তারিল—লান্‌বিখিবদো ; পশ্চিমদেশ—নোংচুপ-লম্বু ; তৈছে—মতৌদুগুম্না ; সব—পুম্বা ; বৈষ্ণব করিল—বৈষ্ণব ওইহন্‌খি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

[illegible] দক্ষিণদেশ [illegible] পশ্চিমদেশ [illegible] বৈষ্ণব ওইহল্লি।

মূল ১৫৪

পথে যাঁহা যাঁহা হয় যমুনা দর্শন।
তাহাঁ ঝাঁপ দিয়া পড়ে—প্রেমে অচেতন ॥ ১৫৪ ॥

শব্দার্থ

পথে—লম্বীদা ; যাঁহা যাঁহা—মফম মফমদা ; হয়—ওই ; যমুনা দর্শন—যমুনা উবা ; তাহাঁ—মফমদুদা ; ঝাঁপ দিয়া—চোংথদুনা ; পড়ে—তাই ; প্রেমে—কৃষ্ণপ্রেমনা ; অচেতন—জ্ঞান-মাঙবা ( ওই )।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

লম্বীদা যমুনাবু দর্শন ফংবা মফমদা প্রেম-না জ্ঞান মাঙদুনা যমুনাদা চোংথদুনা তাই।

মূল ১৫৫

মথুরা নিকটে আইলা, মথুরা দেখিয়া।
দণ্ডবৎ হৈয়া পড়ে প্রেমাবিষ্ট হৈয়া ॥ ১৫৫ ॥

শব্দার্থ

মথুরানিকটে—মথুরাগী নাক্তা ; আইলা—লাকৃখি ; মথুরা দেখিয়া—মথুরা উবদা ; দণ্ডবৎ—চৈশাংগুম্বা ; হৈয়া—ওইদুনা ; পড়ে—তুথে ; প্রেমাবিষ্ট—প্রেমদা চঙবা ; হৈয়া—ওইদুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মথুরাগী মনাক্ য়ৌরকৃখি ; মথুরাবু উবদা দণ্ডবৎ তৌদুনা প্রেমাবেশদা তুথখি।

মূল ১৫৬

মথুরা আসিয়া কৈল বিশ্রান্তিতীর্থে স্নান।
জন্মস্থানে কেশব দেখি করিলা প্রণাম ॥ ১৫৬ ॥

মথুরা আসিয়া—মথুরাদা লেঙলক্লগা ; কৈলা—তৌখি ; বিশ্রান্তিতীর্থে—যমুনাগী বিশ্রামঘাট অদুদা ; স্নান—চাইথবা ; জন্মস্থানে—পোক্লকমদা, কংসগী কৈশুম শঙদা শ্রীকৃষ্ণগী জন্মস্থান অদুদা ; কেশব—কেশব কৌবা শ্রীভগবান্‌গী বিগ্রহ ; দেখি—দর্শন তৌরগা ; করিলা—তৌখি ; প্রণাম—খুরুম্বা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মথুরাদা লেঙলক্লগা বিশ্রাম-ঘাট্টা স্নান তৌখি । শ্রীকৃষ্ণগী জন্মস্থান-দা শ্রীকেশব-বিগ্রহ দর্শন তৌরগা খুরুম্‌খি ;

## নৈনরোল

বিশ্রান্তিঘাট—যমুনাগী বিশ্রামঘাট ; শ্রীকৃষ্ণনা কংস হাৎলগা ঘাট অসিদা বিশ্রাম তৌখি হায়দুনা মসিবু বিশ্রামঘাট কৌখিবনী ।

## মূল ১৫৭

প্রেমানন্দে নাচে গায় সঘন-হুঙ্কার ।
প্রভুর প্রেমাবেশ দেখি লোকে চমৎকার ॥ ১৫৭ ॥

শব্দার্থ

প্রেমানন্দে—কৃষ্ণবু নুংশিবদগী পোক্‌পা নুংঙাইবনা ; নাচে—জগোই শাই ; গায়—ঈশৈ শক্‌য়ি ; সঘন-হুঙ্কার—তৎপা-মাইদবা হুঙ্কার ; প্রভুর—প্রভুগী ; প্রেমাবেশ—কৃষ্ণপ্রেমদা চঙবা ; দেখি—উরগা ; লোকে—মীয়াম্না ; চমৎকার—ঙকৃখি ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা প্রেমদগী পোক্‌পা আনন্দনা মরম ওইরগা জগোই শাই, ঈশৈ শক্‌য়ি ; তৎপা নায়দবা মখৈ হুঙ্কার তৌয়ি । প্রভুগী প্রেমাবেশ উরগা মী ময়াম্না ঙকৃখি ।

## মূল ১৫৮

এক বিপ্র পড়ে প্রভুর চরণ ধরিয়া ।
প্রভু-সঙ্গে নৃত্য করে প্রেমাবিষ্ট হৈয়া ॥ ১৫৮ ॥

## শব্দার্থ

এক বিপ্র—মথুরাদা লৈবা ব্রাহ্মণ অমা ; পড়ে—তুরৈ ; প্রভুর—প্রভুগী ; চরণ—খোঙ ; ধরিয়া—পায়দুনা ; প্রভু সঙ্গে—প্রভুগা লোয়ননা ; নৃত্য করে—জগোই শাই ; প্রেমাবিষ্ট—প্রেমদা চঙবা ; হৈয়া—ওইদুনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রাহ্মণ অমা প্রভুগী চরণ পায়দুনা তুরৈ। মহাক প্রভুগা লোয়ননা প্রেমাবেশদা জগোই শাই।

## মূল ১৫৯

দোঁহে প্রেমে নৃত্য করি করে কোলাকুলি।

'হরি কৃষ্ণ কহ' দোঁহে বোলে বাহু তুলি ॥ ১৫৯ ॥

## শব্দার্থ

দোঁহে—অনীনা ; প্রেমে—প্রেমাবেশদা ; নৃত্য করি—জগোই শারগা ; করে—তৌয়ি ; কোলাকুলি—কোম্নবা ; হরি কৃষ্ণ কহ—হরি কৃষ্ণ হায়য়ু ; দোঁহে—অনীনা ; বোলে—হায় ; বাহু—পাম্বোম ; তুলি—থাঙৎলগা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুগা মথুরাগী ব্রাহ্মণদুগা অনীনা প্রেমাবেশদা জগোই শারম্মী অদুগা মকৈ মহৈ কোম্নরম্মী। মখোয়নীনা পাম্বোম খাংনা থাঙৎলগা 'হরি কৃষ্ণ শোল্লু' হায়রম্মী।

## মূল ১৬০

লোক 'হরি হরি' বোলে, কোলাহল হৈল।

কেশব-সেবক প্রভুকে মালা পরাইল ॥ ১৬০ ॥

## শব্দার্থ

লোক—মীয়াম্না ; হরি হরি বোলে—হরি হরি হায়রম্মী ; কোলাহল—খোম্নিল্ ; হৈল—ওইখি ; কেশব-সেবক—কেশববিগ্রহগী সেবাগিনা ; প্রভুকে—প্রভুদা ; মালা—লৈপরেং ; পরাইল—হুক্খি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

— মীয়াম্না হরি-হরি হায়রম্লা শোকপী। অহুদা পুম্নিং নিক্লবা কেশব-বিগ্রহদা কংপাকপা লৈপগে শেবারিবা প্রভুনা হুক্লখি।

মূল ১৬১

প্রভু দেখি লোকে কহে হইয়া বিস্ময়—।
এ রূপ এ প্রেম লৌকিক কভু নয়॥ ১৬১॥

শব্দার্থ

প্রভু দেখি—প্রভুবু উরগা; লোকে—মীয়াম্না; কহে—হায়; হইয়া—ওইদুনা; বিস্ময়—ঙকপা; এ—অসী; রূপ—শক; এ—অসী; প্রেম—কৃষ্ণপ্রেম; লৌকিক—মীরম্লেনগী; কভু—কদৌঙৈদসু; নয়—নত্তে।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুবু উরগা মীয়াম্না ঙকদুনা হায়রম্মী—শক অসী, প্রেম মতাসী মীরম্লেনগী কদৌঙৈদসু নত্তে।

মূল ১৬২

যাঁহার দর্শনে লোক প্রেমে মত্ত হৈয়া।
হাসে কান্দে নাচে গায় কৃষ্ণনাম লৈয়া॥ ১৬২॥

শব্দার্থ

যাঁহার দর্শনে—মাবু উবদা; লোক—মীনা; প্রেমে—কৃষ্ণবু নুংশিবনা; মত্ত—ঙাওবা; হৈয়া—ওইরদুনা; হাসে—নোকৃরি; কান্দে—কপী; নাচে—জগোই শাই; গায়—ঈশৈ শকৃরি; কৃষ্ণনাম—কৃষ্ণগী মিং লৌদুনা, শোন্দুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মাবু (প্রভুবু) উবদা মীয়াম্না প্রেমনা ঙাওরদুনা (মপ্রেগা মরাই কায়দুনা) কৃষ্ণনাম শোন্-শোন্দুনা নোকৃরি, কপী, জগোই শাই অমসুং ঈশৈ শকৃরি।

## মূল ১৬৩

সর্ব্বথা নিশ্চিত ইঁহো কৃষ্ণ-অবতার।

মথুরা আইলা লোকের করিতে নিস্তার ॥ ১৬৩ ॥

### শব্দার্থ

সর্ব্বথা—মপুংপুম্বদা; নিশ্চিত—শোয়দ্রবনী; ইঁহো—মহাক্নী; কৃষ্ণ-অবতার—কৃষ্ণগী অবতারনী; মথুরা—মথুরাদা; আইলা—লাক্পনী; লোকের—মীবু; করিতে—তৌনবা; নিস্তার—লান্বীবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( ময়ামচুনা হায়থরম্মী )—মপুংপুম্বদা শোয়দ্রানী, মহাক্নী কৃষ্ণগী অবতারনী। মীয়াম্বু লান্বীগে হায়না মহাক মথুরাদা লেঙলক্পনী।

## মূল ১৬৪

তবে মহাপ্রভু সেই ব্রাহ্মণে লইয়া।

তাঁহারে পুছিলা কিছু নিভৃতে বসিয়া— ॥ ১৬৪ ॥

### শব্দার্থ

তবে—অদুদগী; মহাপ্রভু—মহাপ্রভুনা; সেই ব্রাহ্মণে—ব্রাহ্মণদুবু; লইয়া—পুবগা; তাঁহারে—মহোন্দা; পুছিলা—হংখি; কিছু—খরদং; নিভৃতে—অচীক্পদা; বসিয়া—ফমদুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অদুদগী মহাপ্রভুনা ব্রাহ্মণদুবু পুবগা অচীক্পদা ফম্লগা মহোন্দা বা হংলম্মী।

## মূল ১৬৫

আর্য্য সরল তুমি বৃদ্ধ ব্রাহ্মণ।

কাহাঁ হৈতে পাইলে তুমি এ প্রেমধন ॥ ১৬৫ ॥

### শব্দার্থ

আর্য্য—ইকাইখুম্নগাই ওইবা (মান্য, পূজ্য); সরল—পুক্চেল্তিংবা;

তুমি—নও ; বৃদ্ধ—অহন্‌-ওইবা ; ব্রাহ্মণ—ব্রাহ্মণী ; কাঁহা হৈতে—কদায়-দগী ; পাইলে—ফংলুই ; তুমি—নওনা ; এ—অসী ; প্রেমধন—কৃষ্ণপ্রেম কৌবা লন।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(প্রভুনা হংলম্মী)—নহাক ইকাইখুম্নজাই ওইবা, পুক্‌চেল্‌-তিংবা ব্রাহ্মণ অহল অমনী। কৃষ্ণপ্রেম কৌবা লন্ অসী নওনা কদায়দগী ফংলূরিবনো ?

মূল ১৬৬

বিপ্র কহে—শ্রীপাদ শ্রীমাধবেন্দ্রপুরী।
ভ্রমিতে ভ্রমিতে আইলা মথুরানগরী ॥ ১৬৬ ॥

শব্দার্থ

বিপ্র কহে—বিপ্রনা হায় ; শ্রীপাদ শ্রীমাধবেন্দ্রপুরী—শ্রীপাদ শ্রীমাধ-বেন্দ্রপুরীনা ; ভ্রমিতে ভ্রমিতে—কোয়র কোয়রদুনা ; আইলা—লেঙলক্‌খি ; মথুরানগরী—মথুরানগরীদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রাহ্মণ অহন্দুনা খুম্মী—শ্রীপাদমাধবেন্দ্রপুরীদু লম কোয়না কোয়না লেঙলকপদা মথুরানগরীদা য়ৌরক্‌খি।

মূল ১৬৭

কৃপা করি তেঁহো মোর নিলয়ে আইলা।
মোরে শিষ্য করি মোর হাথে ভিক্ষা কৈলা ॥ ১৬৭ ॥

শব্দার্থ

কৃপা করি—চান্‌বিদুনা ; তেঁহো—মহাক্না ; মোর—ঐগী ; নিলয়ে—য়ুম্‌দা ; আইলা—লাক্‌খি ; মোরে—ঐবু ; শিষ্য—সেবক ; করি—ওই-হল্লগা ; মোর হাথে—ঐগী খুত্তগী ; ভিক্ষা কৈলা—ভিক্ষা লৌখি (চাখি)।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(ব্রাহ্মণ অহন্না মথা তারম্মী)—শ্রীপাদ শ্রীমাধবেন্দ্রপুরীনা চান্‌বিদুনা ঐগী য়ুমদা লেঙলক্‌খি। ঐবু মাগী শিষ্য ওইহন্‌বিদুনা ঐনা থোংবা-চাক্‌ হাবিখি।

## মূল ১৬৮

গোপাল প্রকট করি সেবা কৈল মহাশয়।
অদ্যাপিহ তাঁর সেবা গোবর্দ্ধনে হয়॥ ১৬৮॥

### শব্দার্থ

গোপাল—শ্রীগোপালবিগ্রহ ; প্রকট—ফোঙবা ; করি— ওইহল্লগা : সেবা কৈল—লাৎখি ; মহাশয়—মহাত্মানা (শ্রীমাধবেন্দ্রপুরীনা) ; অদ্যাপিহ —ঙসিফাওবা ; তাঁর সেবা—মাগী সেবা ; গোবর্দ্ধনে—গোবর্দ্ধনগিরিদা ; হয়—ওই।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( ব্রাহ্মণ অহল্লা মথা তারম্মী ) শ্রীমাধবেন্দ্রপুরী মহাশয়না গোপাল-বিগ্রহব্ পুথোক্লগা সেবা তৌখি। শ্রীগোপালগী সেবাহু ঙসিফাওবা গোবর্দ্ধন-দা চৎলি।

## মূল ১৬৯

শুনি প্রভু কৈল তাঁর চরণবন্দন।
ভয় পাঞা প্রভু পায় পড়িল ব্রাহ্মণ॥ ১৬৯॥

### শব্দার্থ

শুনি—( ব্রাহ্মণগী রা ) নাকোঙনা তারগা ; প্রভু—প্রভুনা ; কৈল—তৌখি ; তাঁর—মহাক্কী , চরণ-বন্দন—চরণ-দা খুরুম্বা : ভয়—অকিবা ; পাঞা—ফংহুনা : প্রভু-পায়—প্রভুগী খোঙদা ; পড়িল—তুরম্মী ; ব্রাহ্মণ —ব্রাহ্মণ্ণা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রাহ্মণগী পাউথুম তারগা প্রভুনা ব্রাহ্মণগী খুয়াখাদা খুরুম্খি ব্রাহ্মণ্ণা কিরহুনা প্রভুগী খুয়াখাদা তুরম্মী।

## মূল ১৭০

প্রভু কহে—তুমি গুরু, আমি শিষ্যপ্রায়।
গুরু হৈয়া শিষ্যে নমস্কার না জুয়ায়॥ ১৭০॥

## শব্দার্থ

প্রভু কহে—প্রভুনা হায়রম্মী ; তুমি গুরু—নঙদি গুরুনী ; আমি—ঐনা ; শিষ্যপ্রায়—নঙগী শিষ্যগুম্বনী ; গুরু হৈয়া—গুরু ওইরগা ; শিষ্যে—শিষ্যদা ; নমস্কার—খুরুম্বদি ; না জুয়ায়—হৌনদে।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা হায়রম্মী—নঙদি গুরুনী, ঐনা শিষ্যগুম্বনী। গুরু ওইরগা শিষ্যদা খুরুম্বদি হৌনদে।

## মূল ১৭১-১৭২

শুনিঞা বিস্মিত বিপ্র কহে ভয় পাঞা।
ঐছে বাত কহ কেনে সন্ন্যাসী হইয়া ? ॥ ১৭১ ॥
কিন্তু তোমার প্রেম দেখি মনে অনুমানি।
মাধবেন্দ্রপুরীর সম্বন্ধ ধর জানি ? ॥ ১৭২ ॥

## শব্দার্থ

শুনিঞা—নাকোঙনা তারগা ; বিস্মিত—ঙক্লম্বা ; বিপ্র—বিপ্রনা ; কহে—হায় ; ভয় পাঞা—কিরত্নুনা ; ঐছে বাত—অদুগুম্বা রা ; কহ—হায়রি ; কেনে—করিগী ; সন্ন্যাসী হইয়া—সন্ন্যাসী ওইরগা ; কিন্তু—অদুবু ; তোমার—নঙগী ; প্রেম—কৃষ্ণপ্রেমদু ; দেখি—উরগা ; মনে অনুমানি—পুক্লীঙদা ওইরবোই হায়না খল্লে ; মাধবেন্দ্রপুরীর সম্বন্ধ—মাধবেন্দ্রপুরীগা মরী ; ধর—থম্মী ( হায়না ) ; জানি—খঙঙী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুগী রা তারগা ঙক্লম্বা ব্রাহ্মণ অহন্দুনা কিজরক্লহুনা হায়রম্মী—অদুগুম্বা রা হায়রিবা করিগীনো সন্ন্যাসী ওইরগা ? অদুবু নঙগী কৃষ্ণপ্রেম উরগা পুক্লীঙদা ওইরম্‌গদরা হায়না খল্লে—নহাক মাধবেন্দ্রপুরীগা সম্বন্ধ লৈ হায়না হায়নীঙঙী।

## মূল ১৭৩

কৃষ্ণপ্রেমা তাহাঁ—যাহাঁ তাঁহার সম্বন্ধ।
তাঁহা বিনা এই প্রেমার কাহাঁ নাহি গন্ধ ॥ ১৭৩ ॥

### শব্দার্থ

কৃষ্ণপ্রেমা—কৃষ্ণবু খুংশিবা ; তাহাঁ—লৈবা মফমদা ; যাহাঁ—মফমদা ; তাঁহার—মহাক্কী ( মাধবেন্দ্রপুরীগী ) ; সম্বন্ধ—মরী ; তাঁহা বিনা—মহাক নত্তনা ; এই প্রেমার—কৃষ্ণপ্রেম অসিগী ; কাহাঁ—কদায়দস্থ ; নাহি—লৈতে ; গন্ধ—মণম্ ।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(ব্রাহ্মণচুনা মখা তাথরম্মী)—শ্রীমাধবেন্দ্রপুরীগা সম্বন্ধ লৈবা মফমদা কৃষ্ণপ্রেম লৈ । মহাক নত্তনা কৃষ্ণপ্রেমসিগী মণম্ ফাওবা কদায়দস্থ লৈতে ।

### মূল ১৭৪

তবে ভট্টাচার্য্য তাঁরে সম্বন্ধ কহিল ।
শুনি আনন্দিত বিপ্র নাচিতে লাগিল ॥ ১৭৪ ॥

### শব্দার্থ

তবে—অদুদগী ; ভট্টাচার্য্য—বলভদ্র ভট্টাচার্য্যনা ; তাঁরে—মঙোন্দা ( ব্রাহ্মণ অহন্দুদা ) ; সম্বন্ধ—মরী (মহাপ্রভুদি মাধবেন্দ্রপুরীগী অনুশিষ্যনী চায়বদু) ; কহিল—হায়রম্মী ; শুনি—নাকোঙনা তারগা ; আনন্দিত—নুংঙাইরবা ; বিপ্র—ব্রাহ্মণ অহন্দুনা ; নাচিতে—জগোই শাবা ; লাগিল—হৌখি ।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অদুদগী শ্রীবলভদ্র ভট্টাচার্য্যনা মহাপ্রভুগা মাধবেন্দ্রপুরীগা লৈনরম্বা মরীদু ফাক্লম্মী । মাদু তাবদা নুংঙাইজরবা ব্রাহ্মণ অহন্দুনা জগোই শাখি ।

### মূল ১৭৫

তবে বিপ্র প্রভু লৈয়া আইল নিজঘরে ।
আপন ইচ্ছায় প্রভুর নানা সেবা করে ॥ ১৭৫ ॥

### শব্দার্থ

তবে—অদুদগী ; বিপ্র—ব্রাহ্মণ অহন্দুনা ; প্রভু—প্রভুবু ; লৈয়া—

পুরগা ; আইল—লাকৃখি ; নিজঘরে—মচাগী য়ুমদা ; আপন ইচ্ছায়—লম্নাই নীঙবা মতুং ইন্না ; প্রভুর—প্রভুগী ; নানা—মখলমখাগী ; সেবা করে—সেবা তৌরম্মী ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অদুদগী বিপ্র অহন্দুনা ময়ুমদা প্রভুবু পুরগা লাকৃখি । লম্না ই নীঙবা মতুং ইন্না প্রভুগী সেবা মখল মখল তৌখি ।

মুল ১৭৬

ভিক্ষা লাগি ভট্টাচার্য্য করাইল রন্ধন ।

তবে মহাপ্রভু আসি বলিলা বচন ॥ ১৭৬ ॥

শব্দার্থ

ভিক্ষা লাগি—প্রসাদী ফংননবগীদমক : ভট্টাচার্য্য—বলভদ্র ভট্টাচার্য্যবু ; করাইল—তৌহল্লম্মী ; রন্ধন—চাক থোং বা ; তবে—অদুদগী ; মহাপ্রভু—মহাপ্রভুনা ; আসি—লেঙলক্লগা ; বলিলা—হায়রম্মী ; বচন—ৱা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা লুক হাননবগীদমক বলভদ্র ভট্টাচার্য্যবু চাক থোংহল্লম্মী । অদুদা মহাপ্রভুনা লেংলক্লগা ৱা হায়রম্মী— ।

মুল ১৭৭

পুরী গোসাঞি তোমার ঠাঞি করিয়াছে ভিক্ষা ।

মোরে তুমি ভিক্ষা দেহ, এই মোর শিক্ষা ॥ ১৭৭ ॥

শব্দার্থ

পুরী গোসাঞি—মাধবেন্দ্র পুরী গোস্বামীনা ; তোমার—নঙগী (বিপ্র অহনগী) ; ঠাঞি—মফমদা ; করিয়াছে ভিক্ষা—লুক হাথরে ; মোরে—ঐঙোন্দা ; তুমি—নঙ ; ভিক্ষা দেহ—পিজৌ ; এই—মসিনী ; মোর শিক্ষা—ঐগী তমজরকপা পোক্তি ।

মৈতৈলোন্‌গী হন্দোকপা

শ্রীপাদ মাধবেন্দ্রপুরীনা নখুং চাখরে। ঐবুসু নখুং পীজৌ ; মীথোই-মীহেন্‌শিংনা তৌবহু ঐগীদি তম্‌জনঙাইনী।

## নৈনরোল

এই মোর শিক্ষা—মসিমক ঐনা পুরী গোস্বামীগী মফমদগী তম্‌জ-রক্‌পদি।

পুরীগোস্বামীনা বিপ্রসিগী ভক্তি অমদি বৈষ্ণবাচার উরগা, মাগী সামাজিক অবস্থা খল্লুদবমখৈ মখুং চাখরে ; পুরীগোস্বামীগী আচরণসিনা তাক্লিবদি অসিনী মহুদি—তশেংবা বৈষ্ণব অমগী মফমদা সমাজদদি ওই-নীঙবা অমা ওইরবসু—সমাজগী মায়কৈদগী য়েংলগা চান্নচিন্নবা য়াবা ওইর-বসু ওইদ্রবসু, খুং চাবায়াবা মী ওইরবসু ওইদ্রবসু, মহু পুম্নমক খল্লুবা তোক্লুনা মহাক্কী মখুং চাবা য়াই। তশেংনা হায়রগদি, ভক্তিগী মায়কৈদগী য়েংবা তারগদি জাতি হায়বসী অনীথক্তনী, মহুদি—ভক্ত অহুগা ভক্ত-নত্তবা ; দ্বৌভূতসর্গৌ লোকেঽস্মিন্ দৈব আসুর এব চ। বিষ্ণুভক্তঃ স্মৃতো দৈব আসুরস্তদ্বিপর্যয়ঃ॥ —জগত্তা সৃষ্টি অনীদনী মহুদি—দৈব অমসুং আসুর। বিষ্ণুভক্ত ওইবা মীনা দৈব-নী, অহু নত্তবনা আসুর-নী। ১/৩/১৮ শ্লোকধৃত পাদ্মবচন।” মরমহুনা ইতিহাসসমুচ্চয়গী বচন লৌখৎলগা শ্রীশ্রীহরিভক্তিবিলাসনা হায়রম্মী “শূদ্রং বা ভগবদ্‌ভক্তং নিষাদং শ্বপচং তথা। বীক্ষতে জাতিসামান্যাৎ স যাতি নরকং ধ্রুবম্॥ —শূদ্র, চণ্ডাল নত্রগা হুইচাবা ওইরবসু বৈষ্ণব ওইবা মীবু হন্থনা য়েংহৈদে। বৈষ্ণব ওইবা মীবু অচম্বা জাতি ওইনা য়েংলগদি য়েংলিবা মীহু নরক তাগনী হায়বসে শোয়দ্রবনী। ১০/৮৬॥” তুংদা লাক্লিবা পয়ারদগী খঙবা ঙম্মী মহুদি মাথুর ব্রাহ্মণ অহু সামাজিক হিসাবতদি চন্নবা-য়াদবনী, অহুবু প্রভুনা মাগী মখুং চাখি ; বৈষ্ণবকী মরমদা সামাজিক জাতি বিচার তৌবা হৌনদে হায়বহু প্রভুনা মাগী আচরণা জীবদা শিক্ষা পীরম্মী ; অওইবমক্তি দক্ষিণ-দা অমসুং পশ্চিমদা লেংলম্বা মতমদা প্রভুনা মতম পুম্নমক্তা মখুংচাবা-য়াবা ব্রাহ্মণ লোয়নহুনা লেঙলম্মী ; অহুবু প্রভু মছামক্না পুনীঙহুনা পুরম্বা নৎতে ; মহাক্কী পার্ষদশিংনা হায়জমন্‌বদগী মী লোয়নহুনা পুরম্বনী, প্রভুদি প্রভুদমক লেঙনীঙলম্বনী।

## মূল ১৭৮

যদ্ যদাচরতি শ্রেষ্ঠস্তত্তদেবেতরো জনঃ।
স যৎ প্রমাণং কুরুতে লোকোস্তদনুবর্ত্ততে ॥ ১৭৮ ॥

শ্লোক অসী শ্রীমদ্ভগবদ্গীতাদগী লৌথোরকপনী ৩/২১ ॥ শব্দার্থন-চিংবদি ১/৩/২৩ ॥ শ্লোক অদুগা য়েংবিয়ু।

## মূল ১৭৯-১৮০

যদ্যপি সনৌড়িয়া হয় সেই ত ব্রাহ্মণ।
সনৌড়িয়া-ঘরে সন্ন্যাসী না করে ভোজন ॥ ১৭৯ ॥
তথাপি পুরী দেখি তাঁর বৈষ্ণব-আচার।
শিষ্য করি তাঁর ভিক্ষা কৈল অঙ্গীকার ॥ ১৮০ ॥

### শব্দার্থ

যদ্যপি—ওইরবসু ; সনৌড়িয়া—মথুরাগী ব্রাহ্মণ জাতি অমা ; হয়—ওই ; সেই ত—মহাক্নমক ; ব্রাহ্মণ—ব্রাহ্মণনী ; সনৌড়িয়া-ঘরে—সনৌড়িয়াগী য়ুমদা ; সন্ন্যাসী—সন্ন্যাসীনা ; না করে—তৌদে ; ভোজন—চাবা ; তথাপি—অদুম ওইনমক ; পুরী—মাধবেন্দ্রপুরীনা ; দেখি—উরগা ; তাঁর—মহাক্কী ; বৈষ্ণব-আচার—বৈষ্ণবকী শাজং ; শিষ্য করি—শিষ্য ওইহল্লগা ; তাঁর ভিক্ষা—মহাক্কা পীজবদু ; কৈল—তৌরম্মী ; অঙ্গীকার—লৌবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রাহ্মণ অমুনা সনৌড়িয়া ওইরবসু অদুগা সনৌড়িয়াগী য়ুমদা সন্ন্যাসীনা চাবা-থকপা তৌদ্রবসু মাধবেন্দ্রপুরীনা বৈষ্ণব-বা চৎকদবা মহাক্কী (সনৌড়িয়াদুগী) আচারদু উরগা মহাকপু শিষ্য ওইহল্লগা মানা থোংবা চাক চাখি।

## মূল ১৮১

মহাপ্রভু তাঁরে যদি ভিক্ষা মাগিল।
দৈন্য করি সেই বিপ্র কহিতে লাগিল— ॥ ১৮১ ॥

### শব্দার্থ

মহাপ্রভু—মহাপ্রভুনা ; তাঁরে—মহাক্তা ; যদি—মতমদা ; ভিক্ষা

মাগিল—ভিক্ষা নিরম্মী ; দৈন্য করি—নোঙ্গবা ওইনা ; সেই বিপ্র—বিপ্র-তুমক্লা ; কহিতে—হায়বা ; লাগিল—হৌরম্মী ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাপ্রভুনা মঙোন্দা ভিক্ষা নিরম্বা মতমদা নোঙ্গনা ব্রাহ্মণ অহুনা হঙ্গৎলম্মী--- ।

মূল ১৮২-১৮৩

তোমারে ভিক্ষা দিব, বড় ভাগ্য সে আমার ।
তুমি ঈশ্বর নাহি তোমার বিধি-ব্যবহার ॥ ১৮২ ॥
মূর্খলোক করিবেক তোমার নিন্দন ।
সহিতে না পারিব সেই দুষ্টের বচন ॥ ১৮৩ ॥

শব্দার্থ

তোমারে—নঙোন্দা (প্রভূদা) ; ভিক্ষা দিব—ভিক্ষা পীগনী ; বড়—অচৌবা ; ভাগ্য—লাইবক-নী ; সে—মহু ; আমার—ঐগী ; তুমি ঈশ্বর—নঙ ঈশ্বরনী ; নাহি—লৈতে ; তোমার—নঙগী ; বিধি-ব্যবহার—বিধি-না য়াবা আচরণ ; মূর্খলোক—অপঙবা (খঙদবা) মীনা ; করিবেক—তৌগনী ; তোমার নিন্দন—নঙবু থীনা ভাঙবা ; সহিতে—খাঙবা ; না পারিব—ঐ ঙমজরোই ; সেই দুষ্টের—ফত্তবা মীহুগী ; বচন ৱাহু ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( সনৌভিয়া ব্রাহ্মণনা হায়রম্মী )—প্রভু, নঙোন্দা ভিক্ষা পীবদি ঐগী লাইবক য়াম্না ফবনী । নঙদি ঈশ্বরনী, অদুনা নঙদি য়াই-য়াদেনচিংবগী ৱা চত্তবা য়াই । অপঙবা খঙদবা মীশিংনদি নঙবু নিন্দা তৌগনী মী-ফত্তব-শিংনা তৌবা নিন্দাগী ৱাঙাঙবু ঐদি থাঙবা ঙমজরোই ।

নৈনরোল

ভিক্ষা দিব—নঙগী হাননবা চাক ঐ থোঙগনী । নাহি তোমার-নচিংবা—নঙদি ঈশ্বরনী, স্বতন্ত্র-নী (নীঙতম্বনী), নহাক বিধি-নিষেধ অমত-গী মথা পোন্দে । বিধি-নিষেধ হায়বসিদি জীবগীদমক্তী ; অদুবু প্রভু, নঙদি

জীবতত্ত্ব নত্তে। বিধি-ব্যবহার—য়াই-য়াদে-হায়বগী তুংইনবা আচরণ। মূর্খলোক—শাস্ত্রগী মর্ম্ম খঙদবা মী, নত্রগা মহাপ্রভুগী তত্ত্ব খঙদবা মী।

## মূল ১৮৪-১৮৫

প্রভু কহে—শ্রুতি স্মৃতি যত ঋষিগণ।
সব একমত নহে ভিন্ন ভিন্ন ধর্ম্ম ॥ ১৮৪ ॥
ধর্ম্মস্থাপন-হেতু সাধু ব্যবহার।
পুরীগোসাঞির আচরণ—সেই ধর্ম্ম সার ॥ ১৮৫ ॥

## শব্দার্থ

প্রভু কহে—প্রভুনা হায়; শ্রুতি—বেদ; স্মৃতি—স্মৃতি শাস্ত্র; যত—খিবিক; ঋষিগণ—ঋষিশিং; সব—লোইনমক; একমত—মত অমতগী; নহে—নত্তে; ভিন্ন ভিন্ন—তোঙান্ তোঙানবা; ধর্ম্ম—ধর্ম্মমত-নী; ধর্ম্ম-স্থাপন-হেতু—ধর্ম্ম লিংনবগীদমক; সাধু ব্যবহার—সাধুশিংগী আচরণ; পুরীগোসাঞির—মাধবেন্দ্র পুরীগী; আচরণ—শাজৎনা; সেই—মহুতনা; ধর্ম্মসার—ধর্ম্মগী মচিনী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা হায়রম্মী—শ্রুতি, স্মৃতি অমদি ঋষি হায়রুনা লৈরিবা খিবিক্তো—মখোয় মত অমতগী নাত্তে, মখোয় মখোয়গী ধর্ম্ম মত তোঙান্-তোঙান্নী। মখোয়গী মত মতুং ইন্না অওইবা ধর্ম্মপন্থা লেপ্পা ঙম্দে; মতাঙ অহূদা সাধু-মহাপুরুষশিংগী আচরণ মতুং ইন্না ঐখোয়স্তু চৎপা তারে। মরমহুনা শ্রীপাদ মাধবেন্দ্রপুরী গোস্বামীগী আচরণ অহু চৎপা তারে; মরমদি মহাকী আচরণ-দি ধর্ম্মগী মচিনী হায়বদি আচারগী মশক ওইবা ধর্ম্মগী মচিনী।

## নৈনরোল

মতাঙসিদা মরম মুন্না য়েংশন্নঙাইনী। সম্প্রদায় খুদিংদা সাধু হায়বদি মহাপুরুষ লৈ। সাধক অমনা সম্প্রদায় অমা হেক্তগী মহাপুরুষকী আচরণহু মতম পুম্বদা মত্তো তম্‌গদবা নত্তে। কনাগুম্বা মহাপুরুষ অমনা শুষ্কবৈরাগ্য

চৎপনী হায়রদুনা মহাপ্রসাদনচিংববু খৌশাদ্রবদি মহাক্কী আচরণ অদু শুদ্ধা ভক্তিমার্গগী সাধকনা মতৌ তম্বা হৌনদে ; মরমদি, মতৌ তম্নবদা শুদ্ধা ভক্তি য়োকৃখৎপা য়ারোই। মরমসিনা সাধক-খুদিংনা মরম্নাই সম্প্রদায়গী সাধুশিংগী আচরণ অদুগী মতৌ তম্গদবনী। সম্প্রদায় অমগী সাধুশিংগী আচরণ মরক্তা থোইদোকপা খেন্নবা লৈক্তম থোক্তে ; মরমদি, মখোয় পুম্বনা শাস্ত্রনা য়াবা আচরণদুদা ঙাক্তুমা চৎনরিবনী। সাধুশিংগী আচরণ-শিংগী মনুঙদসু শাস্ত্রনা য়াদবা আচরণ য়াওরবদি মদু ইল্লুবসু ভক্তিশাস্ত্রনা য়াদে। নৈনরিবা পয়ারসিদা খন্নগদবা ৱিবয়দি অসিনী মদুদি—সাধক অমনা সামাজিক প্রথা (সমাজগী চৎনবী) খন্গদবা নত্রগা শাস্ত্রবিধি ইন্গদরা ? সনৌড়িয়াগী মথুং চাবদি সমাজগী বিধি মতুং ইন্না য়াদে ; মরমদি সনৌড়িয়াদি মথুং-চানদবা জাৎনী ; মথুং চাবা য়াই য়াদে হায়বসিগী মনুঙদা সনৌড়িয়াগী জাতিগী রানী। অদুগা জাতিগী রা চৎপদি নরক ঙাননবা মরমনী হায়না ভক্তিশাস্ত্রনা হায়। অদুদি করি তৌফম থোক্লে ? সনৌড়িয়াগী জাতি য়েংদুনা মথুং চাদবনা সমাজগী মর্য্যাদা ঙাক্কনী হায়বা চুম্মী ; অদুবু ভক্তিয়োকৃখৎপগী মতাঙদদি বিপ্নি থোরকৃপা য়াই। অদুগা অমুক মাগী জাতিগী রা খল্লুবা তোক্তুনা মহাক্কী বৈষ্ণবতা (বৈষ্ণব ওইবদুতা) অদুদা য়েংলগা মথুং চারুবসু সমাজগী মর্য্যাদা হায়বদু ঙাক্তবা তারে ; অদুবু বৈষ্ণবতাগী মর্য্যাদাদি ঙাক্লগনী, মদু ঙাক্লগদি ভক্তি য়োকৃখৎপগী লম্বীদা বিপ্নি লৈগনী হায়না চিংনফম থোক্তে। সমাজগী মর্য্যাদানা হেন্বরা নত্রগা বৈষ্ণবতাগী হায়বদি ভক্তিগী মর্য্যাদানা হেন্বরা ? সমাজ-বিধান য়েংদুনা চৎখিবা মীশিংসু সমাজধর্ম্মগী মরমদদি মহাপুরুষনী ; অদুগা ভক্তি শাস্ত্রগী বিধান লেঙকম্বা মীশিংসু ভক্তিরাজ্যদদি মহাপুরুষনী। মতাঙসিদা কনাগী য়াথং ইন্ফম থোক্য়ি হায়বদু মরম্নাই সম্প্রদায়গী সাধুশিংনা চৎলম্বা আচরন্না লেপ্পা তাবনী। শ্রীপাদ মাধবেন্দ্রপুরী-গোস্বামীদি ভক্তি মার্গগী মহাপুরুষনী ; মহাক্কী আচরণদুমক ভক্ত ওইনা মহাপ্রভুনা লৌরম্বনী।

পয়ারসিদা হায়রি—সাধুশিংগী আচরণদি ধর্ম্মস্থাপনগী হেতুনী ; করম্বা আচরণগী তুং ইল্লগা সাধক ওইবগী ধর্ম্ম ঙাকৃপা ঙম্গদগে হায়বগী রাসী সাধুশিংগী আচরণ য়েংলগা লেপ্পা তাবনী ; মরমদুনা আচরণ অদু ধর্ম্ম-শাস্ত্রনা য়াগদবনী হায়বগী মতাঙদা চিংনন্ডাই করিসু লৈতে ; শাস্ত্রনা

য়াদবা আচরণ ওইরণদি মতু ধর্ম্মস্থাপনগী হেতু হায়বতু ওইরা, য়াদরে। গীতাদা শ্রীকৃষ্ণনা হায়রম্মী—করম্বনা তৌফম থোকয়ি, করম্বমা তৌফম থোক্তে হায়বসী শাস্ত্রগী মানা তেঙবাঙলগা লেপ্ কদবনী। তস্মাচ্ছাস্ত্রপ্রমাণং তে কার্য্যাকার্য্যাব্যবস্থিতৌ॥ মসী শ্রীভগবান্গী বচন-মক্নী।

পুরীগোসাঞির-নচিংবা—পুরীগোস্বামীনা উৎলম্বা আচরণতুনা খ্বাইদগী হেন্বা আচরন্নী ; মরম্তুনা আচরণতু ঐখোয় লোইনমক্না চৎফম থোক্পনী। পুরী-গোস্বামীনা সনৌড়িয়া ব্রাহ্মণগী মথুৎ চারম্মী, সনৌড়িয়াতু বৈষ্ণব-নী খঙতুনা মহাক্না থোংবা চাক চারম্বনী। শ্রীপাদ মাধবেন্দ্রপুরীনা মছামক্না চৎতুনা পীরম্বা শিক্ষাতু লোইনমকী লৌনফম্নী হায়বতু প্রভুমক্না হায়রে।

মূল ১৮৬

তর্কোঽপ্রতিষ্ঠঃ শ্রুতয়ো বিভিন্না
নাসাবৃষির্যস্য মতং ন ভিন্নম্।
ধর্ম্মস্য তত্ত্বং নিহিতং গুহায়াং
মহাজনো যেন গতঃ স পন্থাঃ॥ ১৮৬॥

শব্দার্থ

তর্কঃ—মরৈয়েংপা ; অপ্রতিষ্ঠঃ—য়ুম্ফম-লৈতবা ; শ্রুতয়ঃ—শ্রুতিপুম্বা ; বিভিন্নাঃ—তোঙান্-তোঙাম্নী ; ন—নত্তে অসৌ—মহাক ; ঋষিঃ—ঋষি ; যস্য—মহাক্কী ; মতং—মত ; ন—নত্তে ; ভিন্নম্—তোঙান্বা ; ধর্ম্মস্য—ধর্ম্মগী ; তত্ত্বং—অওইবা য়াদি ; নিহিতং—লৈবনী ; গুহায়াং—অথুপ্পা মফম্দা ; মহাজনঃ—মহাজন ওইবা মীনা ; যেন—লম্বীদা ; গতঃ—চৎখিবা ; সঃ—মতু ; পন্থাঃ—লম্বীনী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মরৈ য়েংনরগা অওইবা করিনো হায়বতু লেপ্পা য়াদে ; শ্রুতিশিংগী মত-সু তোঙান্ তোঙাম্নী ; তোঙান্বা-মত-পুদবা মীদি ঋষি নত্তে ; ধর্ম্ম তত্ত্বদি অথুপ্পা মফমদা লৈবনী ( হায়বদি খিবদা য়ানঙাইনী ) ; মরমতুনা মহাজনশিংনা ( হায়বদি মাঙদা হৌখিবা আচার্য্যশিংনা ) চৎলম্বা লম্বীদো, অতুমক চৎপা তাবনী।

## নৈনরোল

শ্লোকসী মহাভারতকী বনপর্ব্বদগী লৌথোরকপনী । (৩/১৩/১১৭)।

মহাজনগী আচরণহুনা আচাররূপ ধর্ম্ম লেপ্‌কদবনী হায়বহু শ্লোকসীদা হায়রি, অহুনা মসী মূল পয়ার ১৮৫-গী প্রমাণ্নী।

## মূল ১৮৭-১৮৮

তবে সেই বিপ্র প্রভুকে ভিক্ষা করাইল।
মধুপুরীর লোক প্রভুকে দেখিতে আইল ॥ ১৮৭ ॥
লক্ষসঙ্খ্য লোক আইসে নাহিক গণন।
বাহির হইয়া প্রভু দিল দরশন ॥ ১৮৮ ॥

## শব্দার্থ

তবে—অদুদগী; সেই বিপ্র—ব্রাহ্মণ অহুনা; প্রভুকে—প্রভুবু; ভিক্ষা করাইল—লুক হাহল্লে: মধুপুরীর—মথুরাগী; লোক—মীশিং; প্রভুকে—প্রভুবু; দেখিতে—দর্শন তৌবা; আইল—লাকৃখি; লক্ষসঙ্খ্য—মশীঙ লক্ষ অমগী; লোক—মীয়াম; আইসে—লাক্‌য়ি; নাহিক গণন—শীঙথাবা ঙম্লমদে; বাহির হইয়া—থোরক্লুনা; প্রভু—প্রভুনা; দিল—পীখি; দরশন—দর্শন।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অদুদগী ব্রাহ্মণ অহন্দুনা লুক হৌরগা প্রভুবু ফংহন্‌খি। মথুরাগী মীয়াম্না প্রভুবু দর্শন তৌগদৌবগী লাকৃখি। মীয়ামহু লক্ষ অমরোম ওইগনী, মশীঙ থীবা ঙম্বা নত্তে। প্রভুনা লেঙথোক্লগা দর্শন পীখি।

## মূল ১৮৯

বাহু তুলি বোলে প্রভু 'বোল হরি হরি'।
প্রেমে মত্ত নাচে লোক হরিধ্বনি করি ॥ ১৮৯ ॥

## শব্দার্থ

বাহু—পাম্বোম; তুলি—থাঙ্গৎলগা; বোলে প্রভু—প্রভুনা হায়

বোল হরি হরি—হায়য় হরি হরি ; প্রেমে—কৃষ্ণপ্রেমদা ; মত্ত—ভাওবা ( ওইদুনা ) ; নাচে—জগোই শাই ; লোক—মীয়াম্না ; হরিধ্বনি—হরি শব্দগী খোন্নিন্ ; করি—থোক্হন্দুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পাম্বোম থাঙৎলগা প্রভুনা "শোল্লু হরি হরি" হায়রম্মী। কৃষ্ণপ্রেমনা ভাওরদুনা মীয়ামদুনা হরিধ্বনি তৌনা জগোই শাগৎখি।

মূল ১৯০

যমুনার চব্বিশ-ঘাটে প্রভু কৈল স্নান।

সেই বিপ্র প্রভুকে দেখায় তীর্থস্থান ॥ ১৯০ ॥

শব্দার্থ

যমুনার—যমুনা তুরেনগী ; চব্বিশ—কুন্মরি ; ঘাটে—ঘাট্টা ; প্রভু—প্রভুনা ; কৈল—তৌখি ; স্নান—চাইথবা, ইরুজবা ; সেই বিপ্র—বিপ্রদুনা ; প্রভুকে—প্রভুদা ; দেখায়—উৎলী ; তীর্থস্থান—লাইফম।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

যমুনা তুরেন্‌গী ঘাট কুন্মরিদা প্রভুনা স্নান তৌখি। ব্রাহ্মণদুনা প্রভুবু তীর্থস্থান য়েংহন্‌খি।

নৈনরোল

**চব্বিশ-ঘাট**—তীর্থ কুন্মরি ; মদুদি—(১) অবিমুক্ত ; (২) বিশ্রান্তি ; (৩) গুহ্য হায়বদি সংসারমোচন ; (৪) প্রয়াগ ; (৫) কনখল ; (৬) তিন্দুক ; (৭) সূর্য্য ; (৮) বটস্বামী ; (৯) ধ্রুব ; (১০) ঋষি ; (১১) মোক্ষ ; (১২) বোধি ; (১৩) নব ; (১৪) ধারাপতন ; (১৫) সংযমন ; (১৬) নাগ ; (১৭) ঘটাভরণ ; (১৮) ব্রহ্ম ; (১৯) সোম ; (২০) সরস্বতীপতন ; (২১) চক্র ; (২২) দশাশ্বমেধ ; (২৩) বিঘ্নরাজ ; (২৪) কোটী। ( ভক্তিরত্নাকর, ৫ম তরঙ্গ )।

মূল ১৯১

স্বয়ম্ভু, বিশ্রাম, দীর্ঘবিষ্ণু, ভূতেশ্বর।

মহাবিদ্যা গোকর্ণাদি দেখিল সকল ॥ ১৯১ ॥

শব্দার্থ

স্বয়ম্ভু—শ্রীশ্রীবিষ্ণুবিগ্রহ ; বিশ্রাম—বিশ্রাম ; দীর্ঘবিষ্ণু—দীর্ঘবিষ্ণু ; ভূতেশ্বর—ভূতেশ্বর ; মহাবিদ্যা—দেবীমূর্ত্তি ; গোকর্ণাদি—গোকর্ণ-নচিংবা ; দেখিল—য়েংখি ; সকল—লোইনমক ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

স্বয়ম্ভু, বিশ্রাম, দীর্ঘবিষ্ণু, ভূতেশ্বর, মহাবিদ্যা, গোকর্ণ-নচিংবা লোইনমক প্রভুনা দর্শন তৌখি ।

মূল ১৯২

বন দেখিবারে যদি প্রভুর মন হৈল ।

সেই ত ব্রাহ্মণ নিজ সঙ্গে করি লৈল ॥ ১৯২ ॥

শব্দার্থ

বন দেখিবারে—বন য়েংনবা ; যদি—মতমদা ; প্রভুর মন—প্রভুনা নীঙবা ; হৈল—ওইরম্মী ; সেই ত ব্রাহ্মণ—ব্রাহ্মণহুমক্কা ; নিজ সঙ্গে—মছাগা লোয়ননা ; করি লৈল—পুরম্মী ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা বন য়েংনীঙলকপা মতমদা ব্রাহ্মণ অদুনা মছামক্কা লোয়ননা পুরম্মী ।

মূল ১৯৩

মধুবন তাল-কুমুদ-বহুলা-বন গেলা ।

তাহাঁ তাহাঁ স্নান করি প্রেমাবিষ্ট হৈলা ॥ ১৯৩ ॥

শব্দার্থ

মধুবন—মধুবন ; তাল—তালবন ; কুমুদ—কুমুদবন ; বহুলাবন—বহুলাবন ; গেলা—লেঙলুই ; তাহাঁ তাহাঁ—মফম মফমদুদা ; স্নান করি—স্নান তৌরগা ; প্রেমাবিষ্ট হৈলা—প্রেমাবেশদা লুপ্‌খি ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মধুবন, তালবন, কুমুদবন, বহুলা বনদা প্রভু লেঙঙী । লেঙঙ্ লেঙঙ্‌বা মফমদা স্নান তৌর-তৌরগা প্রভু প্রেমাবিষ্ট ওইখি ।

## মূল ১৯৪

পথে গাবীঘটা চরে প্রভুকে দেখিয়া।
প্রভুকে বেড়য় আসি হুঙ্কার করিয়া ॥ ১৯৪ ॥

## শব্দার্থ

পথে—লম্বীদা ; গাবী—শল্ অমোম্ ; ঘটা—পুম্নমক্না ; চরে—শজীক চায় ; প্রভুকে দেখিয়া—প্রভুবু উত্থনা ; প্রভুকে বেড়য়—প্রভুব্ কোয়শল্লী ; আসি—লাক্লুনা ; হুঙ্কার করিয়া—হুঙ হায়না ঙংথুনা ;

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

লম্বীদা শল্-অমোম্ পুম্নমক্না শজীক্ চারম্মী ; প্রভুব্ উবদা মখোয় ময়ামথুনা হুঙ্কার তৌথুনা লাক্লগা প্রভুবু কোয়শল্লম্মী।

## মূল ১৯৫

গাবী দেখি স্তব্ধ প্রভু প্রেমের তরঙ্গে।
বাৎসল্যে গাবী প্রভুর চাটে সব অঙ্গে ॥ ১৯৫ ॥

## শব্দার্থ

গাবী—শল্-অমোম্ ; দেখি—উরগা ; স্তব্ধ প্রভু—প্রভু তুমিন্না লৈখি ; প্রেমের তরঙ্গে—প্রেমগী ঈথক্না ; বাৎসল্যে—বাৎসল্য প্রেমদা ; গাবী—শল্-অমোম্না ; প্রভুর—প্রভুগী ; চাটে—লেক্লম্মী ; সব অঙ্গে—হকচাঙ পুম্বদা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শল্-অমোম উবদা প্রেমগী ঈরাংনা প্রভু তুমিন্না লৈখি। শল্ অমোম্না বাৎসল্য-প্রেমদা প্রভুগী অঙ্গ পুম্বা মরৈংনা লেক্খি।

## নৈনরোল

শম্-অমোম্ উবদা ব্রজলীলাগী শনজেন্বগী বা নীঙশীঙলক্লুনা প্রভুনা প্রেমশ্না তুমিন্ লৈখি।

## মূল ১৯৬

সুস্থ হঞা প্রভু করে অঙ্গ কণ্ডুয়ন।
প্রভু-সঙ্গে চলে,—নাহি ছাড়ে ধেনুগণ ॥ ১৯৬ ॥

### শব্দার্থ

সুস্থ—হস্থবা ; হঞা—ওইদুনা ; প্রভু—প্রভুনা ; করে—তৌয়ি ; অঙ্গ—হকচাঙ ; কণ্ডুয়ন—নাণবীবা, হাকৎচবা হোৎপীবা ; প্রভু সঙ্গে—প্রভুগা লোয়নন। ; চলে—চৎলী ; নাহি ছাড়ে—থাদোক্তে ; ধেনুগণ—শল্-শিংনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(চপ্-লেপ্লদ্দগী) হস্থরক্লগা প্রভুনা শল্গী মছা-মউ হাকৎচবা হোৎপগী-দমক নান্বীরম্মী। শল্শিংদুনা প্রভুগা লোয়নন। চৎলম্মী, থাদোক্লম্দে।

## মূল ১৯৭

কষ্টে-সৃষ্টে ধেনুসব রাখিল গোয়াল।
প্রভুকণ্ঠধ্বনি শুনি আইসে মৃগীপাল ॥ ১৯৭ ॥

### শব্দার্থ

কষ্টে সৃষ্টে—য়াম্না রানা ; ধেনুসব—শল পুম্নমক ; রাখিল—খাম্খি ; গোয়াল—শন্জেন্বনা ; প্রভুকণ্ঠধ্বনি—প্রভুগী খনাও মখোল ; শুনি—নাকোঙনা তারগা ; আইসে—লাকৃয়ি ; মৃগী-পাল—শজী অমোম্গী লূপ্।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

রানা হোৎনদুনা শন্জেন্বশিংনা শল্শিংদুবু খাম্হৌয়ি। প্রভুগী খোন্ তাবদা শজী অমোম্ ময়াম্ লাক্লম্মী।

## মূল ১৯৮

মৃগ-মৃগী মুখ দেখি প্রভু-অঙ্গ চাটে।
ভয় নাহি করে—সঙ্গে যায় বাটেবাটে ॥ ১৯৮ ॥

### শব্দার্থ

মৃগ—শজীলাবা ; মৃগী—শজী অমোম্না ; মুখ—প্রভুগী মায়থোঙ ;

দেখি—উরগা ; প্রভু—প্রভুগী ; অঙ্গে—হকচাঙদা ; চাটে—লেকৃয়ি ; ভয়—কিবা ; না করে—তৌদে ; সঙ্গে—লোয়ননা ; যায়—চৎলী ; বাটে বাটে—লম্বী লম্বীদা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শঙ্গীলাবা-অমোম্‌শিংনা প্রভুগী মায়থোঙ উরগা প্রভুগী অঙ্গদা ময়েঃনা লেকৃয়ি ; মখোয় করিমতা কিরম্‌দে, প্রভুগা লম্বী খুদিঙদা লোয়ননা চৎলম্মী ।

## মূল ১৯৯

অঙ্গের সৌরভে মৃগ-মৃগী-শৃঙ্গ উঠে ॥
কৃপা করি প্রভু হস্ত দিলা তার পিঠে ॥ ১৯৯ ॥

### শব্দার্থ

অঙ্গের—( প্রভুগী ) হকচাঙগী ; সৌরভে—মুংশিবা মণম্না ; মৃগমৃগী-শৃঙ্গ—শঙ্গী-লাবা-অমোমশিংগী মচীশিং ; উঠে—রাংখৎলম্মী ; কৃপা করি—চান্‌বিহুনা ; প্রভু—প্রভুনা ; হস্ত দিলা—খুৎনা নান্‌বিখি ; তার—মখোয়গী ; পিঠে—নঙ্গন্দা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুগী হকচাঙগী মুংশিবা মণম ফংবদা শঙ্গী-লাবা-অমোম্‌শিংনা ময়াম হাইগৎপগা লোয়ননা মচীশিংহু রাংখৎলম্মী । প্রভুনা চান্‌বিহুনা মখোয়গী মনঙ্গন্দা নাণ্‌বিখি ।

## মূল ২০০

পিক ভৃঙ্গ প্রভুকে দেখি পঞ্চম গায় ।
শিখিগণ নৃত্য করি প্রভু-আগে যায় ॥ ২০০ ॥

### শব্দার্থ

পিক—কোকিল ; ভৃঙ্গ—খোই ; প্রভুকে দেখি—প্রভুবু উরগা ; পঞ্চম—স্বর তরেৎকী মঙাশুবা স্বর 'প' ; কোকিলস্বরগী মতৌতম্বা স্বর ( খোন ) ; গায়—শকৃয়ি ; শিখিগণ—রাহোংশিংনা ; নৃত্য করি—জগোই শারগা ; প্রভু—প্রভুগী মাঙদা ; যায়—চৎলী ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুবু উবদা কোকিল অমদি খোইশিংনা পঞ্চম শরুম্মী ; মাহোংশিংনা জগোই শাবগা প্রভুগী মাঙদা চৎলম্মী ।

## মূল ২০১

প্রভু দেখি বৃন্দাবনের বৃক্ষলতাগণ ।
অঙ্কুর পুলক, মধু অশ্রু বরিষণ ॥ ২০১ ॥

### শব্দার্থ

প্রভু দেখি—প্রভুবু উবদা ; বৃন্দাবনের—বৃন্দাবনগী ; বৃক্ষলতাগণ—বৃক্ষ ( উপাল ), লতা ( উরী ) শিংনা ; অঙ্কুর—ময়োন্ ; পুলক—তুজুং ; মধু—খোইহী ; অশ্রু—পিরাং ; বরিষণ—খিক্থরম্মী ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুবু উবদা বৃন্দাবনগী উ-উরীশিংদা তুজুংবগুম ময়োন চোংলম্মী অমসুং পিরাং শিঙ্গবগুম্ খোইহী চেঙ্গরম্মী ।

## মূল ২০২

ফুল-ফল ভরি ডাল পড়ে প্রভু পায় ।
বন্ধু দেখি বন্ধু যেন ভেট লঞা যায় ॥ ২০২ ॥

### শব্দার্থ

ফুল—লৈপাল ; ফল—উহৈ ; ভরি—থন্না ; ডাল—উশা ; পড়ে—তুথৈ ; প্রভু-পায়—প্রভুগী খোঙদা ; বন্ধু—মরূপ্না ; দেখি—উরগা ; বন্ধু—মরূপ্না ; যেন গুম্না , ভেট—খুদোল্-পোৎ; লঞা—পুরগা ; যায়—চৎলী ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

উশাশিংনা হৈপাল্ লৈপাল্‌গা লোয়ননা প্রভুগী চরণ তম্না লূক্থরম্মী । মরূপনা মরূপ উবদা খুদোলপোৎ পুরগা চৎপগুম্মী ।

## নৈনরোল

প্রভুবু উবদা বৃন্দাবনগী পামেন্‌শিংনা অমসুং উরীশিংসু হরাওরম্মী—মখোয়গী নানৌ ময়োন্ চোংলম্মী, অদুগা খোইহী শিঙ্গরম্মী ; মখোয়গী

মছাদা প্রেম পোক্নুনা সাত্ত্বিক বিকার থোরক্পগুম তৌরম্মী—নানৌ ময়োম্না মখোয়গী তুজুংবনী অদুগা খোইহী চেম্বরম্বদুনা মখোয়গী পিরাংগুম্বনী। উশাশিংসু উহৈগা লৈরাংগনা লুম্থরদুনা নোম্বরম্নগা প্রভুগী চরণ শোকপ-গুম্নম্মী; মরূপম্ উরগা মরূপম্না খুদোল্পোৎ য়াম্না পীবগুম্না পামেল অমদি উরীশিংসু প্রভুদা লৈরাংগা উহৈগা খুদোল্ তৌবগুম্নম্মী;

## মূল ২০৩

প্রভু দেখি বৃন্দাবনের স্থাবর জঙ্গম।
আনন্দিত—বন্ধু যেন দেখে বন্ধুগণ ॥ ২০৩ ॥

## শব্দার্থ

প্রভু—প্রভুবু; দেখি—উবদা; বৃন্দাবনের—বৃন্দাবনগী; স্থাবর—লেঙদবা, চত্তবা ( উ-ৱা-নচিংবা ); জঙ্গম—অচৎপা ( কোবিল, খোইমু, রাহোং, শজী-লাবা অমোম্নচিংবা ); আনন্দিত—নুংঙাইবা ওইরম্মী; বন্ধু মরূপম্; যেন—গুম্না, দেখে—য়েংঙী; বন্ধুগণ—মরূপশিংনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুবু উবদা বৃন্দাবনগী স্থাবর অমসুং জঙ্গম লোইনমক হরাওরম্মী; মরূপম্ মরূপ ময়াম্না য়েংবগুম্মী ( হায়বদি প্রভুবু উ-ৱা-নচিংবনা অদুগা শা-উচেকশিংনা হরাওনা য়েংলম্মী )।

## মূল ২০৪

তা-সভার প্রীতি দেখি প্রভু ভাবাবেশে।
সভাসনে ক্রীড়া করে হঞা তার বশে ॥ ২০৪ ॥

## শব্দার্থ

তা-সভার—মখোয় পুম্নগী; প্রীতি—নুংশিবা; দেখি—উবদা; প্রভু—প্রভুনা; ভাবাবেশে—প্রেমাবেশদা; সভাসনে—মখোয় লোইনমক্কা লোয়ননা; ক্রীড়া—শান্নবা; করে—তৌয়ি; হঞা—ওইদুনা; তার—মখোয়গী; বশে—মখা পোন্বা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( স্থাবর জঙ্গম ) মখোয় পুম্নমক্কী মুংশিবত্থু উরগা প্রভুনা প্রেমাবেশদা মখোয়গী মথা পোন্দুনা মখোয় পুম্বগা লোয়ননা শান্নখি।

মূল ২০৫-২০৬

প্রতিবৃক্ষলতা প্রভু করে আলিঙ্গন।

পুষ্পাদি ধ্যানে করেন কৃষ্ণে সমর্পণ ॥ ২০৫ ॥

অশ্রু কম্প পুলক প্রেমে শরীর অস্থিরে।

'কৃষ্ণ বোল কৃষ্ণ বোল' বোলে উচ্চৈঃস্বরে ॥ ২০৬ ॥

শব্দার্থ

প্রতিবৃক্ষলতা—উ অমমম্বুং উরী খুদিংমকপু ; প্রভু—প্রভুনা ; করে—তৌয়ি ; আলিঙ্গন—কোন্‌বা ; পুষ্পাদি—লৈরাংনচিংবত্থু ; ধ্যানে—রাখন্না; পুক্নীঙনা ; করেন—তৌয়ি ; কৃষ্ণে—কৃষ্ণদা ; সমর্পণ—বৎপা ; অশ্রু—পিরাং ; কম্প—নীকৃপা ; পুলক—তুজুংবা ; প্রেমে—কৃষ্ণপ্রেমনা ; শরীর—হকচাঙ; অস্থিরে—তপ্‌থদবা ; কৃষ্ণ বোল কৃষ্ণ বোল—কৃষ্ণ হায়য়ু কৃষ্ণ হায়য়ু ; বোলে—হায় ; উচ্চৈঃস্বরে—খোন্‌রাংনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

উ উরী খুদিংবু প্রভুনা কোন্‌বীরম্মী অদুগা লৈরাংনচিংবত্থু রাখন্না তৌরগা শ্রীকৃষ্ণদা কৎলম্মী। কৃষ্ণপ্রেমনা সাত্ত্বিক বিকার ওইহনা প্রভুনা পিরাং শিন্থে, নীকৃয়ি অমমম্বুং তুজুংঙী ; অদুগ্না তৌবনা দেহত্থু তপ্‌থবা য়ারমদে। প্রভুনা খোন্‌হৌনা 'কৃষ্ণ শোল্লু কৃষ্ণ শোল্লু' হায়না হায়রম্মী।

মূল ২০৭

স্থাবর জঙ্গম মিলি করে কৃষ্ণধ্বনি।

প্রভুর গম্ভীর স্বরে যেন প্রতিধ্বনি ॥ ২০৭ ॥

শব্দার্থ

স্থাবর—চৎতবা ; জঙ্গম—অচৎপা ; মিলি—ভিন্নরগা ; করে—তৌয়ি ;

কৃষ্ণধ্বনি—কৃষ্ণ কৃষ্ণ হায়বা খোল্লাও ; প্রভুর—প্রভুগী ; গম্ভীর—চাওলেম্বা ; স্বরে—খোন্দা ; যেন—গুম্না ; প্রতিধ্বনি—খোস্থাঙ ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

স্থাবর জঙ্গম লোইনা তিন্নরগা কৃষ্ণ কৃষ্ণ হায়দুনা ধ্বনি তৌরম্মী। মখোয়গী ধ্বনিদু প্রভুগী চাওলেম্বা খোন্দাগী খোন্থাঙনী হায়না থল্লম্মী ।

মূল ২০৮

মৃগের গলা ধরি প্রভু করেন রোদন ।

মৃগের পুলক-অঙ্গ-অশ্রু নয়ন ॥ ২০৮ ॥

শব্দার্থ

মৃগের—শজীলাবগী ; গলা—ঙক ; ধরি—পায়রগা ; প্রভু—প্রভুনা ; করেন—তৌরি ; রোদন—কপ্পা ; মৃগের—শজীগী ; পুলক অঙ্গ—তুজুংবা হক্চাঙ ; অশ্রু-নয়ন—পিরোইনবা মীৎ ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শজীগী মঙক পায়দুনা কোল্লগা প্রভুনা কপ্লম্মী ; মদুদা শজীগী মছাদা তুজুংলম্মী অদুগা মীত্তগী পিরাং শিন্থরম্মী ।

মূল ২০৯

বৃক্ষডালে শুকশারী দিল দরশন ।

তাহা দেখি প্রভুর কিছু শুনিতে হৈল মন ॥ ২০৯ ॥

শব্দার্থ

বৃক্ষডালে—উশাদা ; শুক—তেনরা লাবা ; শারী—তেমরা অমোম ; দিল—পীখি ; দরশন—দর্শন ; তাহা—মদু ; দেখি—উরগা ; প্রভুর—প্রভুগী ; কিছু—খরদং ; শুনিতে—নাকোঙনা তাগে হায়না ; হৈল—ওইখি ; মন—পুক্নীঙ ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

উশাদা তেনরা লাবা-অমোম্না শক্ উৎলরে। মদু উবদা প্রভুনা নাকোঙদা খরদং তানীঙখি।

মূল ২১০

শুক-শারিকা প্রভুর হাথে উড়ি পড়ে।
প্রভুকে শুনাঞা কৃষ্ণের গুণশ্লোক পড়ে ॥ ২১০ ॥

শব্দার্থ

শুক— তেনরা লাবা ; শারিকা—তেনরা অমোম্ ; প্রভুর—প্রভুগী ; হাথে—খুত্তা ; উড়ি—পাইরকুনা ; পড়ে—তারৈ ; প্রভুকে—প্রভুবু ; শুনাঞা—নাকোঙদা তাহল্লগা ; কৃষ্ণের—শ্রীকৃষ্ণগী ; গুণশ্লোক—গুণ থাগৎপা শ্লোক ; পড়ে—থীরম্মী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

তেনরা লাবা-অমোম্না পাইরক্লগা প্রভুগী খুত্তা তোংলৈ। প্রভুবু তাহন্দুনা কৃষ্ণগী গুণ-থাগৎপা শ্লোক থীখি।

নৈনরোল

শুক-শারীনা থীখিবা শ্রীকৃষ্ণগী গুণশ্লোক অদু মথাদা ইরি।

শুক-শারীদি উমংগী চেক্লানী ; মখোয়না সংস্কৃতশ্লোক মথন্তনা থীরম্মী হায়বসী ময়ামগী হায়রুরগদি ওইথোক্তবনী হায়না লৌগদবনী ; ভগবান্গী অচিন্ত্য ( মীওইবগী রাখন্না লামঙম্দবা ) শক্তিনা মহাক্কী লীলাস্থানগী অচিন্ত্য শক্তিনা—মীরম্লেন্দা ওইথোক্তবা থবকসু ওইথোক্‌য়ি।

শ্রীবৃন্দাবন দি স্বরূপকী হায়রগদি চিন্ময় ধাম অমনী ; মাগী শা-উচেক-তীন্‌কাঙ-উ-রা-উরীনচিংবা পুম্নমক চিন্ময় ওক্নী। অদুম্বদি ওইরগা প্রাকৃত জীবগী "চর্ম্মচক্ষে দেখে তারে প্রপঞ্চের সম। প্রেমনেত্রে দেখে তার স্বরূপ প্রকাশ। গোপ-গোপী-সঙ্গে যাহাঁ কৃষ্ণের বিলাস॥—১/৫/-২০—২১॥"—হায়না হায়রি। মায়ালাংদা-থুরিবা জীবগী মফমদদি শ্রীবৃন্দা-বন অসী প্রাকৃত ওইবা মফম অমনী হায়না থল্লী ; প্রেমগী-মীৎ-পাংলবা মীতাশিংনা ধামসিগী স্বরূপ ফংবা ওম্মী—উবা ফংঙী মতুদি, শ্রীকৃষ্ণগী প্রকটলীলাগী মতমদা ঐখোয়না উরিবা বৃন্দাবন অসিগী ওইরম্বা অবস্থাদো হৌজিকসু অদুম ওইরি ; মতমচুদা মফমচুদা লৈরম্বা শা-উচেক, উ-রা-নচিংবা পুম্নমক হৌজিকসু অদুম লৈরি ; মতমচুদা শা-উচেকশিংসিনা

শ্রীকৃষ্ণগী সেবা তৌখিবহ্ হৌজিকসু অহুম তৌরি। অহুগা, শ্রীমন্‌মহাপ্রভুদি স্বয়ং শ্রীকৃষ্ণনী; মহাক্না বৃন্দাবন দা লেঙলক্লে মহাকী হান্না শান্নখিবা লীলাগী শান্নফম য়েংগে হায়না; প্রেমগী আশ্রয় ( তুঙফম ) ওইনা মহাকী হান্নগী লীলা শান্নফমগী মাধুর্য্য আস্বাদন তৌগে হায়বগীদমক। মহাকী হান্নগী পরিকর ওইখিবা শা-উচেক, উ রা নচিংবনা হান্নগীগুম্না মাগী সেবা তৌগনী হায়বদা করি ওক্লবাই লৈবগে ?

## মূল ২১১

সৌন্দর্য্যং ললনালিধৈর্য্যদলনং লীলারমাস্তম্ভিনী
বীর্য্যং কন্দুকিতাদ্রিবর্য্যমমলাঃ পারেপরার্দ্ধং গুণাঃ
শীলং সর্ব্বজনানুরঞ্জনমহো যস্যায়মস্মৎপ্রভুর্ব্বিশ্বং
বিশ্বজনীনকীর্ত্তিরবতাৎ কৃষ্ণো জগন্মোহনঃ ॥ ২১১ ॥

### শব্দার্থ

সৌন্দর্য্যং — শকৃফজবা ; ললনালি— নুপীশিংগী ; ধৈর্য্য- অথাঙ কন্‌ববু ; দলনং—মাঙহন্‌বা ঙম্বা ; লীলা—মাগী লীলানা ; রমা—বৈকুণ্ঠগী মবেম্মা লক্ষ্মীবু ; স্তম্ভিনী—ঙকৃহন্-ঙম্বা ; বীর্য্যং—থৌনানা ; কন্দুকিতাদ্রিবর্য্যং—গিরিগোবর্দ্ধনবু কাঙক্রুম্ ওইহনঙম্বা ; অমলাঃ—মোৎতবা ; পারে পরার্দ্ধং পরার্দ্ধগী রাংমদা, ঙমথৈ-নাইদবা ; গুণাঃ—গুণশিং, শীলং— স্বভাব (মতৌ মরাং) ; সর্ব্বজন—মী পুম্নমক্কী ; অনুরঞ্জনম্— নুঙাইহন্‌বা অহো—অহো ; যস্য—মহাক্কী ; অয়ম্— মহ্ ; অস্মদ্‌প্রভুঃ— ঐখোয়গী প্রভু ; বিশ্বং —বিশ্বজগৎপু ; বিশ্বজনীনকীর্ত্তিঃ— বিশ্বমঙ্গল ওইহন্‌ঙম্বা মিংচৎ লৈবা ; অবতাৎ—ঙাকৃপীশনু ; কৃষ্ণঃ—কৃষ্ণনা ; জগন্মোহনঃ— জগৎগুম্বা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মাগী ফজবা শক্না নুজাথম্মোই-লাংতক্নহন্‌বা (ধৈর্য্য-মাঙহন্‌বা), মাগী লীলানা বৈকুণ্ঠগী মবেম্মা লক্ষ্মীবুসু ঙকৃহৎঙম্বা. মাগী পাঙ্গল্না চীঙশাংমাকোক গোবর্দ্ধনবু কাঙক্রুম অমগুম ওইহন্‌বা, মাগী গুণখিবিক্না মোৎতবা অমসুং শীঙ নাইদবা ওইরিবা, মাগী স্বভাবনা পুম্নমকপু নুংঙাইহন্‌বা, অমসুং মাগী মিংচৎনা বিশ্বজনগী মঙ্গল ওইহন্‌বা, অহ্‌গুম্বা ঐখোয়গী প্রভু জগৎগুম্বা শ্রীকৃষ্ণনা বিশ্ববু কন্‌বিসনু।

## মৈনরোল

শ্লোকসী শ্রীগোবিন্দলীলামৃতকী লোৎথোরক্লনী ( ১৩/২৯ )– ।

শ্লোকসীদা তেনরা লাবনা শ্রীকৃষ্ণগী গুণ বর্ণনা তৌরি । শ্রীকৃষ্ণগী সৌন্দর্য্যাদি ললনালিধৈর্য্যদলনং—ললনা (নুপীচুজা) পুম্নমক্কী ( সতীত্ব-ঙাক্নবা অখাঙকন্নবু ) দলন তৌবা (মাঙহন্‌বা) ওস্মী ; শ্রীকৃষ্ণগী সৌন্দর্য্যনা মপূক্লীঙ চিংঙম্‌দবা অদুগুম্বী নুপী অমতা লৈতে । মহাক্কী লীলা-না (রাসন-চিংবা লীলানা) ওইয়ে রমাস্তম্ভিনী– বৈকুণ্ঠগী মহেশ্মা লক্ষ্মীবু গুম্‌হৎপা ওম্বনী । শ্রীকৃষ্ণগী বীর্য্য (পাঙ্গল, শক্তি) কয়ামুক কন্‌বগে হায়ববু, বীর্য্যদুনা ওইয়ে কন্দুকিতাদ্রিবর্য্যং—কন্দুক (কাঙক্রুম) অমগুম ওইহল্লী অদ্রিবর্য্যবু ( গিরিরাজ-চীঙ-মকোক—( গোবর্দ্ধন চীঙগুম্বা অচৌবা চীঙ অমবু অঙাং অমনা কন্দুক-পু ( কাঙক্রুম্বু ) য়াম্না লায়না মথক্তা থাঙ্গৎপগুম্ থুংনামতনা ইলায়-লায়না থক্রোম্‌দা রাংনা পুখৎখি । শ্রীকৃষ্ণগী গুণপুম্বদি শীঙথাবা ওম্বা নত্তে, গুণশিংদু পরার্দ্ধ হায়বা মশীঙদগীসু হেল্লী– শীঙনাইদবনী ; অদুগা গুণ থুদিংমক অমকপা য়াওদবনী । মহাক্কী শীলং—স্বভাবতি সর্ব্বজনানু-রঞ্জনম্—মীপুম্নমক্‌পু নুংঙাইহন্‌বা ওম্বনী । শ্রীকৃষ্ণদি বিশ্বজনীনকীর্ত্তিঃ—মহাক্কী কীর্ত্তিনা (মিংচৎনা) বিশ্বপুম্বগী মঙ্গল ওইহল্লী, মহাক্কী লীলাগুম্নচিংবা নাকোঙনা তারগদি পুম্নমক্কী অমঙ্গল মাঙখিদুনা মঙ্গল থোরক্নি । অদুগা মাগী রূপগুণ মধুয়ানচিংলনা মহাক জগন্মোহনঃ—জগৎপুম্ববু গুম্‌হৎলী ।

### মূল ২১২

শুকমুখে শুনি তবে কৃষ্ণের বর্ণন ।
শারিকা পঢ়য়ে তবে রাধিকা বর্ণন ॥ ২১২ ॥

### শব্দার্থ

শুকমুখে—তেনরালাবগী চীন্দা ; শুনি—নাকোঙনা তারগা ; তবে—অদুদগী ; কৃষ্ণের বর্ণন—শ্রীকৃষ্ণগী বর্ণন ; শারিকা—তেনরা অমোম্না ; পঢ়য়ে—থীরম্মী ; তবে—অদুদগী ; রাধিকা—শ্রীরাধিকাগী বর্ণন ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

তেনরা-লাবগী মচীন্দা শ্রীকৃষ্ণগী গুণ-বর্ণন মনাকোঙনা তারগা তেনরা অমোম্না শ্রীরাধিকাগী গুণ-বর্ণন তৌরম্মী ।

মূল ২১৩

শ্রীরাধিকায়াঃ প্রিয়তা সুরূপতা
সুশীলতা নর্ত্তনগানচাতুরী ।
গুণালিসম্পৎ কবিতা চ রাজতে
জগন্মোহনচিত্তমোহিনী ॥ ২১৩ ॥

শব্দার্থ

শ্রীরাধিকায়াঃ— শ্রীরাধিকাগী ; প্রিয়তা— নুংশিনঙাই-ওইবা, প্রেম ; সুরূপতা—শকী মফজ ; সুশীলতা-- স্বভাবকী ফজবা ; নর্ত্তনগানচাতুরী— জগোইদা ঈশৈদা হৈশিংবা ; গুণালিসম্পৎ— গুণথিবিকী মশক-ওইবা সম্পৎ ( লন্-থুম্ ) ; কবিতা চ—অমসুং পাণ্ডিত্য (খঙ-উবা) ; রাজতে— ঙাল্লী ; জগন্মোহনচিত্তমোহিনী— জগৎশুম্বা (শ্রীকৃষ্ণগী) চিত্তবু শুম্বা ঙম্বী ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে তেনরা-লাব ! ঐখোয়গী শ্রীরাধিকাগী প্রেম, শকী মফজ, স্বভাব ফজবা, জগোইদা ঈশৈদা হৈশিংবা, গুণগী লল্ অমসুং কবিত্ব (পাণ্ডিত্য— খঙ-উবা)—মসী থুদিংমক্না জগৎমোহন শ্রীকৃষ্ণগী চিত্তবু শুম্হৎলগা ঙাম্মোইরীয়ে ।

নৈনরোল

তেনরা-অমোম্না হায়রিবসিগী মর্ম্মদি অসিনী— "হে তেনরা লাব ! নঙনা-হায়রি, শ্রীকৃষ্ণদি বিশ্বজনানুরঞ্জন ('বিশ্বগী মী পুম্নমকপু নুংঙাইহন্বা ঙম্বনী )—জগন্মোহন ( জগৎশুম্বা ) হায়রকহুনী ; ঐগী শ্রীরাধাদি মহাকী অঙকপা গুণগী লম্না জগন্মোহন শ্রীকৃষ্ণগী চিত্তপুসু শুম্হৎলী । মরমসিনা ঐগী শ্রীরাধানা নঙগী শ্রীকৃষ্ণদগীসু হেল্লী ।"

শ্লোকসী শ্রীগোবিন্দলীলামৃতদগী লৌথোকপনী ( ১৩/৩০ ) ;

মূল ২১৪

পুন শুক কহে—কৃষ্ণ মদনমোহন ।
তবে আর শ্লোক শুক করিল পঠন ॥ ২১৪ ॥

## শব্দার্থ

পুন—অমুক হন্না ; শুক—তেনম্না লাবনা ; কহে—হায় ; কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণদি ; মদনমোহন—কামদেববু শুম্বা শুম্বনী ; তবে—অদুদগী ; আর শ্লোক—শ্লোক অতোপ্পা অমা ; শুক—তেনবা লাবনা ; করিল—তৌরম্মী ; পঠন—থীবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

তেনরা-লাবনা অমুক হন্না হায়রম্মী—শ্রীকৃষ্ণদি মদনমোহন-নী। (মসিগী প্রমাণ ওইনা) অদুদগী শ্লোক অমা তেনবা-লাবনা থীরম্মী।

## মূল ২১৫

বংশীধারী জগন্নারী-চিত্তহারী স শারিকে।

বিহারী গোপনারীভির্জীয়াম্মদনমোহনঃ ॥ ২১৫ ॥

## শব্দার্থ

বংশীধারী—বাঁশী পায়বা ; জগন্নারীচিত্তহারী—মরোল অহুমদা লৈবা নুপীশিংগী পুক্নীঙ হূবনী ; সঃ—মহাক্তি ; শারিকে—হে তেনরা অমোম ; বিহারী—শান্নবনী ; গোপনারীভিঃ—গোপ-নুজাশিংগা লোয়ননা ; জীয়াৎ—জয় ওইসনু ; মদনমোহনঃ—মদনমোহন শ্রীকৃষ্ণনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে শারিকে ! জগৎ-নুজাশিংগী পুক্নীঙ-হূবা, গোপনুজাশিংগী শান্নরোই, মদন-শুম্বা বংশী-পায়বা শ্রীকৃষ্ণগী জয় ওইসনু।

## নৈনরোল

মদনদেবনা শুম্বদগী শ্রীরাধিকানচিংবী গোপ নুজাশিংনসু শ্রীকৃষ্ণগা লোয়ননা শান্নরীভগী, অদুগুম্বা মদন-সু শ্রীকৃষ্ণগী রূপ (শক্) উবদা শুম্-হৎলী হায়না শ্লোকসীনা হায়রী। মদন অসী প্রাকৃত মদন নত্তে।

শ্লোকসী শ্রীগোবিন্দলীলামৃতদগী লৌথোক্পনী হায়রি, অদুবু শ্রীগোবিন্দলীলামৃতদদি শ্লোকসী ফংদে। শ্রীগোবিন্দলীলামৃতসু শ্রীপাদ কবিরাজ-গোস্বামীনা লেঙবনী ; শ্লোকসী শ্রীচৈতন্য চরিতামৃতগীদমক মহাক্না লেঙলম্বা ওইবা তাই।

## মূল ২১৬

পুন শারী কহে শুকে করি পরিহাস।

এত শুনি প্রভুর হৈল বিস্ময় প্রেমোল্লাস॥ ২১৬॥

### শব্দার্থ

পুন—অমুক হন্না ; শারী—তেনরা অমোম্না ; কহে—হায় , শুকে—তেনর-লাবদা ; করি—তৌদুনা ; পরিহাস—কবেম্নবা ; এত—অসুকৃথক্ ; শুনি—নাকোঙনা তাবগা ; প্রভুর—শ্রীমন্মহাপ্রভুগী ; হৈল—ওইখি ; বিস্ময়—ঙকৃপা ; প্রেম-উল্লাস—প্রেমগী হরাও নুংঙাইবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অমুক হন্না তেনরা-অমোম্না তেনরা-লাববু কবেম্নরগা হায়রম্মী। তেনরা-লাব-অমোমগী খংনবগী রাহৈশিংসী নাকোঙনা তারগা প্রভু ঙকৃখি অমসুং প্রেমগী হরাও-নুংঙাইবা হায়বদু ওইখি।

### নৈনরোল

তেনরা-লাবগী রা তারগা তেনরা-অমোম্না কবেম্-কথায়নদুনা হায়-রম্মী—হে তেনরা-লাবা! নঙগী কৃষ্ণদি মদনমোহন-নী ( মদন শুহনী ) হায়রি : মদু চুম্মী ! অদুবু কনাগী মগুন্না মহাক্না মদনমোহন ওইবিরনো, মদু নহাক খঙবরা ? ঐগী ইবেম্মা শ্রীরাধাগী মগুন্না মহাক মদনমোহন ওইজবনি। মরমসিনা মহাক্না ইবেম্মা রাধাগী নাক্তা লৈবিবমখৈদা মহাক মদনমোহন ওইবনী , ইবেম্মা শ্রীরাধিকানা মনাক্তা লৈদ্রগদি নঙগী জগৎ-শুম্বা শ্রীকৃষ্ণ মছামকপু মদনদেবনা শুমৃহৎপনী।

শুকশারীগী প্রেমকোন্দল (নুংশি-কংয়েংনবা) অসী নাকোঙনা তাবগা প্রভু ঙকৃখি অমসুং মপুক্নীঙদা প্রেম-উল্লাস পোকৃখি। উমংগী উচেক শুক-শারীগী মচীন্দা ঙকুঙাই ওইবা রা তারগা ঙকৃখি অমসুং রাধাকৃষ্ণলীলাগী উদ্দীপন ( নীঙশীঙহন্নবা মতৌ ) অদুদা প্রেমোল্লাস ওইখিবনী।

## মূল ২১৭

রাধাসঙ্গে যদা ভাতি তদা মদনমোহনঃ।

অন্যথা বিশ্বমোহোঽপি স্বয়ং মদনমোহিতঃ॥ ২১৭॥

## শব্দার্থ

তৎসঙ্গত্যা—বাধাগা লোয়ননা ; যদা—মতমদুদা ; ভাতি—ভারী ; তদা—মতমদুদা ; মদনমোহনঃ—মদনমণুষা (ওই) ; অন্যথা—অদু নত্রগদি ; বিশ্বমোহঃ—জগৎ-শুম্বা ; অপি—ওইরবসু ; স্বয়ং—মহাত্মক ; মদনমোহিতঃ—মদনদেবনা শুম্লিবনী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বাধাগা লোয়নবা ভান্বা মতমদা শ্রীকৃষ্ণনা মদনমোহন ওইবনী। নত্রগদি জগৎ-শুম্বা ওইরবসু কৃষ্ণ মহ্যাকপু মদনদেবনা শুম্হৎলী।

## নৈনরোল

শ্লোকসী তেনরা-অমোম্না হায়বনী। মূল ২১৬-দা পল্লিবা পরিহাস-বাক্যচুনী।

শ্লোকসীবু শ্রীগোবিন্দলীলামৃতদগী লৌথোকপনী হায়না পল্লী ; অদুবু শ্রীগোবিন্দলীলামৃতগী শ্লোকতি অসিনী—মদুদি—"তৎসঙ্গত্যা যদা ভাতি তদা মদনমোহনঃ। অন্যত্র বিশ্বমোহোঽপি স্বয়ং মদনমোহিতঃ॥" অর্থ অমতনী। মসী পাঠান্তর ওইবসু ময়াই।

## মূল ২১৮

শুক-শারী উড়ি পুন গেলা বৃক্ষডালে।
ময়ূরের নৃত্য প্রভু দেখে কুতূহলে ॥ ২১৮ ॥

## শব্দার্থ

শুক—তেনরা লাবা ; শারী—তেনরা-অমোম ; উড়ি—পাইরগা ; পুন—অমুক হন্না ; গেলা—চৎখি ; বৃক্ষডালে—উশাদা ; ময়ূরের—রাহোংগী ; নৃত্য—জগোই ; প্রভু—প্রভুনা ; দেখে—য়েংঙী ; কুতূহলে—য়েংনীঙনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

তেনরা লাবা অমোম্না পাইরগা উশাদা তোংলুরে। রাহোংগী জগোইদু প্রভুনা য়েংনীঙনা য়েংলম্মী।

## মূল ২১৯

ময়ূরের কণ্ঠ দেখি কৃষ্ণস্মৃতি হৈলা।
প্রেমাবেশে মহাপ্রভু ভূমিতে পড়িলা ॥ ২১৯ ॥

## শব্দার্থ

ময়ূরের—ম্রাহোঙগী ; কণ্ঠ—খোরি ; দেখি—উবদা ; কৃষ্ণস্মৃতি—কৃষ্ণবু নীঙশীঙবা ; হৈলা—ওইখি ; প্রেমাবেশে—প্রেমাবেশদা ; মহাপ্রভু—মহাপ্রভু ; ভূমিতে—লৈপাক্তা ; পড়িলা—তুখখি ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ম্রাহোঙগী খোরি উবদা কৃষ্ণবু নীঙশীঙখি । মহাপ্রভুনা প্রেমাবেশদা লৈপাক্তা তুথখি ।

মূল ২২০

প্রভুকে মূর্চ্ছিত দেখি সেই ত ব্রাহ্মণ ।

ভট্টাচার্য্য-সঙ্গে করে প্রভু-সন্তর্পণ ॥ ২২০ ॥

## শব্দার্থ

প্রভুকে—প্রভুবু ; মূর্চ্ছিত—ম্রাম্থবা ; দেখি—উবদা ; সেইত-ব্রাহ্মণ—ব্রাহ্মণ অহন্দুনা ; ভট্টাচার্য্য-সঙ্গে—বলভদ্র ভট্টাচার্য্যগা লোয়ননা ; করে—তৌয়ি ; প্রভু-সন্তর্পণ—প্রভুগী সেবা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা ম্রাম্থবন্থ উরগা ব্রাহ্মণ অহুনা বলভদ্র ভট্টাচার্য্যগা লোয়ননা প্রভুগী সেবা তৌখি ।

মূল ২২১

আস্তেব্যস্তে মহাপ্রভুর লঞা বহির্বাস ।

জলসেবা করে অঙ্গে বস্ত্রের বাতাস ॥ ২২১ ॥

## শব্দার্থ

আস্তেবাস্তে—হাথু হাথু ; মহাপ্রভুর—মহাপ্রভুগী ; লঞা—লৌরগা ; বহির্বাস—কৌপীনগী মথক্তা শেংনবা ফি ; জলসেবা—ঈশীঙ থিকৃপা ; করে—তৌয়ি ; অঙ্গে—হকৃচাঙদা ; বস্ত্রের—ফিগী ; বাতাস—মুংশীং ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হাথু হাথু মহাপ্রভুগী বহির্বাস লৌরগা ঈশীঙ মৈরম্মী অহুগা ফি হুমহুনা হকৃচাঙদা মুংশীং য়েহল্লম্মী ।

## নৈনরোল

প্রভুনা রাম্বয়ম্বা মক্ষম্‌মুদা ঈশীঙ হাপ্পবা পাত্র লৈরমদম্নুনা বহির্বাস চোৎহল্লগা ঈশীঙ পুরক্‌খিবনী,—মখোয় মখোয়গী কিছু অমাংবনী (অপবিত্র) হায়না খন্‌বদগী শীজন্নরম্‌দবা ওইবা য়াই।

### মূল ২২২

প্রভু-কর্ণে 'কৃষ্ণনাম' কহে উচ্চ করি।
চেতন পাইয়া প্রভু যান গড়াগড়ি॥ ২২২॥

### শব্দার্থ

প্রভু-কর্ণে—প্রভুগী নাকোঙদা; কৃষ্ণনাম—কৃষ্ণগী মিংলেন; কহে—হায়; উচ্চ করি—খোন্‌ রাংনা; চেতন পাইয়া—জ্ঞান তারকুনা; প্রভু—প্রভুনা; যান গড়াগড়ি—থরো থরো ওল্লী।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(সেবা-তৌরিবা মখোয়না) প্রভুগী নাকোঙদা খোল রাংনা কৃষ্ণনাম শোন্‌খি। প্রভুনা জ্ঞান তারক্লগা (প্রেমাবেশদা) থরো থরো ওল্লম্মী।

## নৈনরোল

চেতন পাইল—জ্ঞান তংখাইমা তারম্মী; অর্দ্ধবাহ্য তংখাইমা চেতন ফংবসী নত্তুনা বাহ্যদশাদু মপুঙ ফারবোইদি ত্রিংখং ভাক্ত-ভায়বা লম্‌দুদা গড়াগড়ি তৌরম্মোই।

### মূল ২২৩

কণ্টক-দুর্গমবনে অঙ্গ ক্ষত হৈল।
ভট্টাচার্য্য কোলে করি প্রভু সুস্থ কৈল॥ ২২৩॥

### শব্দার্থ

কণ্টক—তিংখংনা; দুর্গম—চৎপা-য়াদবা, বনে—উমংদা; অঙ্গ—(প্রভুগী) হকৃচাঙ; ক্ষত—খোগায়বা; হৈল—ওইখি; ভট্টাচার্য্য—বলভদ্র ভট্টাচার্য্যনা; কোলে—তম্পাক্তা; করি—কোল্লগা; প্রভু—প্রভুবু; সুস্থ কৈল—লেঙহল্লম্‌দে।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

তিংখংনা চংপা-য়াদবা বন অচৌদা (প্রভুনা থরো থরো ওনবদা) প্রভুগী হকচাঙদা তিংখংনা খোবাংলম্মী। বলভদ্র ভট্টাচার্য্যনা মতম্ভাক্তা কোল্লগা প্রভুবু লেঙহন্খিদে।

মূল ২২৪

কৃষ্ণাবেশে প্রভুর প্রেমে গরগর মন।

'বোল বোল' করি উঠি, করেন নর্ত্তন॥ ২২৪॥

শব্দার্থ

কৃষ্ণাবেশে—রাধা-ভাবতা শ্রীকৃষ্ণগী মাধুর্য্য চুপ্পগী আবেশদা; প্রভুর প্রভুগী; প্রেমে কৃষ্ণপ্রেমনা; গরগর—বিভুলা-চুবা; মন—পূক্নীঙ; বোল বোল—হায়য়ু হায়য়ু; করি—হায়না; উঠি—হৌগংলগা; করেন নর্ত্তন—জগোই শাই।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কৃষ্ণাবেশদা (হায়বদি রাধাভাব-তা শ্রীকৃষ্ণগী মাধুর্য্য চুপ্পগী আবেশদা) (কৃষ্ণনাম) শোল্লু শোল্লু হায়না হৌগংলগা জগোই শাখি।

মূল ২২৫

ভট্টাচার্য্য সেই বিপ্র 'কৃষ্ণনাম' গায়।

নাচিতে নাচিতে পথে প্রভু চলি যায়॥ ২২৫॥

শব্দার্থ

ভট্টাচার্য্য—বলভদ্র ভট্টাচার্য্যনে; সেই বিপ্র—ব্রাহ্মণ অহল্লুনে; কৃষ্ণনাম গায়—কৃষ্ণনাম শক্শোল্লী; নাচিতে নাচিতে—জগোই শানা শানা; পথে—লম্বীদা; প্রভু—প্রভুনা; চলি যায়—লেঙলম্মী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বলভদ্র ভট্টাচার্য্যগা ব্রাহ্মণ অহল্লুগনা কৃষ্ণনাম শক্-শোল্লী; প্রভুনা জগোই শা-শাদুনা লম্বীদা লেঙলম্মী।

## মূল ২২৬

প্রভুর প্রেমাবেশ দেখি ব্রাহ্মণ বিস্মিত।
প্রভুর রক্ষা লাগি বিপ্র হইলা চিন্তিত ॥ ২২৬ ॥

## শব্দার্থ

প্রভুর—প্রভুগী ; প্রেমাবেশ—কৃষ্ণপ্রেমগী আবেশ ; দেখি—উরগা ; ব্রাহ্মণ—মাথুর ব্রাহ্মণ ; বিস্মিত—ঙক্লবা ( ওইখি ) ; প্রভুর—প্রভুগী ; রক্ষা লাগি—কন্নবা হায়তুনা ; বিপ্র—মাথুর ব্রাহ্মণ ; হইলা—ওইখি ; চিন্তিত - ন্নুংনাংবা ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুগী প্রেমাবেশ উরগা মাথুর ব্রাহ্মণ অদু ঙকৃখি অমসুং প্রভুবু কন্না কন্‌গদগে হায়বগী ৱাখল্না ন্নুংনাংখি ।

## নৈনরোল

প্রভুগী প্রেমাবেশ মতাংদুদা প্রভুদো অমুক থিংখংদা তুগদরা, নত্রগা ঈশীংদা চোংশিন্‌খিগদবা, ন্নুংথক্তা তুশিন্‌গদ্রা—তুশিল্লগা থুদোংথিবা পংগদরা হায়বনচিংবা খন্‌বদগী মাথুব ব্রাহ্মণদু ন্নুংনাংখি ।

## মূল ২২৭-২২৮

নীলাচলে ছিলা যৈছে প্রেমাবেশ-মন ।
বৃন্দাবনে যাইতে পথে হৈল শতগুণ ॥ ২২৭ ॥
সহস্রগুণ প্রেম বাঢ়ে মথুরাদর্শনে ।
লক্ষগুণ প্রেম বাঢ়ে ভ্রমে যবে বনে ॥ ২২৮ ॥

## শব্দার্থ

নীলাচলে—নীলাচলদা ; ছিলা—লৈরম্মী ; যৈছে—মতৌংদুম্না ; প্রেমাবেশ মন—প্রেমাবেশগী পূক্নীং ; বৃন্দাবনে যাইতে—বৃন্দাবনগী মায়কৈ পাংবগী ; পথে—লম্বীদা ; হৈল—ওইখি ; শতগুণ—শরূকচামা হেন্‌বা ;

সহস্রগুণ—শরূক-লীশীঙ হেন্না ; প্রেম বাঢ়ে—প্রেম হেঙ্গৎলী ; মথুরা দর্শনে —মথুরা উবদা ; লক্ষগুণ—শরূক লক্ষ হেন্না ; প্রেম বাঢ়ে—প্রেম হেঙ্গৎলী ; ভ্রমে—কোয়না চৎলী ; যবে—মতমদা ; বনে—বন-দা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নীলাচল-দা প্রেমাবেশগী মন প্রভুগী ওইরম্বহু বৃন্দাবনগী মায়কৈ পাংলকৃপগী লম্বীদা শরূক চামা হেঙ্গৎলী, অদুদগী মথুরাবু উবদা শরূক-লীশীঙ হেন্না প্রেম হেঙ্গৎলী ; অদুদগী বন মনুঙদা লেঙলম্বা মতমদা প্রেমহু শরূক লক্ষ অমা হেন্‌খি।

## মূল ২২৯

অন্যদেশে প্রেম উছলে 'বৃন্দাবন' নামে।
সাক্ষাৎ ভ্রময়ে এবে সেই বৃন্দাবনে ॥ ২২৯ ॥

## শব্দার্থ

অন্যদেশে—অতোপ্পা লম্‌দা ; প্রেম উছলে—প্রেম ঈহৌয়ি ; বৃন্দাবন নামে—বৃন্দাবন হায়বা মিং তাবদা ; সাক্ষাৎ—চংচংনা ; ভ্রময়ে—কোয়রে ; এবে—হৌজিক্তি ; সেই বৃন্দাবনে—বৃন্দাবন অদুমক্তদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অতোপ্পা লম অমদা লৈবা মতমদা বৃন্দাবন হায়বা মিং তাবত্তদা প্রভুদা কৃষ্ণপ্রেম ঈহৌরিবনী। হৌজিক্তি বৃন্দাবন-দুমক্তদা প্রভুনা খোঙদাবিরি।

## নৈনরোল

বৃন্দাবন-দা লৈবা মতমদা প্রেমাবেশ অদুক য়াম্না ওইরিবা করিগীনো হায়বহু হায়রি। বৃন্দাবন নত্তবা অতোপ্পা মফমদা বৃন্দাবনগী মিং নাকোঙনা তাবদদা প্রভুগী প্রেম ঈহৌরিবনী, হৌজিক মহাক চংচংনা বৃন্দাবন-দুমক্তদা থুংলহুনা বৃন্দাবনগী বন-বন খুদিংদা কোয়না চৎলি ; মরমহুনা মাগী প্রেমহু ফিভম মত্তাসিদা য়াম্না য়োনা ঈহৌরকনী হায়বসিদা ভক্তভাই করিসু লৈতে। বৃন্দাবন-দি প্রেম-ভাক্তগী মফম্নী। কনাগুম্না ভক্তজীবনা শ্রীকৃষ্ণগী কৃপাদগী প্রেম মরীকুমতং ফংলগা মহে-য়াঙ্গরিবা, মখোয়হুম্ন শ্রীবৃন্দাবনগী রজঃ শম্নবদা

প্রেমাবেশদা খোয়রাংলিবনী। অদুগা শ্রীমন্মহাপ্রভুগী শক্তৌবা স্বয়ং শ্রীকৃষ্ণ-প্রেম-পূর্কৈগী অমতা-ভায়বী মবেম্মা শ্রীশ্রীরাধারাণীগী প্রেম-সম্পত্তিদু য়াওনা মচ্ছামক্কী হায়া লীলা শান্নখিবা মফমদা থুংলবে—মদুদা মহাক্কী প্রেম-ঈপাক্কা মতৌ কয়ম্না ভক্তেন-ভকৃপা মওংদা ঈহৌগনী হায়বদু রসিক-জন ওইবা মীতনা খঙগদবনী।

## মূল ২৩০

প্রেমে গরগর মন রাত্রিদিবসে।
স্নান-ভিক্ষাদি নির্ব্বাহ করেন অভ্যাসে॥ ২৩০॥

## শব্দার্থ

প্রেমে—প্রেমনা; গরগর—বিভুলা-চুবা; মন—পুক্নীঙ; রাত্রি-দিবসে—অহিং-মুংথিল অনীমক্তা; স্নান ভিক্ষা-আদি—স্নান তৌবা অমদি চাবা-থকৃপনচিংবা; নির্ব্বাহ করেন—তৌয়ি; অভ্যাসে—তোয়না তৌবগী থুং-লোয়বা মরম্না।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অহিং মুংথিল অনীমক্তা প্রভুগী মন-দা প্রেম পোক্লুনা বিভুলা চুরম্মী। অদুক স্নান-ভিক্ষানচিংবদি হান্নগী অভ্যাসনা মতৌবনী।

## নৈনরোল্

প্রেমাবেশদা নৈবা চাব থকৃপগী রা নৈরম্দ্রে। হান্নগী অভ্যাস মতুং ইন্না স্নান-আহার তৌরম্বদনী।

## মূল ২৩১

এইমত প্রেম—যাবৎ ভ্রমিলা বার বন।
একত্র লিখিল, সর্ব্বত্র না যায় বর্ণন॥ ২৩১॥

## শব্দার্থ

এইমত—মতৌসিগুম্বা; প্রেম—কৃষ্ণপ্রেম (পোকয়ি); যাবৎ—লোইনমক; ভ্রমিলা—কোয়রম্মী; বার বন—বন তরানীথোই; একত্র—পুন্নপ; লিখিল—ইরে; সর্ব্বত্র—মফম পুম্বগী রা; না-যায়—য়াদে; বর্ণন—লীবা।

মৈতৈলোনদা হন্দোকপা

বন তরানীথোইগী খুদিংমক্তা কোয়রম্বা মতমদা প্রভুগী মতৌসিংগুম্বা প্রেমাবেশ ওইখি। বন-লোইনমকী প্রেমাবেশগী রাহ্ পুম্নপ ইরবনী; মফম পুম্বগী রা ইবা ঙম্‌দরে।

## মূল ২৩২-২৩৩

বৃন্দাবনে হৈল প্রভুর যতেক বিকার।
কোটিগ্রন্থে অনন্ত লিখে তাহার বিস্তার॥ ২৩২॥
তবু লিখিবারে নারে তার এক কণ।
উদ্দেশ করিতে করি দিগ্‌দরশন॥ ২৩৩॥

### শব্দার্থ

বৃন্দাবনে—বৃন্দাবন-দা; হৈল—ওইখি; প্রভুর—প্রভুগী; যতেক—কয়া; বিকার—প্রেমগী মওং-মতৌ; কোটিগ্রন্থে—লাইরীক কোটিদা; অনন্ত—অনন্তদেবনা; লিখে—ইয়ে; তাহার—মদুগী; বিস্তার—শন্দোক্‌পা; তবু—অদুমকাওবদা; লিখিবারে নারে—ইবা ঙমদে; তার—মদুগী; এক—অমা; কণ—মরীক; উদ্দেশ—পাদম; করিতে—লাক্কনবা; করি—তৌয়ি; দিগ্‌দরশন—চাওরাক্না হায়বা।

মৈতৈলোনদা হন্দোকপা

বৃন্দাবন-দা প্রভুগী ওইখিবা প্রেম-বিকার ময়ামদো অনন্তদেবনা গ্রন্থ-কোটিদা শন্দোক্না ইখি। অদুমক্তদা বিকারদুগী মরীক অমফাওবা লোইনা ইবা ঙমদে। গ্রন্থকার ঐনা ইরিবসিদি পাদম লাক্কনবগী চাওরাক্না ইবনী।

## মূল ২৩৪

জগত ভাসিল চৈতন্যলীলার পাথারে।
যার যত শক্তি তত পাথারে সাঁতারে॥ ২৩৪॥

### শব্দার্থ

জগত—জগৎ; ভাসিল—ভাউরে; চৈতন্যলীলার—চৈতন্যলীলাগী;

পাথারে—ঈপাক্তা, সমুদ্রদা ; যার—মাগী মাগী ; যত শক্তি—শক্তি লৈব-থিবিকু ; তত—অহুক্কা ; পাথারে—ঈপাক্তা ; সাঁতারে—ইরোয়বনী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

চৈতন্য-লীলাগী ঈপাক্তা জগৎ ভাউরম্মী। মানা মাম্না ভম্বা মতুং ইন্না ঈপাকুদা ঈরোয়থি ॥

মূল ২৩৫

শ্রীরূপ-রঘুনাথ-পদে যার আশ।
চৈতন্যচরিতামৃত কহে কৃষ্ণদাস ॥ ২৩৫ ॥

শব্দার্থ

শ্রীরূপ-রঘুনাথ-পদে—শ্রীরূপ অমসুং শ্রীরঘুনাথদাসগী খুয়াখাদা ; যার—মহাক্কী ; আশ—আশা (লৈজরিবা) ; চৈতন্যচরিতামৃত—শ্রীচৈতন্য-চরিতামৃত ; কহে—লীজৈ ; কৃষ্ণদাস—কৃষ্ণদাস কবিরাজনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীরূপ গোস্বামী অমসুং শ্রীরঘুনাথ-দাস গোস্বামীগী খুয়াখাদা আশা থম্জরগা শ্রীকৃষ্ণদাস কবিরাজনা শ্রীচৈতন্যচরিত লীজরি।

ইতি শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতে মধ্যখণ্ডে শ্রীবৃন্দাবনগমনং নাম সপ্তদশ-পরিচ্ছেদঃ ॥

# শীতলজিৎকী লাইরাকাশং

উপন্যাস—ইমা, থাদোকপা, রোহিণী, মুংশিরাথৈবা।

রারী-মচা—লৈকোল্লুংদা, লৈমুংশি।

শৈরেং—কেতুকী, বাল্মীকি, ইখৌলাংবা, শকুন্তলা,

শৈরাংবা ( ১বা শরুক্ )।

অতৈ অতৈ—

১। নেতাজী সুভাষচন্দ্র বসু অমসুং আজাদ হিন্দ ফৌজ

২। শ্রীমদ্ভগবদ্গীতা ( মৈতৈলোন্দা )

৩। শ্রীনরোত্তমদাসকী প্রার্থনা ( মূল অমসুং মৈতৈরোনগী অনুবাদকা লোয়নবা ) মমল লুপা ২০

৪। বৈষ্ণবপদাবলীগী শাযোন-শৈখন্

৫। Friends' English to Manipuri Dictionary.

৬। Friends' Pocket Dictionary. (English to Manipuri)

৭। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত (আদিলীলা) খণ্ড অহানবা—লুপা ২০

৮। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড অনীশুবা— লুপা ১৮

৯। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড অহুমশুবা— লুপা ১৫

১০। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড মরিশুবা— লুপা ৩২

১১। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড মঙাশুবা— লুপা ২০

১২। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড তরুকশুবা— লুপা ২৮

১৩। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড তরেৎশুবা— লুপা ২৫

১৪। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড নিপালশুবা— লুপা ২০

১৫। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড মাপলশুবা—লুপা ৪০

১৬। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত (মধ্যলীলা) খণ্ড অহানবা—লুপা ২৫

১৭। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড অনীশুবা—লুপা ৪৮

১৮। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড অহুমশুবা— লুপা ৪০

১৯। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড মরিশুবা—লুপা ১০

২০। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড মঙাশুবা—লুপা ১০০

২১। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড তরুকশুবা—লুপা ৪৫

২২। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড তরেৎশুবা—লুপা ২৫

২৩। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড নিপালশুবা—লুপা ৩০

২৪। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড মাপলশুবা—লুপা ২৫

২৫। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড তরাশুবা—লুপা ৯০

২৬। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত (,,) খণ্ড তরামাথোইশুবা—লুপা ১০০

২৭। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত (,,) খণ্ড তরানীথোইশুবা —লুপা ৩৫